# ফুংগা ৱারী তাসি (১)



খোমজিনবা অমসুং ইদিং তৌবা

ৱাই আর, বাবু সিংহ

# ফুংগা ৱারী তাসি (১)

খোমজিনবা অমসুং ইদিং তৌবা
আই আর, বাবু সিংহ

ট্রাইমভরেৎ পব্লিশর্স
কাকৈথেল, নিংথেমখোংকোল, ইম্ফাল
১৯৯৯

*Phunga Wari Tasi (1)*
Manipuri Folktales compiled
and edited by I.R. Babu Singh,
1999



অহানবা কোজবা : ১৯৯৯

মমল : লুপা ৪৫.০০ (নিফুমঙা)

অফোঙবা :
ট্রাইমভরেং পব্লিশর্স
ক্বাকৈথেল, নিংথেমকোল, ইম্ফাল-৭৯৫০০১
মণিপুর

নম্ফম : নোঙরৈমা প্রিন্টিং ৱার্কস, হাওবম মরক ইরোম লৈকাই

# য়াওরিবা ফুঙ্গা ৱারী

## ৱাহৌদোক

# ৱাহৌদোক

"ফুংগা ৱারী তাসি" (১) হায়বা লাইরিক অসিদা পূন্না ফুংগা ৱারী ১৩ য়াওরি। ফুংগা ৱারী হায়বসি ফোক লিট্রেচরগী শরুক অমা ওইনা খ্বাইদগী মরু ওইবা মচাক অমনি। পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবা কাঙলুপশিং অসিগী মরক্তা ফংগা ৱারী কাংলুপশিং অহুগা শাগান্নহুনা অহুম হৌরকই। তাইবংপান অসিদা মীওইবনা খুন্দা-লৈতাম্বনা লৈরকপদগী মী অমনা খঙলক-উরকপা, থেংনরকপা অমসুং মখল কয়াগী শা, ঙা, নাপী-শিংবী, চীং, পাং, তুখোং অসিনচিংবা মহৌশাগী ওইবা খুৎশেমশিং অসিগা অমুম তোংন-তিন্নরকপদগী মহাক্কী পুক্লিংদা, ৱাখলদা ফাওরকপা মওং-মতৌ কয়াহু মহাক্কা লৈমিন্নরিবা, তোংন-তিন্নরিবা অতোপ্পা মীশক কয়াগা শরুক য়ামিন্নরকই। থবক-ইংথাং শূরুবগী অহাঙবা মতমদা, নুমিদাংৱাই পূন্না ফম্মিন্নহুনা নোংমগী অৱা-নুংঙাই কয়া পুথোক্নহুনা শরুক য়ামিন্নবদা অমসুং মমিং-মনা শিংবা অহৈবা অমনা তিল্লিবা ময়াম অহু নুংঙাইহন্নবা, নোক-হন্নবা, পেলহন্নবা মানা হৈজ-শিংজবা থেংনক্নবা থৌদোক-ৱাথোক কয়াবু তমহুনা, লীহুনা তাহল্লি। অমরোমদা, অহল-লমন, মথক থোংবশিংনা, মমা-মপাশিংনা মচাশিংবু, পিক্লিবা অঙাংশিংবু নুমিদাংৱাইগী চাক ঙাই-নরিঙৈ মতমদা পূন্না ফম্মিন্নহুনা মখল মথেল কয়াগী থৌদোক-ৱাথোক কয়া লীবিহুনা নুংঙাইহল্লি।

অমুম্না কাংলুপকী ওইবা মশক্তা কনাগুম্বা অহৈ-অশিং অমনা মাগী ৱাখলদগী পুথোক্নুনা শেমগৎ-শাগৎতুনা লীনরক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক্কী ৱারী অসিনা ফংগা ৱারী ওইরক্নবগী মরমনি। থৌদোক-ৱাথোক্কী ৱারী পুথোরক্লিবা, শেমগৎ-শাগৎলক্লিবা মীশক অসিনা মশাগী ওইবা হৈশিংবা কয়া মানা শেমগৎলিবা ৱারী অহুদা য়াওহল্লবসু ৱারী অহুবু মহাক মশানা পুথোকপনি, শেমগৎপনি হায়না মাগী মমিং-মথা য়াওহন্দুনা নপশিনবদি থক তৌদে। মহুগী মহুত্তা মানা শাগৎলিবা, শেমগৎলিবা ৱারী অহু

মহাক য়াওরিবা কাঙলুপ, সমাজ অতুগী অপূনবা পোৎশক অমা ওইনা খঙনরকই। ফোকলোরগী মনুংচল্লিবা অতৈ অতৈ মখলশিং — খুনুং ঈশৈ, পাখোং, বেলাদ অসিনচিংবা কয়াগী মতাংদসু অসি মঙাই।

ফুংগা ৱারী মরুওইনা তারিবা, পারিবা মীশিংদা নুংঙাইবা পোকহন্নবা মচাকনি। ফুংগা ৱারী অমগী মনুংদা অতৈ অতৈ পান্দম কয়ামরুম থেংনবা য়াই — অচুম্বনা মমৈদা মায়পাকই, লান্দবনা খ্বাইদগী অফবনি, মপা-মমা, মচিন-মনাওবু লুনা খনগদবনি অসিনচিংবা কয়া কয়া। অদুবু পূম্নমক অসিগা লোয়ননা ফুংগা ৱারীগী খ্বাইদগী মরুওইবা মথৌদি তারিবা, পারিবশিংদা নুংঙাইবা পোকহনবা হায়বসিনি। ফুংগা ৱারী হায়বসি করিগুম্বা ধর্ম্ম অমগী মিৎয়েং নৎত্রগা রাখল্লেন য়াওহন্দুনা শেমগৎ-শাগৎলকপা মীওইবগী খুৎশেম অমা নত্তে। ফুংগা ৱারীদি খ্বাইদগী ধর্ম্মগা থেংইনা মরি লৈনদবা, কলপনাগী হৈনিংবনা ঙকহল্লবা মীওইবগী পুক্নিংগী খুৎশেমনি। ফুংগা ৱারী নত্তবা ফোক লিট্রেচরগী অতৈ অতৈ মচলশিং মিথ, লিজেন্দচিংবদা ধর্মগী ওইবা মীৎয়েং, পান্দম কয়া য়াওরবসু ফুংগা ৱারীদদি মীৎয়েং অসি য়াওদে।

কনাগুম্বা কাঙলুপ অমগী ফুংগা ৱারীগী মওং-মতৌগা নিংথিনা মান্নবা ফুংগা ৱারী কয়া অতোপ্পা কাঙলুপতসু অদুম লৈরম্বা য়াংনৈ। পৃথিবীগী অখণ্ড-অহৈ কয়ানা কাঙলুপশিংগী মরক্তা লৈরিবা ফুংগা ৱারীশিং অসি নৈনরুরগা ফুংগা ৱারীবু মওং কয়াদা নৈনরকই। পণ্ডিতশিং অসিনা ফুংগা ৱারীবু মওং কয়াদা য়েংথনা নৈনরকই। চিনবুংদা লৈবা, মীওই কয়া কয়ানা মথং মথং অসুম লীনরকপা ওইবনা ফুংগা ৱারীদা চানবা, চুনবা শরুক কয়া, মতাং কয়া অসুম অসুম হাপচিল্লকপা য়াই। মসিগা লোয়ননা ৱারী অমথকপু তোঙান তোঙানবা লম অমসুং কাঙলুপকী মরক্তা লীনরকপদা ৱারী অদু মতাং কয়াদা, মওং কয়াদা মশক হোংলকপা য়াই।

কাঙলুপ অমগী সংস্কৃতিগী অচৌবা মচাক অমা ফুংগা ৱারী হায়বসিদা লৈ। মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা মফমদা ফংবা ফুংগা ৱারীনি মসিদা

লৌখৎচরিবসি। ফজংগা ৱাদৌদা হোৎলক্লিবা মশক, মওং কয়া, ৱারীশিং অসি লীনরিবা মফম, মতম অমসুং লীরুরিবা মতাং মতাং অদুগী মতুংইন্না মশক হোৎলকপগী খুদম কয়া শোয়দনা থেংনবিগনি। ফজংগা ৱারীশিং অসি খোমজিনবদা নাউরেম য়াইমা সিংহ, খা শঞ্জেম্বমদা লৈবনা চাউরবা মতেং পাংবিখি। মহাকপু থাগৎলি।

ক্বাকৈথেল, নিংথেমকোল
ইম্ফাল,
ওক্তোবর, ১৭, ১৯৯৯

আই আর, বাবু সিংহ

# ফুংগা ৱারী তাসি (১)

## ১ঃ মচি অহুম

মমাংঙৈদা চায়াম পোকপা য়ম্না লায়রবা নুপা অমা লৈরম্মী। মাগী মরুপ ইনাক খুনবা নুপা অনিথক লৈরম্মী। মখোয় অহুম নুমিৎ খুদিংগী লৈপুং ফমহনা ৱারী-ৱাতাই কয়া শাম্মিন্নে। নোংমগী নুমিৎতা লাইরবগী মরুপ ইনাকখুনবা অনি অহনা মখোয়গী মরুপ অসিনা লায়রবা অসে য়াম্না নুংঙাইত্রে, অহনা মখোয়গী 'লাইদোকস্থ' হায়বা হি-য়াই থোকউ হায়বদা থোকহনবা য়াবা য়াই অসি মঙোন্দা পীহনা মস্থু মখোয়গুম্না অমুক্তং মুং-ঙাইহনসি থন্নরে। ৱাফম অসি য়ানরে। অহু ওইরবদি অহুমলক্তগী হেন্না হুনবা য়াদে হায়না হান্না রাশকহল্লগা য়াই অসি পীরসি অহুমলক্তমক হুনলহনসি হায়নহনা মরুপ অনি অহু লাক্লে। মখোয় অহুম ফম্মিন্নহনা ৱারী-ৱাতাই শাবা হৌরক্লে। "মরুপ লায়রবা, ঐখোয় অনিনা নঙগী লৈতবহু উবদা য়াম্না নুংঙাইতে, অহনা ঐখোয় অনীগী হি-য়াই থোকউ হায়বদা থোকহনবা য়াবা 'লাইদোকস্থ' হায়বা য়াই অসি নঙ অমুক্তং লৌরো অহুগা নয়ুমদা চংলো। সনারা, লুপারা, ফৌরা, চেঙলা নঙনা ঐখোয়গা চপ মান্নবা য়াবা, নুংঙাইবা য়াবা অহু ফংনবা মওংদা হুনলুরো। য়াই অসি হুনবা খুৎহুনদি অসিনি — অহুমলক্তগী হেন্না হুনবা য়াদে" হায়রে। লায়রবা মরুপ অহুস্থ মরুপ অনীনা হায়বা অহুমক য়াজরে হায়না খুম্মি। মহুদগী মরুপ অনীনা অমুক হায়রকই, 'ঙাইখো! মরুপ নঙ হান্না রাশকউ অহুমলক্তমক হুনগনি হায়না অহু ওইরবদি ঐখোয়গী য়াই অসি পুবা য়াগনি, নত্তবদি পুবা য়ারোই।" মরুপ অনিনা হায়বা মতুংইন্না লাইরবা অহনা

ৱাশকই, হে সৈত্য, সৈত্যনা শাখি ওইসনু ইপারোমদগী পুরোন তরেৎ ইমারোমদগী ময়োন অৱেৎ অসিনা পুন্নগা নোৱোক তাবা ওইরগে অহুমলক্তগী হেন্না হুললোই।” ৱাশক অহু তাবদা মরুপ অনি অহুনা লায়রবা মরুপ অহুদা য়াই অহু পীরে।

লায়রবা অহু য়াই অহু পুহুনা চৎখ্রে। ময়ুম হেক য়ৌবগা লায়রবা মুপা অহুনা মতু মচা ময়াম কৌশললগা হায়রকই, “ইচাশা, ঐখোয় পুন্নমক ঙসিদগী লায়রবা কোকতুনা নুংঙাইরগনি, সে য়েংঙোই ঐনা পুরক্লিবা অসে য়াইনি থোকউ হায়বদা থোকহনবা য়াবা সনা থোকউ থোকপা, লুপা থোকউ থোকপা, চেং থোকউ থোকপা ফৌ থোকউ থোকপা য়াম্না ফবা য়াইনি। অহুনা ঙসিদগী ঐখোয় পুন্নমক ইনাক খুনবা অমা ওইরগদবনি।” মপাগী ৱা তাবদা মচা ময়াম অহুনা “বাবা, ঐগীনা ফৈজোম, ঐগীনা ফুরিং ঐগীসু ঐগীসু” হায়হুনা ইকোই কোয়না য়ৌ য়ৌ লাউনা পংহায়দা হায়জিল্লক্লে। ময়াম অসিনা য়ৌ য়ৌ তৌবহুদা মপাহু মকোক ঙাওহুনা হোইরোংগুম্বা ৱানি, হায়না য়াইহু হুনদোকখ্রে। খুদক অহুদা মচা ময়াম অহুগী মশাগী মফম পুন্নমক্তা অমাংথোংগী অমাংথোং ঙাক্তা থোক্লে। মহু উবদা “হিঃ করিনো মাঙলেনা” হায়না খল্লি লায়রবহু। ঙাইহাক খল্লগা অমুক য়াইহু “ইচা ময়ামগী অমাংথোঙ পুন্নমক মেল্লো” হায়না হুল্লি। হন্দক্তি মশাগী হান্না লৈজরম্বা অমাংথোং অহুসু য়াওনা লোইনা মেনখ্রে। থোঙ পুন্নমক মেনখ্রবা তুংদা মচা পুন্নমক খোঙ হাম্বা মাংবনচিংবা য়াদহুনা কপ-লাউবা হৌরক্লে। মচাশিং অহুগী ফিভম অহু উবদা মপা অহুনা হায় মাঙলেনা হায়হুনা য়াইহু অমুক “ইচা ময়ামগী অমাংথোঙ হান্নগী অহুতা ফাংলো অহুগা অকোনবগী পুন্নমক মেল্লো” হায়না হুনবদা য়াই অহুমলক হুনগদবহু শুখ্রে। মহুদা গতি লৈত্রহুনা মপা অহু তুমিন্না উংহুনা লৈখ্রে। লায়রবা অহু মরাইবক্তা নুংঙাইবু হায়না তমদ্রবাইরে হায়না খল্লহুনা নোংঙানবা ঙাইহুনা লৈখ্রে।

নোং হেক ঙানবগা লায়রবা মুপা অহুনা য়াই অহু মরুপ অনীগী মনাক্তা থিনবা লাক্লে। মরুপ অহুনা লাকপহু উবদা ইনাকখুনবা মরুপ

অনীতুনা শোইরে মরুপ অসিগী শকফম কায়রে হায়রুনা মুংঙাইতনা ঙাই-দনা লৈরে। লায়রবা মরুপ অদ্ চংশিললকুনা ফম্মি অদ্গা হায়রকই, "মরুপ ঐগী লাইবক্তা মপোক অসিগী মুংঙাইয়ু হায়না তমলমদ্রে।" মতু তাবদা মরুপ অনী অতুনা হংলকই, "করম তৌরে মরুপ?" লায়রবা মরুপ অতুনা খুম্মি, 'মরুপ ঐগী লাইবক্তা মুংঙাইয়ু হায়বা তমদ্রে, কান্নদ্রে।' অসি হায়রগা থোকখিবা পুন্নমক্তু শিংশিংনা তমলে। রাতু তাবদা মরুপ অনী অমুনা মুন্না খল্লগা হায়রকই, "মরুপ কান্নরোই, খংঙে। নঙগী পুনসিসি ঐখোয়না মুংঙাইহনবা ঙম্নরোই। অতুনদি ঐখোয় রা অমা হায়গে মুন্না তাও। অসুম চৎপ্রো কোংকোই হায়বা লৈবাক অতুদা বামমো হায়বা মুপা অমা লৈরমগনি। মঙোন্দা ওঝা গুরু খব্রুরো। অদ্ ওইরবদি নঙ শোইদনা মুংঙাইগনি।" রা অতু তাবদা লায়রবা মুপা অতু য়াম্না থুনা ময়ুমদা লাক্লে। মতু মচা ময়াম কৌশিন্দুনা হায়রকই, "ইচাশা ইপা ওঝা গুরু খনবা চৎপা তারে। অতুনা নখোয় ঐ লাকত্রিবা ফাওবা নখোয়না থোকপা থিদুনা চারম্মু।" মসি হায়রম্লগা মহাক চৎথ্রে ময়ুম থাদোক্তুনা ওঝা গুরু খনবা।

অসুম লাকপনা কোংকোই লৈবাক য়োরে। মফম অতুদা বাম্মো থেংনতুনা মঙোন্দা ওঝা গুরু খল্লে। মতম শাংনা গুরু খল্লবা অতুদা ওঝা অতুনা হায়রকই, "ইবুংঙো নঙনা ঐবু ওঝা গুরু খনবগী নঙোন্দা ঐনা করি পীগনি? ঐদি করি অমত্তা পীনিংঙাই লৈতে। অতুবু ঐদি নঙগী সেবাদা হায়নিংঙাই লৈতনা পেল্লে। ঐনা নঙোন্দা পীগদবা হায়ববু অসি-তনি। মচি অহুমথক নঙোন্দা পীগে। হায়রিবা মচি অহুম অসিদি অহানবদা, ঘীগা চাক্কা চাবা, অনীশুবদা অহিং তুমদবা হায়বা সারগী মচি অমসুং অহুমশুবদা মুপী হায়বা মচি অহুম অসিতনি। হায়রিবা মচি অহুম অসিদি করিগুম্বা মতমদা ইরাম্ন লায়না য়োনবা য়াবা নংতে। য়োনবদি থেঙলবা অহিং নোংয়াইদা কৈথেলদা য়োনগদবনি। য়োনবদা মরোলদি সারগী মচি য়োললিয়ে, ঘীগা চাক্কা চাবগী মচি, অহিং তুমদবগী মচি, মুপীগী

মচি হায়না লাউগদবনি।” পাউতাক অহুম অসি শুরুনা বরগা লোইননা পীবীরবদা লায়ৱবা নুপা অদু ময়ুমদা হল্লক্লে।

লম্বীদা অসুম লাকপদা মহাক কোংগোই খুঙ্গং য়ৌরে। খুঙ্গং অদুগী কৈথেল অদুদা অহিং লেপ্লে। থেঙলবা অহিং অদুদা নুপা অদু মচি অহুম অদু য়েল্লে। অসুম তৌদুনা কৈথেল অদুদা অথেওবা অহিং খুদিংদা মচি অহুম অদু নুপা অদুনা হেক হেক য়োল্লি শুরুনা তাকপা মতুংইন্না।

নোংমগী নুমিৎতি লৈবাক অদুগী নিংথৌ অদুনা পাউ অসি তাৱদুনা মফম অদুদা মনাই খরগা লোয়ননা লাক্লগা মচি য়োল্লিবা নুপা অসি ফারে। নিংথৌনা হংলকই, “নুপা নঙনা নুমিৎ খুদিংগী থেঙলবা অহিং খুদিংদা মচি অহুম য়োল্লি হায়দুনা লাউরিবদু করিনো? হায়রিবা মচি অহুম অদুনা করি কান্নে?” নিংথৌনা হংবসিদা নুপা অদুনা চুম্নতা খুম্মী, “ঐদি মচি অহুম অসি য়োনজবনি।” মখা অতৈ তাদে। নিংথৌনা “মচি অহুম অদুনা করি কান্নবগে?” হায়না অমুক্তা হংঙি। নুপা অদুনা খুম্মী, “মচি অহুম অদুদি অসিনি। ঘৌগা চাক্কা চাবগী মচি অমা, অহিং তুম-দবগী মচি অমা, অদুগা নুপীগী মচি অমা। হায়রিবা সারগী মচি অহুম অসি কান্নবা মচি ঙাক্তনি। মসিবু কাউদনা নুতিগী শান্নরবদি শোয়দনা কান্নবা ফল ফংগনি।” মাগী ৱাদু তাবদা নিংথৌনা, “ফরে অদু ওই-রবদি নঙ চংখিবা য়াদরে। ঐনা মচি অহুম অসি অভ্যাস তৌখিনি। অদুদা করিগুম্বা চপ চাবা মচি অমমমগী ফল ফংবা ঙমলবদি নঙগী দখিনা চপ চানা তৌগনি” হায়দুনা নুপা অদু ফারে। অহানবনা ঘৌগা চাক্কা তোংতুনা চাবা হায়বা মচি অসি নিংথৌনা চাদুনা য়েংবদা নিংথৌ অদু নোংমা নোংমগী মশা অদু খরা খরা ফগংলক্তুনা মশা ফবা মী অমা ওইরে। নিংথৌনা হায়রে, “নিপা নঙগী মচি ঘৌগা চাক্কা তোংতুনা চাবা হায়বা অসিনা ঐগী হাম্না ধাতুনা ফংত্রবা হকচাং অসি য়াম্না ফগংলক্লে। অদুনা নঙগী মচি ঘৌগা চাক্কা তোংলগা চাবা হায়বসি য়াম্না ফরে হায়বা ঐ খঙলে। অদনা অনিশুবা মচি অহিং তুমদবগী মচি হায়বা অসি অমুক য়েংলগে।”

নুমিৎ অহুদগী নিংথৌ অহু অহিং তূমদবা হায়বা মচি অহু য়েংখি। অসুম্না নুমিৎ কয়ানি মথং মথং তূম্লক্তবনা নুমিৎ তরেৎনি শুরে। নুমিৎ অহুগী অহিং অথেংবা নোংয়াইদা কৈথেল অহুদা নুপী অমা কপ্লগী খোনজেন্ অমা তারম্মী। মহুদা নিংথৌ অহুনা খল্লি, "ও! থেঙলবা অহিং অসিদা নুপী অমা কপ্লিব স করি মরমগী ওইরিগবা? নুপী অসিগী শেল য়াম্না য়াওবা শেঙ্গাও তাংহৌহুনা থিবা লাকপদা শেঙ্গাও ফংদহুনা কপ্পা ওইরিগদ্রা?" রাখল অসি খল্লহুনা নুপী অহুগী মনাক্তা চৎলগে হায়হুনা নিংথৌনা থেঙলবা অহিং অহুদা কৈথেল অহুদা লাক্লে। নুপী অহুগী মনাক্তা চংশিল্লক্তুনা হংই, 'নুপী নঙ কনানো? করিগী কপলিবনো? থেঙলবা অহিংগী মতমদা কৈথেল অসিদা নত্তোমতা কপলিবসি করি ননিং থুংদবা লৈরে?" নুপী অহুদি কৈথেল লাইরেম্বীনি। নিংথৌগী রাহং অহু তারবদা কৈথেল লাইরেম্বী অহু শ্বাই লাউই। মহাক্না খুম্লকই, "ওস্থোকপনি. নিপা এখোয়গী লৈবাকসে নিংথৌ পাল্লাইদৌরে, নিংথৌ পানদ্রবদা কৈথেলসু কাররোই, অহুনা কৈথেল লাইরেম্বী এনা মহুগীদমক্তা রাহুনা কপ্লিবনি।" রা অহু তাবদা নিংথৌনা হংখি, "ইমা করিগী কৈথেল কারোইদৌরিবনো?" রাহু তাবদা কৈথেল লাইরেম্বীনা হায়রকই, "মুন্না তাও ইবুংঙো, এখোয়গী নিংথৌ অসি শোয়দনা কাল হায়বা লাইহুনা লাক্তুনা ঙসিগা থানা মঙানি শুবা নুমিৎ মুবদা শোয়দনা য়েৎখ্রগনি। অহুনা নিংথৌ পান্দ্রবদি কৈথেলসু কাররোই হায়বনি। মসিগীদমক্তা এনা রাহুনা কপ্পনি।" লাইরেম্বীগী রাহু তাবদা নিংথৌ অহুনা থরাই রানা হংলকই, "অহু ওইরবদি ইমা করম তৌরগা নিংথৌগী মথরাই কনগনি? মসিগী পাম্বৈকা লৈব্রা?" রাহু তাবদা লাইরেম্বীহুনা খুম্মি, 'হিংগদৌবা মরম অমদি লৈ।" নিংথৌনা মরম অহু তাকপিয়ু হায়রবদা লাইরেম্বী অহুনা হায়রকই, "মুন্না তাও, ইবুংঙো, ইমা রা হায়গে তারো। ঙসিগা থানা মঙানি শুবা নুমিৎ অসিদা হোজংদগীনা কোন্নুং মন্নুং ফাওবা লম্বী নাক য়েৎ অনিমক্তা অচা-অথক, অথুম-অহাও, হৈ-লৈ মনম নুংশিবা অসিনচিংবা পূম্নমক থম্মো। অহুগা

মৱক মৱক্তা, ফমুং অমমম থম্মো। মহু লোইৱবা মতুংদা নিংথৌ অহুনা ঘোং. পুজা, চু লফু, ধুপ থাউমৈ থাহুনা আসন অমদা ম.লা অমা পায়হুনা কালগী নাম শোন্দুনা কাল লাকপা ঙাইৱবদি শোইদনা হিংগনি।” মসি হায়ৱম্লগা কৈথেল লাইৱেম্বী অহু মাঙখ্রে। ৱাফম পুম্নমক খঙলহুনা নিং.থৌ অহু ময়ুমদা লাক্লে মথাই ৱানা ৱানা।

অসুম্না নোংমা নোংমা হৌখিহুনা মঙানি শুবা হুমিং ওইৱক্লবদা কৈথেল লাইৱেম্বীনা হায়ৱমবা পুম্নমক তৌৱগা ঘোং পুজা লিংহুনা অচা-অথক, লহু বেরা. য়ুবী কোমলা চম্প্রানচিংবা পোংলম শুনা অঙকপা ফংনা ল.ঙহুনা থমলে। পুম্নমক অসি শেম শাবা লোইৱহুনা নিংথৌনা ক.ল হায়বা ল.ই অহু লাকপা ঙাইহুনা লৈখ্রে। কাল কৌবা ল.ইহুনা ল.ত্তুনা কে.ন্নুং চঙ-লকপদা তৌৱম্লিবা অহু উবদা করি কৱম্বা পুজা তৌৱিবনো হায়না খন্না খন্না অসুম অসুম চঙশিল্লকই। অচা-অথক, অথুন-অহাও ময়.ম অহু উবদা ক.ল কৌবা লাইহুনা অহাওবা, অথুমবা, অসিনবা, ওইনম্বা, অয়াকপা, অখাবা কদাই কদাইনো হায়হুনা চাহুনা মহাও তং তংহুনা অসুম্ য়েংলকই। মথং মথং চারকপদগী মবুক পীক থন্দুনা তুমনিংবা হায়বা লাইহুনা পুনখ্রে। ম.না অসুম য়েংলকপদা মৱক মৱক্তা ফমুং অমমম্ লৈবহু উৱহুনা ঙাইহাক্তং পো-থাখিগে হায়হুনা ফমুং অমদা হিপথৈ। মহুদগী ঙাইহাক তুমথোকখ্রে। ঙাইহাক তুমলুৱগা ফুক হৌগংলক্তুনা, ‘ম.ঙলে. ঐ মতম হেনখিবা তারে” হায়হুনা কন্না প্রেপ প্রেপ চংশিল্লকপদা নিংথৌ অদনা পুজা তৌদনা চু লফু ধুপ থাউমৈ ঈশিং পুল অথনবা অসিনচিংবা পুজাগী মৱম শুনা লাঙলগা আসন অমা থারিবা অদদগী খরা হেন্দোক্লগা নিংথৌ অহুনা মখুৎতা ম.লা অমা পায়হুনা মচিন্দা কালগ নাম শোন্দুনা লৈৱম্বা অহু উক্রে। কাল কৌবা লাইহুনা বিষ্ণু বিষ্ণু শোন্দুনা চপ হেক লেপ্লী, অহুগা হায়ৱকই. “হে নিংথৌ, নঙনা তৌৱম্লিবা অসি করিনো? ঙসি ঐ লাক্লে নঙবু য়োৎপা।” ‘ঐ লাক্লে’ হায়বা কালগী খোনজেল অহুদা নিংথৌ অহু খংহুনা মমিং খংপাং হেক পাংই। মমাঙদা কাল কৌবা লাই চপ লেপতুনা লৈৱম্বা

উবদা মওক্তা মফি ম্পেৎতুনা "নমো নমো হে কাল কৌবা লাই, ননাই নিংথৌনা খুরুমজরি" হায়না শোম্পুনা খুরুম্মী। কালনা হায়রকই, "মহা-রাজ ঙসিদি ঐনা নঙবু য়োৎপা তারে নঙনা নিংগদবা লাই নিংঙো।" রাহু তাবদা নিংথৌনা হংই, "প্রভূ করম্বা মতমদা ঐবু য়োৎকদৌরিবা?" কালনা খুম্মী, "ঐনা মুমিৎ য়ুংবমক্তদা নঙবু য়েৎকনি।" রাহু তাবদা নিংথৌনা মথা তানা হংলকই, "অহু ওইরবদি প্রভু পুং কয়া রাৎলিবগে?" রাহু তাবদা কাল কৌবা লাই অহুনা পুংফম য়েংলকপদা মুমিৎ য়ুংবা মতুং পুংখাই অমা হেল্লে হায়বা খঙহুনা কন্না নোক্কুনা হায়রকই, "মুংঙাইদা নিংথৌ অসিদা থোরুবা শিল্লিবোই। হে নিংথৌ মুংঙাইরে-মুংঙাইরে। হৌজিক্তি নঙবু ঐনা য়োৎপগী মতম হেল্লে অহুনা নঙনা তৌরম্লিবা পূজা অসি উবদা ঐ পেল্লে। হৌজিক্তি নঙনা নিনিংবা বর নিরো।" কালগী রাহুদা নিংথৌনা হায়রকই, "প্রভু, চানবিহুনা ঐগী থরায় কনবীবা ঐগী লাইবক ফবনি।" কাল কৌবা লাইনা "ফরে, অহু ওইরবদি নঙ ঙসিদগী জগৎ জীবনা ঙাংনবা পূন্নমক খঙবা ঙম্বা ওইজরো" হায়হুনা মনাকোংদা মন্ত্র তাকপীরম্মী। অহুদগী কাল চৎখ্রে। মুমিৎ অহুদগী নিংথৌ অহু জগৎতা লৈরিবা তিল-কাঙ, ককচেং খোইয়ানচিংবা পূন্নমক্না ঙাংবা মরোল খঙবা ঙমখি।

নোংমা অমদি নিংথৌ অসিগী রাণী অসিনা নিংথৌগী চানবা লুক অহু থাংদোরকই। চাক অহু থনম্লগা য়েনশাং অমদি ঈশিং লৌথোকপা চং-খ্রিঙৈদা মহারাণীনা থনম্বা চাকতু মরু অমা লৈবাক্তা তাই। তারিবা চাক মরু অহু ককচেং অমনা কন্না চেনবা হোৎনরি। তানজা অহুমক্তদা হয়িং অমসু পাইশিল্লক্কুনা চাক মরু অহু মখোয় অনী কননা চিংনরে। ককচেং অহুনা মহাক্না হান্না ফংবনি, অহুনা মাগী ওইফম থোকই হায়। ককচেংগী রাহু তাবদা হয়িং অহুনা হায়রকই, "অসুক চাউবা চাকসি নঙ নতোমতা চাবা ঙমলোই। অহুনা ঐগীসু শরুক খরা পীয়ু।" অসুমনা কন্না য়ানখি। মখোয় অনিনা তৌরিবা অহু ঙশাই মুখৈ নিংথৌহুনা য়েংহুনা

লৈরম্বদগী হায়রকই, "ইঃ ওস্ত্রোকপনি, মখোয় অনীসি কন্না খৎনরে।" চাক মরু অহু নিংথৌনা ময়াইদা তস্থাই তানা থদৎপিন্থনা মখোয় অনী তংখায় য়েনবিবদগীদি অনীমক তুমিন তুমিন লৈনৈ। মতম অহু ফাওর্বা নিংথৌ অহু মখোয় অনীগী কুম্মৈ য়েংহনা লৈরি। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা ককচেংনা হায়, "দৎ নঙ খঙবরা ?" হয়িংনস্থু হায়, "দৎ নঙ খঙব্রা ? ঐনা ঙমলে।" অস্থুম্না মখোয় অনী অমনা অমবু চৈনরগা তুমিন্না লৈনৈ। মখোয় অনীগী মতৌ অহুদা নিংথৌনা কয়াদা নুংঙাইবরা অনী অসিনা তুমিন তুমিন হরাও হরাও নুংঙাইনা লৈনরিবসি খল্লি। নিংথৌ অহু নুম্বিং অহুমদি ব্রত ওইরগে হায়না খনথ্রে। মতম অহুদা মহারাণীহু ঈশিং অমস্থুং য়েনশাং পুরক্তুনা থম্লরগা মবুংঙো নিংথৌদা লুক হাবীন্ববা হায়রকই। রাণীগী ব্রা তাবদা নিংথৌনা হায়খি, "রাণী, ঙসিদ ঐ চাক চাররোই, ব্রত তৌরগে।" নিংথৌগী ব্রা তাবদা রাণীনা করি মরমগীনো করি করি চাক্তা চাবা য়াদবা য়াওরম্লবগে হংজরকই। নিংথৌনা করিস্থু য়াওদে, চানিংদহুনা তৌবনি হায়দুনতা খুমখি। মহুদা রাণীনা মথরায় নুংঙাইত্রদুনা হায়রকই, "ফরে ইনিংথৌনা তাকপিদ্রবনিনা হিংলুবগী ঐ কান্নদ্রে ঐ শিজরগে।" রাণীগী ব্রা তাবদা নিংথৌনা মতোমতা খল্লকই, "মরম অসি করিগুম্বা ঐনা রাণীবু নুংশিহুনা তাকলুরো, ঐ শিবা তাই, অহুগা তাকত্রে রাণী শিবা তাই। অহুনদি ফরে। তাকলে শিবা, তাকত্রে শিবা তারবনিনা ঐখোয় অনীমক গঙ্গা মপান্দা চৎলগা তাকলগে" অসি খন্নহুনা রাণীদা হায়রকই, "রাণী মফম অসিরাইদদি তাকপা য়াদ্রে, গঙ্গা মপান্দা চৎলগা মফমহুদা তাক্কে।"

মতৌ অস্থুম তৌনা রাণী নিংথৌ অনীমক পুজাগী পোৎলম শুনা পুরহুনা গঙ্গাগী মপান্দা চৎত্রে। গঙ্গা য়ৌরবদা লম মচেং খরা নিংথিনা রাই তৈথোক্লে হৈরুক পানা, ঘোৎ-চফু ধূপ থাউমৈ পুজাগী মরম শুনা থাহুনা পুজা কৎপা হৌরক্লে। মতম অহুদা লমহুই অমোম অমগা লাবা অমগস্থু গঙ্গা তুরেলদা ঈশিং থকপা লাকই। মখোয় অনীনা ঈশিং থক-স্লিডৈদা অথাপ্লদা করিগুম্বা পোৎ অমা তুরেলগী ঈশিংদা তাওথরকপা অহু

লমহুই অমোম অহুনা উরে। মহু উবদা হায়রকই, "ইবুংঙো আদা করি-গুম্বা পোৎ অমা তাউরক্লে। মসি অমুক্তা লোকশিনবীয়ু অহুগা ঐ ইবুক থম্না চাজগে।" লমহুই অমোমগী রাহু তাবদা লাবা অহুনা হায়রকই, "ঐদি মসি লোকশিনবা ঙমলোই।" মহুদা লমহুই অমোম অহুনা অহু ওইরবদি মহাক শোয়দনা শিরগনি হায়হুনা ফ্রং ফ্রং চোংহুনা লৈরে। মতৌ অহু উবদা লাবা অহুনা হায়রকই, "হায় চন্দালিনী ঐ অপঙবা নিংথৌ অহু-গুম্বা নত্তে। য়েংঙু নিংথৌ অসে মতুনা ঙমহুনা গঙ্গা মপান্দা লাকলিবসি। করিগুম্বা অমা নিংথৌনা রাণীদা তাক্তবদগী রাণী অহু শিরনি হায়বদগী গঙ্গা মপান্দা লাক্তুনা মখোয় অনী পুন্না শিম্মিন্নবগী লাক্লিবনি। অহুনা ঐদি লাক্লিবা নিংথৌ অসিগুম্বা অপঙবা মীশক নত্তে। মাবু মীরা? মুপীনা ঙমবা মী অসিদি আধামোরানি। ঐদি মাগুম্বা মী অমা নত্তে। নঙ অমা শিগ্রবসু, নঙগুম্বা অমা অমুক থিগনি, অহুনা চৎলু শিজররোই হায়য়ু" অসি হায়হুনা লমহুই অমোম অহুবু ফুহুনা রারকই। ফুনা ফুনা শিজররোই হায়য়ু শিজররোই হায়য়ু হায়হুনা হেন্না কন্না ফুরকই। তৌরিবা থৌদোক অহু উবদা নিংথৌ অহু ইকাইবনা, চোপ্পা নংবা অমদি আধামোরা তাবা পুম্নমক খল্লুবদা "ই, লমহুই অসিনদি মতু রারকপা ঙমলগা নিংথৌ ঐনদি ইতু রারকপা ঙমদবা। হি! ইকাইদা! শাগী মমাঙদা ইকাইবা নংলবা! ঐনদি করিগী ঙমলোই!" হায়রম্লগা রাণীদা ওনশিল্লক্লগা হায়রকই, "রাণী হৌজিক্কি চৎলসি।" রাণীনা ব্রত তৌবগী মরম তাকপীগনি হায়রগা তাকপীদ্রবদি শিরগনি হায়রে। রাহু তাবদা নিংথৌনা "করিগী শিবা করিগী তাকপা?" হায়হুনা ফুবা হৌরকই। ফুনা ফুনা তাকউ হায়ররোই শিগে হায়ররোই হায়য়ু হায়হুনা কন্না কন্না ফুবা হৌরকই। রাণী অহু নারহুনা কপতুনা কোয়চেল চেন্দুনা খাঙঙি। রাণীনা ফনা কপ লাউ-জরবসু নিংথৌনা শাহুগী মমাঙদা ইকাইবনা হেনখিবনা রাণীবু হাৎলগে মতাগুম ফুগৎলক্লে। রাণী অহু খাঙবা ঙমদহুনা হায়জররোই, মতুং মনাও গুকহায় হায়জররোই হায়রকই। শিবা তারে হায়হুনা নিংথৌগী অকোয়বদা

কোয়চেল চেন্দুনা হন্না হন্না লাউহুনা চেল্লি। মতমহুদা নিংথৌনা রাণীগী মবুক শেংলে খঙলহুনা ফুবা তোকলে। অহুদগীদি মখোয় অনীমক ময়ুমদা লাক্লে। অস্থুম তৌনা মুমিদাং অহু লেনখ্রে।

নোং ঙাল্লবদা নিংথৌনা নিংশিংলক্তুনা মচি অহুম য়োনবা নিপা অহু কৌখৎলক্তুনা হায়খি, "মুংঙাইরে মচি অহুম য়োনবা নিপা, নঙবু ঐনা কমদৌনা থেংনবা, নিংথৌ ঐগী লাইবক ফবনি। হৌজিক্তি ঐনা লোইনা খঙলে নঙগী মচি অহুম লোইনা কান্নরে। হৌজিক্তি ঐনা মচি অহুমগী দক্ষিনা তৌরগনি। দক্ষিনাদি পীবগী মপাল নাইদে। অহুনা ঐনা পীগদবা হায়ববু পীনিংঙাই হায়ফম খঙদে পীবগী পেনবা লৈত্রে। ইশামক পীরবস্থ পেল্লরোই। অহুনদি নঙনা অপাম্বা অমা হায়রো।" মুপা অহুনা "ইনিংথৌনা ঐগী মচি অহুম অসিবু কান্নে হায়না তাকপীবা অসিনা য়াম্না হেন্না মুংঙাইজরে" হায়খি। রাহু তাবদা নিংথৌনা, "ফরে নিপা অহু ওইরবদি ঐগী লৈবাক অসি তংখায় অমা নঙ পাল্লো। তংখায় অমনা ঐ পাল্লগে" হায়রকই। মহুদা মুপা অহুনা মহাক নিংথৌগী লৈবাক তংখাই পামজদে, মরৈবাক্তা হনজগে হায়না খুম্মী। রাহু তাবদা নিংথৌনা অসিগুম্বা লৌশিং শিংবা নিপা অসিবু কমদৌনা থাদোক্কদগে খল্লি। থাদোক্লরোই থাদোকপা চুমদে খল্লে। মুপা অহুবু মাগীদা থমলগে হায়না খল্লহুনা নিংথৌনা হায়রকই, "মুপা ঐনা নঙবু থাদোকপা ঙমলরোই, অহুনা নঙ ঐগীদা লৈরো।" রাহু তাবদা মুপা অহুনা হায়রকই, "ইনিংথৌ ইবুংঙো, ঐগী ইরৈবাক্তা লৈহৌরিবা মুপী অঙাং পুন্নমক উনজনবা য়াথং পীবিয়ু।" রাহু তাবদা নিংথৌনা, 'ফরে অহুদি. নঙগী মুপী অঙাং পুন্নমক লৌরুরো অহুগা ঐগীদা ঐগা চপ মান্ননা পানমিন্নগদবনি" হায়বিখি। নিংথৌনা মাবু থাদোক্লরোই খঙলবদা মুপা অহুনা হায়রকই, "ইনিংথৌনা হায়বা পুন্নমক ননাই ঐ য়াজরে।" রাফম অহু তারবদা নিংথৌনা হরাওরহুনা মনাইমশল থাহুনা মুপা অহুগী মতু মচা পুন্নমক লৌহল্লুহুনা মচি য়োনবা মুপা অহুস্থ নিংথৌগা চপ মান্ননা মুংঙাইনা পানমিন্নখি। □

# ২ঃ ভুজবা নিংথৌ

চহি কয়াগী মমাঙদা ভূজবা কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। নিংথৌ অসি য়াম্না মতিক মগুন লৈবা অমসুং পিনহৈবা মী অমা ওইরম্মী। মহাক্না অমুম পাল্লকপা মতম অসিদা প্রজাশিংনা অমুম অমুম নিংথৌ অসি মচা ধারা পানবসু নৎত্রে, অহুগা মহৈ-মশিং য়াম্না হৈবসু নৎত্রে ওন্থোকপনি হায়না ভাওনৈ। অমুম্না প্রজাশিংনা ভাওনবা অহু তারহুনা নিংথৌ অসিনা মহাক মচাসু পোক্তে, অহুনা মতম খরা দেশ কোয়হুনা বেদ তম্বা চৎলগে হায়না খন্দুনা মহারাণীদা হায়রম্মী, "রাণী, নঙ মতম খরা লৈবাকসি ভাক্তুনা লৈরম্মু।" অহুদগী মহাক বেদ তম্বা চৎখ্রে। মতম অহুদা হিংচাবা অমনা মায়া তৌহুনা লম্বোইবা শারহুনা ভিক্ষা নিবা কোন্নুংদা চঙলকই, অহুগা রাণীদা ভিক্ষা হাপ্পিয়ু হায়না নিররে। রাণীনা ভিক্ষা হাপ্লে। ভিক্ষা হাপ্লবা মতুংদা মানা হায়রকই, "রাণী এ মতম খরা নঙগী কোন্নুং অসিদা লৈরগে।" মহু তারবা অহুদা রাণীনা কেন্নুং অসিদা লৈব দ য়ারোই হায়না খুম্মি। লম্বোইবা অহুনা কৈদৌবগে মতম খরদদি লৈজগে হায়না হন্না হন্না হায়জে। লম্বোইবগী রাহু তাবদা রাণীনা অহুদি আ মপান্দা সনথোঙদা লৈবা তাই হায়। রাণীগী রাহু তাবদা ফরে হায়হুনা য়ুম মচা অমা শাহুনা লৈহল্লে। মতৌ অমুন্না লৈরক্লবদা নোংমদি হিংচাবহু মাগী মায়া হৌরক্লে। নুমিদাং অথেংবদা মানা রাণী অসি আকর্ষননা রাণীবু চিংবা হৌরক্লে। রাণী মীকপ থোরকপদা মাংগোন্দা মী কপ্পি হায়হুনা মপান্দা থোরকই, হিঃ করিনো তৌরিবা মতৌ অসিবু করিনো হায়হুনা ইমুংদা অমুক চঙলহুনা হিপথখ্রে। অমুকসু শুমাং মতোন্দা মী কপ্পি হায়হুনা অমুক্না রাণী মপান্দা থোকই। অহুদসু হিঃ করিনো ঙসি তৌরিবসি হায়হুনা ইমুংদা চঙলক্লে ফমুংদা অমুক হিপখ্রে। সোমদনা অমুক আকর্ষননা কন্না চিংঙে। রাণী লম্বোইবগী য়েনখাদা মী অমুক কপলে হায়হুনা অমুক মপান্দা থোকতুনা লাকই। রাণীনা

কোয়েং য়েংহুনা ভাইহাক লৈরবা মতুংদা মানা গ্যান লাক্লবা মৃতমদা লম্বো-ইবগী য়েনখানি হায়না খঙবা ঙমখি। অদুগা বাবাজী বাবাজী হায়না কৌরকই। লম্বোইবা অদুনা কনানো হায়না হংলকই। ৱাদু তাবদা ৱাণীনা "বাবা ঐ ৱাণীনি" হায়না খুম্মি। লম্বোইবদুনা করিনো ৱাণী কদাইদা চংকদৌরিবনো হায়না হংই। "বাবাজী ঐ হায়ফম খঙদ্রে, ঐনা তুম্মুবদা মাঙ্গোলদা মী কপ্পি হায়দুনা অমুক থোকই, মদুসু করিমত্তা লৈর-মদে অমুক ইমুংদা চঙদুনা হিপথৈ, অমুকসু শুমাং মতোন্দা কপ্পি হায়দুনা মপান্দা অমুক থোকই, মদুসু কনাসু লৈরমদে। অমুক ইমুংদা চঙদুনা হিপথৈ। অমুকসু শুমাং মতোন্দা কপই হায়দুনা মপান্দা অমুক থোকই। মদুসু কনাসু লৈরমদে, হন্দকমুক্তি বাবাজীগী য়েনখাদা মী অদু ক প্প হায়দুনা লাক্লিবনি। অদুনা ঐ হৌজিক ইথনত্তা চংপা ঙমলরোই বাবাজী খরা অমুক্তা থিনবীয়ু" হায়জরকই। ৱাণীগী ৱাদু তাবদা বাবাজী অদু শাউদুনা থিনবা ঙমলোই চংলো চংলো ৱাণী হায়রকই। বাবাজীদুগী ৱাদু তাবদা ৱাণীদু কপ্লদুনা অমুক্তা থিনবীয়ু বাবা হায়না হন্না হন্না হায়জরকপদা লম্বো-ইবদুনা হায়রকই, "ফরে ৱাণী অদু ওইরবদি নঙ ঐনা হায়বা য়াগদ্রা য়ার-বদি থিনবিগনি য়াদ্রবদি ঐ থিনবা ঙমলোই।" বাবাজীগী ৱাদু তাবদা হায়খি ৱাণীনা, 'করি ৱানো বাবা ঐ য়াজরগে, করি ৱানো বাবা হায়রো।' বাবাদুনা হায়রকই, "ঐনা নিংথৌ ওইবা অদুগা নঙনা ৱাণী ওইবা হায়না ঐনা খল্লি মসিনি নঙ য়ারবরা ?" ৱাদু তাবদা ৱাণীনা, "করি ৱানো বাবা ঐগী নিংথৌ অমা ইচাউ চাউনা লৈরিবসিবু উবিদ্রবরা ?" কিবগী অমুক্তা থিনবিয়ু হায়বনি বাবা বাবা হায়না কন্না কন্না লাউই। ৱাদু তাবদা বাবা অদুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি নঙ খঙঙু নঙ নথরাই লৌবা তারে, ঐবু মশক খঙঙু" হায়রম্লগা মায়া থাদোক্লুনা হিংচাবা ওন্দুনা ৱাণী তম্মা চোং-শিন্দুনা ৱাণী মমাঙদা দম হেক লেপ্পি। মতৌ অদু উবদা ৱাণীনা মাংঙে মাংঙে হায়দুনা হৌনা লাউবা হৌরকই। মদুদা হিংচাবদুনা মচিল য়েন্দুনা হাংকদৌরে। মতৌ অসিদগী ৱাণীনা, "নঙনা হায়বা অদু য়াজরগে,

বাবা ঐগী থরায় অসিদদি কনবিয়ু” হায়জরে। রাণীগী রাহু তাবদা হরাওরহুনা বাবানা, ফরে অহুম্না ঙসাইনা হায়রম্লবদি ফৎলোইদ্রো হায়হুনা অকি-অথং লৈতনা রারী অমুক শাহুনা ঙাইহাক লৈরম্লগা রাণীবু ময়ুমদা থিনখ্রে। অস্থুম তৌনা রাণীগা লম্বোইবা বাবা অহুগা নুংতি নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাং অথেংবদা বাবাগী য়ুম অহুদা হেক হেক রারী-রাতাই কয়া শামিন্নহুনা লৈম্মিন্নে। রাণী অহু মতম খরা শাজৎ নিয়ম কায়না চৎপা অসি মালিনী নত্তনা কনা অমতনা খঙবা ঙমদে। মালিনীহুদংদি মসি লোন্না খঙডি।

অসিগুম্বা ফংত্রবা রাণীগী শাজৎ অসিদা মালিনীনা, “ও, রাণী নঙনা চৎলিবা লমৃচৎ অহুবু করিনি হায়বগে লৈবাক্কী মহারাণীনা চৎকদবা নিয়মবু অহুরা, ও, ওম্মোকপনিদা ভুজবা নিংথৌ নঙদি বেদ তম্বা চৎখিবনিনা খঙদ্রেদো। নঙনা হল্লকপদা খঙদবনিনা রাণীনা থোংবা চাক ইনশাং চারগনিদো মহু হেক চারুবদা নঙনা তম্মুরিবা মহৈ বেদ পুন্নমক মহি ময়াই চমবা তাই অহুগা মাঙবস্থু ওইরগনি। ওম্মোকপনি মালিনী ঐগী লাইবক খঙনা খঙনা কনবা ঙমলোইদৌরিদকো। ওম্মোকপনি মালিনী ঐগী ইরাইবকসে মপোক থিদকো লৈবাক প্রজা পুন্নমক মাংঙদকো” হায়না মচিন্দা শোল্লুরগা ঙাইহাক তুমিন্না রাখল তৌই। ঙাইহাক রাখল তৌরবা মতুংদা মসি পুন্নমক অসি অমুক্তা কনবা ঙমব্রা য়েংগে হায়হুনা ঈশ্বর খুরুমহুনা লৈখি।

মতম খরা লৈরগা ভূজবা নিংথৌ লাক্লে। অস্থুম লাকপনা মরৈবাক য়োরতুনা খুঙ্গংগী চঙফম সনথোংগী ময়াদা হৌরিবা অচৌবা খোংনাং মরুমদা ঙাইহাক রাহুনা মমিৎ উইশিন্দুনা পোত্থারিঙৈদা লাইবক ফবদগী মালিনী অহুনা উক্লরে; মনাক্তা চঙশিল্লতুনা মুন্না য়েংলগা হায়রকই, “ঐখোয়গী নিংথৌনিনা।” ভুজবা নিংথৌনি হায়বা খঙলহুনা মতৌ করম তৌরগা নিংথৌগী মথরায় কনসিগে হায়না মাগী রাখলদা মওল মওল তৌই। ঈশ্বরগী থৌজালদগী মালিনীগী মপুক্লিংদা পাইরক্কী লৌশিং অমা লাক্লে।

"মাঙলে, মাঙলে, ঐ শিরে, ঐ শিরে ঐবু থরায় অমুক্তদি কনবীয়ু" হায়হুনা লৈমায়দা থরো থরো ওন্দুনা কপ্লি। খুদক অহুমক্তদা ভুজবা নিংথৌ মমিং প্যাংহুনা করিনো লাউরিবসিবু হায়হুনা য়েংঙি। মহুদা মুপী অমা য়েন্দায় অমা পায়হুনা লৈ ইচাই চায়থায়হুনা থরো থরো ওন্দুনা কপ্লিবহু উরে। মহু উবদা চেনশিন্দুনা করি তৌরিবনো হায়না হংহুনা মশা পায়হুনা চিংখংপিরে।

জ্ঞান লাক্লে অমসুং হংই, "করি তৌরে ইবেম্মা?" মালিনী অহুনা খুম্মি, "ইখঙ খঙহৌদনা অচৌবা লিন অমনা চিক্কদবগী চেনশিনল্লকপদা ঐনা পাখৎতুনা তুবনি।" মায়গৈ অমদনা শনজেন্নহা খরনা থোদোক অহু উবদা কিরহুনা মালিনীগী মপুরোইবা অহুদা তমলুরে। "খুরা, খুরা নুপা অমনা ইন্দোন্দো হাৎহৌদোরে" হায়বা শনজেন্নহাগী রাহু তাবদা নুপা অহুনা মখুৎতা চৈ অচৌবা অমা পায়হুনা হাৎকে হায়হুনা চেললকই। লৈরম্লিবা নুপা অহুবু ফুগে তৌই। মহু উবদা মালিনী অহুনা খুম্মি, "ঙাইখো, ইবুংঙো অমুক্তা ঙাইবীখো, নুপা অসিনা ঐগী থরায় কনবীবনি।" মালিনীগী রাহু তাবদা মাগী নুপাহু ঙাইহাক লকক তৌই, মথা তানা মালিনী অহুনা হায়রকই, "তাবিয়ু ইবুংঙো, ৱারী পুম্নমক তমজগে, ঐঙোন্দ অচৌবা লিন অমনা চিক্কদবগী হোৎচিল্লক্লম্মি অহুদা ঐনা পাখৎতুনা লৈমায়দা থরো থরো ওল্লি; অহুদা নুপা অসিনা চেনশিল্লকুনা ঐগী থরায় কনবিবনি।" মালিনীগী ৱারী অহু তারবা মতুংদা হরাওরহুনা ৱারী-ৱাতায় শানৈ; মালিনীগী নুপা অহুনা লৈরম্লিবা নুপা অহুদা হংই, "মরুপ, নঙ কদায়দগীনো? মফম কদায়দা চৎলিবনো?" রাহু তাবদা ভুজবা নিংথৌ অহুনা খুম্মি, "ঐদি কোয়না চৎপা অতিথীনি।" অহুদগীদি নুপা অহুনা মথা তানা হায়রকই, "ফরে অহু ওইরবদি, ঙসিদি ঐখোয়গীদা চৎমিন্নরসি, অতিথীগী সেবা ফংজগে।" মহাক্না কন্না হায়জরে। মহুদা ভুজবা নিংথৌসু য়ারে মখোয় অহুম লাকমিন্নরে।

মখোয় অহুম অসুম লাকমিন্নবনা ময়ুম য়ৌরক্লে। ময়ুম য়ৌরহুনা অতিথীগী সেবা তৌদনা চাবা থকপা লোইরবদা অতিথীগী পোৎথানবা হায়হুনা ফম থাহুনা শেম শাবা লোইরহুনা পোত্থাহনখ্রে। অহুদগী মালিনী মতৈ মনাও অনীহু ইমুংদা চংহুনা রারী শাখ্রে। মালিনীনা হংলকই, "মুপা ঐখোয়গী নিংথৌ অসিবু করম্বা মতমদা লাক্কদগে?" মুপা অহুনা খুম্মি, "কনানা খঙগনি?" "মুন্না তাবিয়ু ইবুংঙো, অসুম তৌরে ঐখোয়গী মহারাণী অসি নত্তবা লমচৎ অমা চৎলে, অসতী হায়বা অহু ওইরে" হায়রকই। রাহু তাবদা মুপা অহুনা করন্না অসতী ওইরিবনো হংলকই। মালিনীনা "তাবীয়ু ইবুংঙো, মরম পূন্নমক তমজরক্কে" হায়বা মতাং অসিদা অতিথী ওইরিবা মুপা ভুজবা নিংথৌ অসিনা মালিনী মতৈ মনাওনা শান্নরিবা রারী অসি মাগী রাণীগী মরম ওইরমাল্লে হায়হুনা মনাকোং থাঙ্গৎতুনা লৈখ্রে। মালিনী অহুনা হায়রকই, "নোংমা হিংচাবা অমা লম্বোইবা শাশন্নহুনা কোন্নুংদা ভিক্ষা নিবা চঙলক্লগা মহাক মতম খরদদি লৈজখিগে হায়খি। মতমহুদা মহারাণীনা কোন্নুংদা লৈবা য়ারোই হায়রবা ফাওবদা মচি অমদা লৈজগে হায়খি। মহারাণীনা ফরে নহাক্লা লৈগে হায়রগা আ মপান্দা সনথোং রাংমদা য়ুম মচা অমা শারগা লৈরা হায়হুনা লৈহললে। অহুগা মতম খরা লৈরগা মহারাণীগা লম্বোইবা অহুগা মখোয় অনী মুংতি মুমিৎ খুদিংগী মুমিদাংদা য়ুম অহুদা হেক হেক লৈম্মিন্নে। রারী-রাতাই কয়া শাহুনা লৈ। হৌজিক ফাওবা অহুম তৌরি। অহুনা মহারাণীনা অহুন্না তৌরবদি নিংথৌনা বেদ হৈরকপা পূন্নমক সিদ্ধ লৈররোই। অহুগা নিংথৌগী থরায়সু মসিনা মরম ওইহুনা নোংমদি মাঙলবা য়াই। মাগী মুপী মালিনীগী রাফম অহুদা মুপা অহুনা অহুদি করম তৌরগা লম্বোইবা অহুবু হাৎনবা করি উপায় লৈ হায়না হংবদা তাবীয়ু ইবুংঙো উপায় অমদি লৈ হায়খি মালিনীনা। করি উপায়নো হায়য়ু হায়রবদা "নিংথৌ অসিনা হল্লক্লবা মতমদা মহারাণীনা থোংবা চাক অহু চাবা য়াদে। অসুম্না হায়বিগনি, ঙসিদি ঐ চাক চাবা য়াদে, দেশ কোয়রুবগী হকচাং

শেংদরি৷" অদুগুম্বা মতাং অদুদা মহারাণীনা হায়রক্কনি, "ইবুংঙো চাদ্রবদি ঐস্মু চাজররোই৷ রাদু তাবদা নিংথৌনা হি, করিনো নঙদি চাও হায়রকপদা মহারাণী অদু শোয়দনা চাক চাগনি৷ অদুগা চাক চাবা লোইরগা শোয়দনা ফমুং কাখৎতুনা নিংথৌ পোত্থাননবা ফমুংদা লেংখৎপীরো হায়রক্কনি৷ মদুদস্মু নিংথৌনা ইবেম্মা ঐনা ঙসাইনা হায়খ্রিবদুনি ঐ ফমুং কাখৎপা য়াদে হায়রবা অদুদগী রাণী অদু ফমুংদা কাখৎতুনা হিপখিনি৷ অদুগা নিংথৌ অদু তুম্লবরা তুমদ্রিবরা হায়দুনা য়াম্না তোয়না মঙক থাঙ্গৎ-তুনা য়েংলক্কনি৷ মতাংদুদা নিংথৌনা তুম্বা শাশিন্নদুনা নাখোক্তুনা তুম-শিন্নদুনা লৈগনি৷ মতমদুদা মহারাণীনা নিংথৌ তুমখ্রে হায়দুনা মানা তপ্না তপ্না মখোঙ থাঙদুনা মপান্দা থোকখিগনি৷ অদুদা তপ্না হোৎগৎতুনা তুমিন্না ইন্নগনি অদুগা মরম পুন্নমক খঙগনি" হায়দুনা মপুরোইবা অদুদা তমখি৷ মপুরোইবনা অমুক্কা হংঙি, "অদুদি নঙদি কমদৌদুনা অদুক মুন্না খঙলুরিবনো?" মালিনীনা খুম্মি, "ননাই ঐনা নুমিৎ খুদিংগী লৈ কৎপা চৎচৈ অদুদা খঙজবনি৷" মথা তানা খঙদবা শারদুনা হায়রকই, "ও! ওঙ্খোকপনিদা৷ নিংথৌ নঙগীদমক্তা রাখ্রেদা! মালিনী ঐনা করম্না খাঙ-সিগে৷" অসি হায়রগা মতৈ মনাও অনীদু তুমিন তুমিন লৈনখ্রে৷ রারী পুন্নমক তারদুনা ভুজবা নিংথৌ, অতিথী অদুনা মালিনী অদুবু মপুক্লিংদা হরাউনা থাগৎখি৷ অদুগা খল্লকই, "ঙসি ঐনা মালিনীগী ময়ুম অসিদা থুংলবা অসি নিংথৌ ঐগী লাইবক য়াম্না ফবনি৷" নিংথৌ অদু অমুকস্মু হরাউই অমুকস্মু শাউনিংই৷ নুমিৎ অদু পোত্থাদুনা লৈখ্রে৷

মতৌ অস্মুন্না নোং ঙানবা ঙাইদুনা লৈবদা য়াম্না অরাবা ওইখি৷ নোং হেক ঙানবগা অতিথী অদুনা চৎলগে হায়রম্লগা চৎখ্রে৷ ময়ুম য়োরবদা মহারাণী অদু হরাওবা শাশিন্নরদুনা লৈখি৷ মপুক্লিংদদি শাউনিংখি৷ অদনবু চান থাক্লনবা থোংনবা হোৎনখি৷ চাক থোংবা লোইরদনা মবুংঙো নিংথৌদা লুক হাবীনবা হায়জরকই৷ মতমদদা নিংথৌনা মালিনীগী রাদন নিংশিংলক্তুনা মালিনীগী রাফম অদনমক নিংথৌনা হায়বদগী রাণীনা

ফম থাহুনা নিংথৌবু তূম্নবা ফমুংদা লেংশিনবীরো হায়খি। মহুস্নু য়াত্র-বদা রাণীহু ফমুংদা কাখৎতুনা তূমখ্রে। ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা রাণীনা নিংথৌ অহুবু তূমগ্রবরা তূমদ্রিবরা হায়না মঙক থাঙ্গৎ থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই। তানজা অহুদা মালিনীনা হায়বা অহুমক নিংথৌনা তৌই। অস্নুম্না শাশি-ন্নহুনা নিংথৌনা গ্রো গ্রো নাখেকতুনা অতূমবা মান্না তুমিন্না লৈশিন্নে। নিংথৌ তূমখ্রে হায়হুনা রাণী অহু তপ্না তপ্না হৌগৎতুনা মপাল্লোমদা তুমিন্না থেকখ্রে। মহু উবদা নিংথৌনা তুমিন্না হৌগৎলক্লগা মতুংদা লোন্না ইন্নহুনা য়েংই। অস্নুম চৎলগা রাণী অহু লম্বোইবগী য়ুম অহুদা চঙখ্রে। রাণীদা "কন্নিগী থেঙনা লাক্লিবনো", হায়না হংই। রাণীনা খুম্মি, "ঐখোয়গী নিংথৌ লাক্লে। অহুদা খরা থেঙখ্রে বাবা ?" বাবানা হায়রকই, "হৌজিক মহাক করি তৌহৌই তূমহৌব্রা ?" রাণীনা "হায় তূমহৌই" হায়না খুম্মি। "অহু ওইরবদি সে থাঙ অসি পায়রো. তূমলিঙৈদা মঙক্তা থাঙনা ককউ। চৎলো থুনা হল্লকউ" বাবনা হায়। রাণী অহু থুনা চৎখি। খুদক অহুদা নিংথৌ অহুস্নু থুনা য়াংনা চৎখিহুনা মাগী তূমফমদা অতুম্বা শাহুনা লৈখি। রাণীস্নু তুংথ-মাংথা লাকপদা নিংথৌহু তূমহুনা লৈরম্বহু উরহুনা প্রপ প্রপ চংশিল্লক্তুনা নিংথৌগী মঙক তম্না থাঙ অহু হাইথরকই। হাইথরকইবা থাঙ অহু নিংথৌনা খুদক্তা ফাহুনা রাণীদগী থাঙহু মুনখ্র। অহুগা "কন্নি-গীনো নঙনা ঐবু হাৎকে তৌরিবা" হায়না হংলকই। নিংথৌনা রাণীহু পুন্দুনা অমুক ফূবা হৌরকই। মতমহুদদি উপায় লৈত্রহুনা ও. বাবা হায়না কৌরকই। অসোমদা বাবা তারহুনা পাপীগী মচা লৈরম্মু খঙগনি. নখায় লৌগে হায়হুনা চেল্লক্লে। ইমুংদা চঙশিল্লক্তুনা নিংথৌগা মল যুদ্ধ থেংনরে। মমৈথংদা নিংথৌনা হাৎলগে হায়হুনা চরম পায়হুনা মথবাক্তা ফমহুনা বজ্রগা মান্নরবা খুৎতুম্না দম দম থারকপদা থাঙবা ঙমত্রহুনা খুমু ওইনা পাইথো-কখ্রে। মহু উবদা নিংথৌনা খুমুগ্রং ওন্দুনা তান্নে। অস্নুম পায়খিহুনা থা অমগী লম লাপ্না পাইরক্লবদা লমলোং অমগী ময়ায়দা অচৌবা উপাল অমা হৌরম্মী। উ অহুগী মমুংদা খুমু অহু তুমিংদা ওইনা ওন্দুনা মাঙখ্র।

মহু উবদা খুনুপ্রংনা "পাপী অহু ওইৱবদি ঐনা চরাং ওইনা তান্নগে হায়ববু ঐ য়াম্না ৱারে" হায়হুনা খুনুপ্রং ওইনা উশাহুদা তোংহুনা লৈখ্রে ।

মতৌ অসুম্না খুনুপ্রং ওইনা উশাদা তোংহুনা লৈরিঙৈদা লম্বী চৎপশিংনা ৱারী শাহুনা চৎলি। মহুদা শারিবা ৱারীদি অসিনি, "ঐখোয়গী নিংথৌগী মজা ইবেম্মা রাজ কৈন্যা অসিনা খল্লিবা ৱাখল অসিবু করিনো ? কান্নরোইদোবা ৱাখলনি।" তারিবা অহুনা হংই, "করি ৱাখল খল্লিবা ?" "অসিনি মানা খল্লিবা ৱাখলদি ভুজবা কৌবা নিংথৌ অমা লৈ। নিংথৌ অসি মতিক মগুন য়াম্না লৈবা মরম্না মহাক্না নিংথৌ অসিতবু পামজে। অহুগা নিংথৌ অসিদা নত্তনা মগাক কনাদম্ব যুম পাল্লোয় হায়না লেপখ্রে। অহুনা ভুজবা নিংথৌ অসিতবু পুজা তৌহুনা নিংজৈ।" চৎলিবা মীয়ামগী ৱারীশিং অহু ভুজবা নিংথৌনা য়াম্না মুন্না তায় অমসুং খল্লকই, "ঐ মুমিদাং অসিদা মকু ওইনা ওল্লগা কোয়না পাইহুনা কোম্নুংদা চংহুনা মাগী লৈফম পুরিহু খঙগে। অহুগা নেং ওল্লগা মানা শেম্বাং ওইনা পাইরগা রাজ কৈন্যা অহুগী ইমুংদা চঙহুনা লৈখ্রে। নুমিৎ খুদিংগী রাজ কৈন্যা অহুনা ভুজবা নিংথৌবু ফংজগে হায়হুনা পুজা হেক হেক তৌজৈ। পুজাগী মতম ওইহুনা পুজা হৌরকই; পুজা অহুদা মানা খোল থোক্না "ভুজবা নঙতবুনি ঐনা খনজরিবা, ঐনা নিংজরিবা থুংদনা তোক্লগদরা" হায়না মচল থোক্না পুজা কৎচরিঙৈহুদা ভুজবা নিংথৌ শেম্বাং ওইনা তোংহুনা লৈরিবা অহুনা, "ইবেম্মা, ভুজবা নিংথৌ হায়বা অহু ঐনি, নঙনা নিংবা অহু থুংনবগীদমক ঐ অসে ননাক্তা লাক্লুনা শেম্বাং ওইনা লৈরিবা অসিনি" হায়রকই। ৱাসি তাবদা রাজ কৈন্যা অহুনা ঙক্লুনা "হে ঈশ্বর নঙবু করম্বা লাইনো" হায়না হংই। ৱাহু তাবদা নিংথৌনা য়াম্না শেংনা "রাজকৈন্যা ঐ অশেংবা ভুজবা হায়বা নিংথৌ অহুনি ঐবু থাজৌ" হায়না হম্না হম্না হায়জৈ। মতমহুদতা রাজকৈন্যা অহুনা থাজরহুনা মখোয় অনী ৱারীৱাতায় কয়া শামিন্নহুনা লৈখি। অসোমদা হিংচাবা অহুনা উরোক ওইনা 'পাইখিহুনা কোম্নুংদা চঙলক্লগা পুল্লিবা রাণী অহু থাদোক্লগা রাণীদা হায়খি,

"হৌজিক্তি করিমতা চিংনরগনু ভুজবা নিংথৌ অদু য়াম্না থাপ্না হুন্দোক্লম্লে। মহাক হল্লকপা ঙম্লরোই ।" মতৌ অসুম্না হিংচাবা অদুনা নিংথৌ ওইদুনা মুংঙাইনা পাল্লে।

মতম খরা মুংঙাইনা পাল্লবা তুংদা হিংচাবা অদুনা ধ্যান তৌদুনা য়েংলকপদা ভুজবা নিংথৌদি য়াম্না মুংঙাইনা লৈবা অদু উরে। মদু উবদা হিংচাবা অদু য়াম্না শাউখরে। মহাক্তি ভুজবা নিংথৌ অদু শিরম্বা য়ারে হায়না খল্লম্বনি। হিংনা লৈরম্বা অদুদা শাউরদুনা ভুজবা নিংথৌ মথরায় লৌগনি হায়দুনা হিংচাবা অদু লম্বোইবা শারদুনা খুদক্তা লাক্লে। কোম্নুং য়ৌরক্লদুনা নিংথৌগা উনররে। নিংথৌদা ভিক্ষা অমত্তা নিজগে হায়ররে। করিনো মহাক্না নিগে হায়রিবাদা হায়দুনা নিংথৌনা হংলকই। লম্বোইবা অদুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি রাশকপিয়ু।" নিংথৌনা "ঐগী অরৈবা ওইরবদি শোয়দনা পীগনি সত্যনা সাক্ষি ওইসনু" হায়দুনা রাশক্লে। রাদু তাবদা "মহারাজ, নজা ইবেম্মগী সনাগী কিয়াং লিকফাং অসিমতদি পীবিয়ু" হায়না নিরে। রাদু তাবদা নিংথৌনা হায়রকই, "করিগী লম্বো-ইবনো খ্বাইগী লম্বোইব দ অদুগুম্না নিদে. নঙনা হায়রিবা অসিবু করি-গীনো?" অদুগা হায়রকই, "ইবেম্মা ইচাগী সনাগী কিয়াং লিকফাং অদু লম্বোইবদা পিথোকখ্রো।" মপাবুং মহারাজগী রাফমদু তাবদা মচা ইবেম্মা রাজকৈন্যা অদুনা হায়রকই, "ইপা ইবুংঙো করি রানো হায়বিরিবা অদুবু।" নিংথৌনা 'ইবেম্মা ইপানা রাশকথোকখ্রবনি অদুনা পিথোকখ্রো কোম্না অমুক ইপা শাবিরগে" হায়রকই। মপা ইবুংঙোগী রাদু তাবদা মঙক্তা শিরিবা কিয়াং লিকফাৎ অদু থদৎলগা লম্বোইবদা সে লৌরো হায়দুনা লংশিনখ্রে। মদু লম্বোইবা অদুনা হরাওনা পুখ্রে, খরা চৎলগা সনথোং য়ৌরগা শুগায়দুনা দৎ শিরে হায়দুনা হরাওই। মদুদা অমুক চিং-নরদুনা ধ্যান তৌদুনা অমুক য়েংই। অদুদা অমুক হয়িং ওইনা লৈবা উরে। মদু উবদা অচা লাকচৈদা হায়দুনা অমুক কোম্নুংদা চংলকই। অদুগা নিংথৌদা অমুক ভিক্ষা অমতংগা নিজগে পিবিয়ু হায়ররে। রাদু

তাবদা মহারাজনা করি অমুক পাম্মি হায়না হংলকই। হন্দক্তি মজা ইবেম্মগী পাম্বোমদা তোংলিবা হয়িং অসিমতা নিজগে পিবিয়ু হায়ররে। ৱাহু তাবদা নিংথৌনা “ইবেম্মা নঙগী পাম্বোমদা তোংলিবা হয়িং অসিমতা নিজগে পীবিয়ু হায়রিনে লম্বোইবা অসিনা অমুকস্থু! ইবেম্মা নঙগী পাম্বোমদা তোংলবা হয়িং অহু পিগ্রো” হায়না হায়রকই। ৱাহু তাবদা রাজকৈন্যা অহুনা শাউনিংনা কৱম্বা লম্বোইবনো মসিগী লম্বোইবসিবু হায়রকই। নিংথৌনা “ইবেম্মা ইপানা ৱাশকপ্ৰবনি পিথোকখ্রো” হায়হুনা হয়িং অহু লৌজরো হায়হুনা পিগ্রে। লম্বোইবহুনা হৱাওনা মহু পুহুনা চৎখ্রে। হয়িং অহু হাৎতোক্লে। দৎ শিৱেদনা হায়রগা চৎলগে তৌই। অহুবু অমুক্তদি য়েংথিগে হায়হুনা য়েংবদা অমুক হিকপি ওইনা লৈবা উৱে। মহুদস্থু অচা লাকচৈদা হায়হুনা অমুক কোম্নুংদা লাক্লে অহুগা নিংথৌদা মহারাজ হন্দমুক্তগা নিজখিগে হায়ৱবদগী নিংথৌনা করি অমুক পামলে হায়না হংবিৱে। লম্বোইবনা মজা ইবেম্মগী কোক্কী হিকপি অমত্তা নিজগে হায়ৱে। মহু তাবদা নিংথৌনা য়াম্ন শাউনা কৱম্বা লম্বোইবনো মীগী কোক্তা লৈবা হিকপি পী হায়রিবসিবু খল্লি। লম্বোইবনা হিকপি অমতংদি পিনবিয়ু হায়হুনা কন্না হায়জরে। মহুদগী নিংথৌনা মচান্নুপীদা হায়রকই, “ইবেম্মা খিৎ পিথোকখ্রো তানিংদ্রে।” মপাগী ৱাহু তাবদা রাজকৈন্যা অহুনা, ‘পাবুং করি ৱানে মীগী কোক্তা লৈবা হিকপি ফাওবা নিৱিবা লম্বোইবা অসিবু কৱম্বা লম্বোইবনো” হায়না শাউনা ঙাওলকই। মহুদা লম্বোইবহুনা ইবেম্মা মহুতদি পিনবীয়ু হায়ৱে। মতম অহুদদি ৱাজ কৈন্যা অহুনা ভজবা নিংথৌ অহুদা হংলকই, “ইবুংঙো করি হায়বগে হিকপি নিৱিবসি পিখোৱা পিখিন্নুৱা ইবুংঙোগী মোৎ করিনো হায়বিৱো।” মহুদা ভজবা নিংথৌনা ফৱে ইবেম্মা পিগ্রো হায়বা ৱাহু তাৱবদা রাজকৈন্যা অদুনা হিকপি অহু পিগ্রে। খুদক্তা হিকপি অদুনা খুন্নু ওন্দুনা লৈমায়দা মশা অদু ফদং ফদং কন্দুনা লম্বোইবহু কোম্নচেল চেন্দুনা প্ৰপ প্ৰপ তান্নবা হৌৱকই খুদক অদু মক্তদা খুন্নু অদুনা হাইহৎহুনা মথৱায় লৌৱে। শিৱবা

অদুদগি মায়া চংদদুনা হিংচাব ওইনা শিরে। মদু উবদা মীয়াম্না ওক্লা কিনরে। ময়াম্না থৌদোক পুম্নমক মজা ইবেম্মা খঙলমগনি হায়দুনা মজা ইবেম্মদা হংলকই। মজা ইবেম্মনা চুম্মি মান্না খঙফম থোকই হায়দুনা থোকখ্রিবা থৌদোক পুম্নমক লেংইনা লিখি। মতমদুদা ভুজবা নিংথৌ অদু লোৎপা য়াদদুনা মহাক ভুজবা হায়বা নিংথৌদুনা হায়খি। মদু তাবদা লৈবাক নিংথৌ পুম্নমক্না কিনরদুনা ভুজবা নিংথৌবু খুরুম্নদুনা ময়াম হরাওনা রাজ কৈন্থা লুহোংদুনা থাজখি।

মতম খরা লৈরগা ভুজবা নিংথৌ অসি মরৈবাক্তা হল্লক্লে। অদুগা মরমচং ফংজবী মাগী রাণী ওইরিবী অদুবু হাৎলবদি নুপী হাৎপগী দোষ লৈগনি হায়না খল্লদুনা মথরায়মক্তি লৌখিদে. মথরায় মঙবগা চপ মান্নবা মরু কোক্লগা শুমু য়াইঙং তৈরগা কৈথেল কৈথেল খুদিংদা খোঙ্গোয়নদুনা পুখ্রো হায়দুনা মী হাৎপা চন্দালগী মখুৎতা শিন্নখি। মী হাৎপা চন্দালশিং অদুনা পুদুনা কৈথেল কৈথেল খুদিংদা খোঙ্গায়নদুনা পুখি। মসিগী তুংদা নিংথৌনা মহাক্না অস্নম্না মী ওইনা পানবা ঙম্লিবা অসি কনাগী মপান্দগীনো হায়না খল্লকই। মতমদুদা মালিনী অদুবু নিংশিংলকখি। অদুগা মালিনী মতৈ মনাও অদুবু নিংথৌনা কৌখৎতুনা হায়রকই "মালিনী নতৈ ননাওবু ঐনা কৈদৌঙৈদসু কাউবা ঙমলোই, মরম অদুনা নখোয়না অপাম্বা পোৎ অদু হায়য়ু।" মালিনী মতৈ মনাওনা খুম্মি, "ননাই ঐখোয় করিগুম্বা অনংতা পামজদে. ইনিংথৌনা চানবিবা অদুতনা ঐখোয়গী লাইবক ফবনি।" নিংথৌনা হংখি, "নখোয়গী নরা তাবদা ঐ পেল্লে। ফরে নুপা নঙ নিংথৌ ওইবা পামব্রা ? করি পাম্মী হায়য়ু ঐদি নখোয় অনীগী লমন তোল্লবনি।" ভুজবা নিংথৌগী রাদু তাবদা মালিনী মতৈ মনাও অদুনা মহারাজনা চানবিবা অদুমক মখোয়গী লাইবক ফবনি হায়না অদুমক হায়জে। নিংথৌনা পেল্লদুনা, "ফরে, নখোয় অনী ঙসিদগী হৌনা মালি ওইবা তোক্লুনা নিংথৌ ঐঙোন্দগী হেন্না নুংঙাই য়াইফনা, অরাৎ-অপা লৈতনবা নিংথৌ ঐনা পিবদুনা নুংঙাইনা পাল্লো।" হায়না চানবিখ্রে। মতৌ অস্নুম তৌনা মালিনী মতৈ মনাও অমদি নিংথৌ ভুজবা নুংঙাইনা পান্দুনা লৈখি। □

# ৩ঃ সনামনি খোম্বা

মমাংঙৈদা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্কী মচা মুপা তরেৎ পোল্লম্মী। নিংথৌ অসিনা শিরমদাইদা মচাশিংদা হায়রম্মী, “নখোয় তরেৎকী মনুংদগী নচা মুপা পোকপা হানবা অমনা নিংথৌ ওইগনি।” মতম খরা লৈরগা মখোয় বন্দা শা তানবা চংলুসি হায়দুনা শগোল অমমম তোংদুনা শা তা-নবা লাকই। শাদি অমত্তা ফাদ্রে, ঈশিং খোৎলাংবনা মখোয় তরেৎ অসি ঙাওরে, ঈশিং থিবসু ফংদ্রে। মমৈথংদা মনাও অতোনবসিনা হায়রকই, “য়াম্নং তরুকমক পোংথাবীরম্মু। ঐ ঈশিং থিজরুগে।” অসুম্না মনাও অতোনবদু ঈশিং থিবা চংখি। মানা অসুম লাকপদা উমং অমদা ফুরা অমা লৈরম্মী। ফুরাদু উবদা য়াম্না হরাওনা চঙশিল্লকই। ঈশিং শোয়-দনা লৈরম্লগনি হায়দুনা মহাক্না চঙশিল্লকপা মতমদা ফুরাদু থোঙ লানশি-ন্দুনা লৈরম্মী। অদুদগী থেংঙদু কাওথেক্তুনা থুদেক্লগা মহাক মনুংদা চঙখ্রে। মনুংদুদা লৈরম্বা ফোরমোননচিংবা সনদেশ পূম্নমক অদু উবদা য়াম্না হরাওখি। মীনা তৌরম্বা নৎতে। অদুবু শিরে ফরে চংলে ফরে ময়াম্বা তরুক্কী অরাম খোৎলাংববু কোল্লবদি হায়দুনা ময়াম্বা তরুক কৌরক্লে। মনাওগী মখোল তারবদা হরাওরদুনা শগোল থোরক্লে। মনাওগী মনাক য়ৌরক্লদুনা শগোলশিং অদু ফুরা মনাক অদুদা পুন্দুনা থমলম্মে। মনাও অদুনা মাঙ থাদুনা ফুরা অদুগী মনুংদা চঙলকই। লৈরিবা সনদেশশিং অদু মখোয় তরেৎনা মথং মনাও অমত্তা কায়দনা ফমদুনা চারে। চাবা তোল্লবা মতুংদা অরাম খোৎলাংবা কোকতুনা ভূমনিংলক্তুনা মহুদা লৈরম্লিবা শৈজা তরেৎ অদুদা অমমম তুমখ্রে। মনাও মুপা অতোনবদু দি মপু লাক-খিগনি হায়দুনা কাওখল মনুংদা খুউ খুদক কুন্দুনা লৈখি। ফুরা অদুদি কনাগীসু ওইরমদ্রে। শোরারেনগী মচানুপী তরেৎকী শান্নফম ফুরা ওই-রম্লে। মখোয় তরেৎ অসিনা শান্নরুসি হায়দুনা লাকপদা ফুরা অদুগী

মনাক্তা শগোল তরেৎ পুনবদু উরকই। মদু উবদা মচে অহল অদুনা ইঙক ঙক্লদুনা ইনাউশা ঙসি তৌরিবা মতৌ অসি করিনো ? ফরে শগোল তরেৎ অসি চারসি হায়দুনা ফুরা মমুংদা চংখ্রে। মানা চঙলকপা মতমদা ফোর-মোল, সনদেশ পুম্নমক অদু লোইনা চাথোকপা লোইরগা মাগী মাগী শৈজাদা অমমম লৈরম্বদু উবদা শাউবনা ঙমখৈ লৈত্রে। মাগী কাদুদা চঙলকপদা মাগী কা অদুদা মনাও অতোনবদু কাঙখল মমুংদা খুউ খুদক কুম্দুনা মমিং তরু তরু পাঙদুনা লৈরম্বদু উবদা হংলকই, "নঙ কনানো ?" মনাও অতোনবদুনা খুমই, "মজা ইবেম্মা, ঐখোয় তরেৎকী থরায় অসিদদি কনবিয়ু।" শোরারেনগী মচানুপীশিংদু অতোনবগী ফজরবা শকফমদু উবদা শুমহৎতুনা ঙাওখি। ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনখি। মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "ঐ করিগুম্বা খরা হায়গে" হায়রম্লগা তুমিন্না লৈখ্রে। মতমদুদা যুবরাজ অতোনবদুনা হংখি, "ইবেম্মা ঐখোয় তরেৎকী থরায় কনবীররোইদ্রা ? হেলোই অতোনবীনা খুম্লকই, "ঐনা হায়জবদা য়াবিরবদি শোয়দনা নখোয় তরেৎকী থরায় কনজগনি য়াদ্রবদি থরায় কনবা ঙমলোই, মুন্না তারো। নঙ অসে ঐগী পুন্সিগী ইপুরোইবা ওইজগে, য়াবিরব্রা ?" যুবরাজ অতোনবনা লাইগা মীগা কমদোনা পুন্সি লৈমিন্নগদগে হায়দুনা য়াদ্রে। "অদু ওইরবদি নখোয় লোইনা শিবা তাই" হায়রকপদা যুবরাজ অতোনবনা ময়াম্বং তরুক কল্লগে খল্লদুনা হেলোই অতোনবীনা হায়বদু য়ারগে হায়না খুমলে। অদু ওইরবদি ইতৈ তরুক অদু লোইনা থাদোকখ্রো হায়রম্লগা মপান্দা থোকখ্রে। খুদক অদুদা ময়াম্বশিং অদু থুনা হৌদেকলে, য়াম্না থুনা শগোল তেংদুনা চংখ্রে। হায়রবদা ময়াম্বশিং অদু শগোল তোংদুনা থুনা য়াংনা চংখ্রে। মদু উবদা মাচম তরুকনা করিনো তৌরিবা মতৌদু হায়দুনা শাউই। রাসি তাবদা অতোনবীনা সিয়া সিয়া হায়রম্লগা চপ মান্ননা তান্নখি। ময়াম্বা তরুক্না শগোল কন্না থৌখি অতোনবনা তুংদা তপ্না থৌই। শোরারেনগী মচা অতোনবীনা পাইরক্লুনা নিংথৌমচা অতোনবগী শগোল মমৈ অদুদা য়াল্লকই। মদু উবদা অতোন-

বনা ইবেম্মা সোমদা হায়ছ্না মাওদা তোংহন্‌খি। মতু উবদা মচেম তরুক অছ্না "পাপী চন্দাল খওনি ইপা শোরারেন্দা তাক্কে" হায়্ন্নগা হনখি। মখোয় তরুক ময়ুম য়োথ্রে। যুবরাজ অতোনবছ্দি উমংদা নুমিৎ তাথ্রব-মখোয় তরুক ময়ুম য়োথ্রে। "চিংনবিগনু ছ্দা হায়রকই, "ইবেম্মা নুমিৎ তাথ্রে করম তৌগনি?" "চিংনবিগনু ইবুংঙো" হায়রগা ফুরা অমা থোকহল্লে। অহিংছু মখোয় অনী ফুরা ইবুংঙো ঐহাক ইপা মনুংছ্দা লৈখি। নোং ঙাল্লগা অতোনবীনা হায়খি, "ইবুংঙো ঐহাক ইপা শোরারেন অমুক্তা খুরুম্মুখিগে।" যুবরাজ অতোনবনা মছ্দা "ইবেম্মা নঙ চংথ্রগা ঐদি করম্ তৌনা লৈহৌগনি?" হায়না হংলকই। করিমত্তা চিংনবীগনু মহাক য়ুম্না থুনা লাক্কনি হায়রকই হেল্লাই অতোম্বীনা।

"অছ্দি নঙনা চংখ্রিঙৈদা শা-কৈ, ভুট প্রেৎ লাক্লবদি কমদৌনি?" যুবরাজনা হায়রকই। অছু ওইরবদি মাগী বীনা অসি পায়রম্ম হায়না বীনাছু পীরে। যুবরাজনা হংই, "নঙগী বীনানা করি তৌদোরিবা?" "ঐগী বীনা অসি হেক খেংবা মতমদা ঐ শোয়দনা লাক্কনি" হায়রগা মপা শোরারেল খুরুম্বা অতোনবীছু চংথ্রে। চংখিবগা যুবরাজ অতোনবনা বীনাছু খোংবা হৌরক্লে। অতোনবীছু শং হল্লক্লগা হংলকই, "করিনো ইবুংঙো? অমুক থুনা কৌবিবরো?" "হি ইবেম্মা, নঙ লাক্লে; চংলু বীনা অসিনা মরোল হাপতুনা খোংদ্রিবমখে নঙ লাক্কনু" হায়না চংলু বীনা অসিনা মরোল হাপতুনা খোংদ্রিবমখে নঙ লাক্কনু" হায়না হায়রে। অমুক থুনা চংথ্রে। সোমদা যুবরাজ অতোনবনা বীনা খেং-ছুনা লৈরিঙৈদা ঋষি অমা লাক্লে। ঋষিনা হায়রকই, "মহাশয় নঙ কনানো? থোঙ হাংঙু।" যুবরাজ অতোনবনা থোঙছু হাংদে। "হি, করিনো? মীরা লাইরা করিনো থোঙ হাংদনা" হায়রকই। অমুক হন্না, 'মহাশয় থোঙ অমুক্তা হাংঙু" হায়না লাউই। মছ্দা থোঙ হাংভি। "মহাশয় নঙগী বীনা অছু ঐঙোন্দা পিরো" হায়রকই ঋষি অছ্না যুবরাজ অতোনবছ্দা। ঋষিনা "য়ারবদি ঐগী মঙ্গ থেঙ্ম য়াইওইবা অসিগ থৌরি কোঙ্গোয় য়াইওইবা অসিগা ওন্নসি" হায়রকই। 'নঙগী থৌরি কোঙ্গোয় য়াইওইবা অছ্না করি কান্নে?" হংই। মাগী থৌরি কোঙ্গো

য়াইওইবা মঙ্গে থেঙ্গ ্য়াইওইবা অহুনা করি কান্নে ?" হংই। মাগী থৌরি কোঙ্গোয় য়াইওইবা মঙ্গে থেঙ্গ ্য়াইওইবা অসিনা জগৎতা ঙমদবা লৈত্রে সনজিং ফাওবা থুগায়বা ঙম্মি হায়রবদা অহু ওইরবদি ওন্নরসি হায়-তুনা ওস্থোক্লরে। ঋষি অহুনা বীনাহু খোংতুনা অসুম চংখ্রে থাপতোক থাপতোক্লগা বীনাগী সুরহু হেন্না হেন্না ফজনা নুংশিবা খোনজেলহু তারবদা যুবরাজ অতোনবহু মওল মওল খল্লি। শোরারেনগী মচা অতোনবীনা লাক্লগা করি হায়গনি। ফরে হেক্তা মুল্লগে হায়না খল্লহুনা মানা থৌরি কোঙ্গোয় য়াইওইবা মঙ্গে থেঙ্গ ্য়াইওইবা অনীগী চাং য়েংলগে হায়না খল্ল-কই। প্রপ প্রপ তান্নরকই। থৌরিহু মতম অহুমক্তদা ফিরৈদগী লৌ-থোক্লগা ঋষিগী মখাংদগীনা মখুং ফাওবা পুল্লু হুনবদা ক্রক ক্রক পুন-শিনখ্রে। মঙ্গে থেঙ্গ ্য়াইওইবা অহুনা থৌগল চঙউ হায়না হুনজিল্লি। মহুদা থেঙ্গনা শিবা য়াবা মখে কন্না ফুরকই। ঋষিনা মথরায়দদি কল্লু মহাক করিমত্তা পামদ্রে, মাগী বীনা অসিসু লৌজহৌরো হায়না হায়রকই। রাহু তাবদা থৌরি থেঙ্গ ্অনীমক খাম্মি তোক্লো হায়না' অনীহু তোক্লে। লৌশিল্লগা ফিরৈদা অমুক য়েপশিল্লে, বীনা অহুসু লৌশিল্লে। ঋষি অহু কপ্পা কপ্পা চংখ্রে। যুবরাজ ফুরা মনুংদা চঙখ্রে। অহুগা বীনা অহু মরোল হাপ্লগা খোংলকপদা শোরারেনগী মচা অতোনবী অহু য়ৌরক্লে। "ইবুংঙো ঐ য়োজরক্লে থোঙ হাংবিরো" হায়রকই। থোঙ হাংলগা রারী শানখি। "ইবুংঙো ইপা শোরারেলনা অমুক্তা লাকউ হায়" চংসি হায়বদা যুবরাজ অতোনবনা খুন্নকই, "ইবেম্মা ঐদি নঙগুম্না পাইবা ঙম্বা নংভবনিনা করম্না চংকনি ?" অতোনবীনা রাবিরুমু করিমতা মনা শোয়দনবা হোৎনজগনি হায়রম্নগা থোকখ্রে অহুগা মনা, "হা ইপা শোরারেল দোলাই তমা থাদ-বিরকউ" হায়না নিখি। মহুদা মপা শোরারেলনা দোলাই অমা থাদ-রিবকই। দোলাই অহুদা কাখৎপিরো হায়তুনা দোলাই অহুদা কাখৎলে। মখোয় অনীমক শোরারেন্দা কাখৎখ্রে। শোরারেন য়ৌরে দোলাইদগী কুমথরে, শোরারেন খুরুম্বা চংখ্রে। প্রপ প্রপ চংখ্রগা ইকু ইবুংঙো হায়না

খুৱস্মি। শোৱারৈননা মহু উবদা শ্বাই লাওই মৱমদি মতিক মগুন অহু উবদা, শোয়দ্রে শোৱারেন ঐগী খুভম শিনবা লাকপনি হায়না খল্লি, অহুনদি শৎ হাৎতবা য়াদ্রে হায়না খল্লহুনা মাগী মমাওগী পুখ্রি অসিদা লৈরিবা লাইরেন অসিগী মখয়াৎতা মথৱাই মাওহল্লগে হায়না খল্দুনা হায়রকই, “ইবুংঙো, ঐগী নোংপোক্কী পুখ্রিদগী ঈশিং খৱা শোল্লকউ, ইকু চীন তেংগে” হায়হুনা সনাগী পাত্র অমা পীৱকই। যুবৱাজ পাত্র অহু পায়হুনা নোংপোক্কী পুখ্রি তান্না চৎখ্রে। পুখ্রি অহু য়োৱে, পুখ্রি অহুনা ফজরম্বদি অসিনি হায়নিঙাই লৈতনা ফজে, পুখ্রিগী মপান্দা শাৎলিবা লৈশিং অহু শিংথাবদা লেইবা ঙমলেইদবা লৈনি। লৈশিংহুদি নবমালিকা, মালিকা সেফালিকা, চম্পকা অসিনচিংবা য়ামথ্রবা লৈনি। অতি চমৎকার, অতি মনোহর, অসিগী মনুংদা লৈরাং নারিদ্রি জগোয় শাবীশিংনা হুং হুং হায়বা শব্দগা লোয়নননা লৈনা জগোয় শাগৎলকপা অহু তাইবং পুক্লিং শুম্মংঙিঙাইনি। মৱমদি লৈরাং নারিদ্রি জগোয় শাবী তায়বসি লৈখেৱুদি পীক লৈতোন্নদি পুং লৈসিনা ফৃগাইনা শাৎপা কান্দা খোইমুশিংনা লৈহি চুপ্পা, লৈশিং অহুনা উমশিল্লক্কনি হায়বসি কাউখিহুনা খোইমুশিংনা লৈহি চুপতুনা অহুম লৈবদগী খোইমুশিংহু লৈশিংনা উমশিনবদা য়াওগ্রে। মুমিদাং ৱাইৱম ওইৱক্লবদা মালয়া মুংশিংনা লিরি লিরি হুমবদা লৈনানা য়েমশিনখ্রবা খোইশিংনা লৈরাং অসিনা হাইবদা খোইশিংনা মওং তাল চনা হুং হুং হায়বা অহুগা লোয়ননা হুম্বা অহুবু কবিনা লৈরাং নারিদ্রি জগোয় শাবী হায়না খেল্লি। ফজবগী ঙমখৈ লৈতনা ফজে। অহুগুম্বা পুখ্রি অহুদা ঈশিং শোক্কে হায়হুনা অসুম সিড়িদা কুমথৱকই। মথং মথং কুমথৱক্তুনা ঈশিং শোক্লে। অহুগা মানা কাৱগে হায়হুনা মখোঙ নামা সিড়ি মথক্তা থাংগৎলকই, নামনা ঈশিংদা লৈরিঙৈদা চাউৱবা লাইৱেন অমনা মখোঙ নামা অহু উমহুনা চিংগে তৌৱকই। অহুদা মানা হিঃ করিনো হায়না য়েংলকপদা লাইৱেন ওইৱম্মী। খুৎলৈ থুনা থৌরি কোঙ্গোয় য়াইওইবা, মঙ্গে থেঙ্গ. য়াইওইবা অহু ফিরৈদগী লৌথোক্তুনা থৌরি কোঙ্গোয় য়াইওইবা

অতুনা মমৈদগী মকোক ফাওবা ক্রক ক্রক লাকশিল্লু অতুগা কংফালদা পুখং-লকউ হায়তুনা লংবদা কংফালদা লাইরেন্দু লংখৎলক্লে। অতুদগী থেঙ্ অতুনা ফুরো হায়তুনা থক হুনজিললি। থেঙ্ অতুনা লাইরেন্দু ফুগায়তুনা হাৎলে। য়াইওইবা থৌরি থেঙ্ অনীমক লৌশিল্লে। অতুদগী ঈশিং পুতুদা লাক্লগা মকু শোরারেন্দা ঈশিং অতু পীরে। মকু অতু ওকপনা খম থেংখ্রে। "হিঃ করিনো? ঐনদি লাইরেন অতুনা চাথ্রসনু হায়তুনা থাখ্রগা, ঐগী লাইরেন অতুবু লৈত্রবরা?" অতুনদি হংদবা য়াদরে হায়তুনা হংলকই, "ইবুংঙো, নঙনা ঈশিং শোকপদা করি করিদি থেংনৈ। অতুদা মানা খুমই। "ইকু নিংথৌ ঐ থোয়দোকপা থেংনজদে, লাইরেন মচা অমতংদি খোঙদা উম্মি হায়তুনা ঐনা হাৎতোক্লম্লে।" শোরারেন্দু মতু তাবদা স্বাই লাওই। হিঃ করিনো? মাগী লাইরেন অতুবু মচা য়াম্না কোক্লবরা হায়না খল্লি। নিংথৌনা খনখি, "ঐগী লাইরেন অতুদি চাউবদা ঙমখৈ লৈত্রে, অতুনা ঐগী ঐরাবৎ শামুগা ফাওবা হেনজিন্নবা ঙমনদতুনা লৈরি-বনি। ঐরাবংনা ঈশিং থকপা কুমথবদা মমি উবদদা মানা ঙমগদবগী ধমকা তৌতুনা লৈ, ঐরাবৎনসু মাবু মনাতোন অতুনবু ফংলবদি কংফালদা লংখৎকে হায়না খন্দুনা ময়া অনীতু লৈমায়দা থুম্না য়েশিন্দুনা ধমকা তৌতুনা লৈনরিবনি।" অতুদা মচা অমা হাৎতোক্লে হায়বা অসিদদি ওকখ্রে। ফরে অতুবু অমুক্তদি য়েংহল্লুগে খল্লতুনা মনাই অমা য়েংহল্লুরে। মনাই অতুনা শোয়দ্রে মহারাজ, মচা হাৎলুবগী শাউতুনা কংফালদা অরা-কপা মী হাৎকে হায়তুনা ময়া কাখৎলহুনা লৈহৌরে হায়তুনা তম্মে। অতু ওইরবদি মী শোকপা তারে হায়তুনা শোরারেননা মখুৎতা খুৎলাই পায়-তুনা থোরক্লে। লাইরেন অতুনা তৌরম্লিবা মতৌতু উবদা ওকই। মচা হাক্কন্নবদগী তৌরিবনি খন্দুনা লাইরেন অতু মথরায় লৌরগে হায়তুনা ফংবা হৌরকই, অতুবু লাইরেন অতুদি শুকলেং লেংদ্রে শিরমাল্লে খন্দুনা য়েংবদা অশিবা ওইরম্লে। মতুদা অমুক্কা হেন্না ওকখ্রে। শোয়দ্রে মাগী মফম শিনবা লাকপা, অতুনদি মাগী অঙাওবা শামু ঐরাবৎকী ময়াদা মথরায় লৌরগে

খল্লহুনা, "ইবুংঙো হয়েংদি ইকু থবক অমা চংকে অহুনা নহাক ঐগী শামু ঐরাবৎ কৌবা অমা হিমালয় চীংখোংদা চাবনি মহু হয়েং খরা ফারু" হায়না তাকপিরে। অসি হায়রম্লগা শোরারেন অহু চঙখ্রে।

নুমিদাং অহু মানা খল্লি, ঐরাবৎ হায়বা শামু অহু কয়ামুক চাউবা শামুনো হায়বা অহু খঙদে, অহুনদি মচানুপীদা হংলগে হায়না নিংলে। মানা হংঙি, "ইবেম্মা, ইকুনিংথৌগী ঐরাবৎ হায়বা শামু অহুবু কয়ামুক চাউবগে ?" মচানুপীনা খুম্মি, "ইঃ করিগী ওইরবনো ইবুংঙো?" "ইবেম্মা হয়েং ইকুনিংথৌনা থবক চংকনি হায়হুনা ঐবু ফারু হায়না তাকপীরকই" অহুগী হংবনি। মহু তাবদা শোরারেনগী মচানুপী অতোনবীহু স্বাই লাউহুনা লৈমায়দা ৱান্থহুনা তাখি। ঙাইহাক লৈরগা গ্যান লাক্তুনা হৌগৎলগা হায়রকই, "অহুদি ইবুংঙো যুবরাজদি করি হায়না খুম্বীরম্মি ?" যুবরাজনা হায়, "ফারুগে হায়রম্মী।" রাহু তাবদা মাংঙে মাংঙে হায়হুনা মরু লুকথহুনা লৈখ্রে। মহু উবদা যুবরাজনা হংঙি, "করিনো ইবেম্মা ? ঐনা শামু ফাগে হায়রগা নঙনা অহুক য়াম্না ৱারিবা ?" "করি ৱানো ইবুংঙো, ইন্দ্রকী শামু অসিদি অচম্বা নত্তে অহুনা খনজবনি" হায়জখি। যুবরাজ অতোনবনা খুম্মি, "চিংনবীগনু ইবেম্মা শামু শোয়দনা ফাজগনি। ঐরাবৎ কৈদৌনি, অহুগী শরুক চাকতুম থোঙলুরো ?" মপুরোইবগী ৱা তাবদা চাক থোঙনা থোঙনা মানা খল্লি, "মাঙলে মাঙলে ঐ মাঙজরে।" হিক্রা তিক্রা কপ্লি। চাক থোঙবা লোইরহুনা চাক চানবা হায়জরবদা মাগা চামিন্নসি হায়রকই। কোম্না চাজগে হায়না অতোনবীনা খুম্মী। অসুম তৌনা চাক চাবা লোইরবদা শোরারেনগী মচা অতোনবী অহুদি চাক চাজরোই হায়না হায়জরম্মী। করিগী চারোইদৌরিবনো হংবদা ঙসিদি ব্রতনি হায়না খুম্মি। অসুম তৌনা অহিং অহু হৌখিহুনা নোংঙাল্লে।

নোং ঙাল্লক্লবদা অয়ুক্কী হৌনবী থবক পূম্নমক লোইরে। যুবরাজগী "অহুদি ইবেম্মা ঐ চংলগে শামু ফারুরগে" হায়বা রাহু তাবদা "ইবুংঙো

ঐস্থ চৎচগে" হায়রকই। "ইবেম্মা শামু ফাবা চৎপদা মুপী চৎপা হৌনদে লৈহৌরো" হায়না যুবরাজনা থেমজিনখি।

লৈহৌ লৈহৌ লাক্কম্বু হায়রম্নগা মহাক চৎখ্রে। অতোনবীহু মপুরোইবনা চৎখিবা মায়গৈদা ইম্নরক্লে। খরা চৎলগা তুং হন্না অমুক য়েংলকপদা কপ্লি কপ্লি মপি ইরা চেল্লহুনা মতুংদা ইল্লকপহু উরে। মহু উবদা হায়রকই, "ইবেম্মা হৌনদে নঙনা কপতুনা ঐগী তুং ইল্লক্লপা" লৈহৌরো লৈহৌরো হায়হুনা হন্না হন্না থেমলক্লে। অমুকস্থ "ইবেম্মা ঐরাবৎনবু ঐঙোন্দা করি তৌজরদৌরিবনো" হায়হুনা থেমলম্নগা চৎখ্রে। অহুম চৎখিহুনা হিমালয় চীংখোঙ য়ৌখ্রে। মহাক্না চপ লেপতুনা য়েংলগা অসিরায়দা ঐরাবৎ কৌরগে হায়হুনা ঐরাবৎ ঐরাবৎ হায়হুনা অনী অহুমলক তোয়না কৌরকই। ঐরাবৎ মাগী মমিং কৌবা তারবদা খল্লকই, "হায় করিনো? জগৎতা ঐগী ইমিং কৌবিনবা লৈতে, ঙসি ঐবু কৌরিবা মুপা অসি মথবক্তা ইয়া অসিনা লেংলগা ঐগী ইবুংঙোদা কৎকে" অস্থুম্না মবুক্লিংদা চপ য়ুংনা খল্লহুনা চীংগী লৈবাক লৈঙাং অহু মশা পূম্নমক তৈশিনখ্রে। অহুগা মনা অনী থুপচিল্লে, মমৈ ফিরাল শারহুনা যুবরাজ তম্না চেনশিল্লক্লে। যুবরাজগা থেংনগদৌবা লম তরামুক ৱাংলিঙৈদা মানা খললি, "হে সৈত্য ঐগী ইনাতোন অসিনা ফংলবস্থ ইনাতোন্না নমলোই ইয়া অনী অসিনা হেক্তা মথবাক্তা লেংলগে অহুগা ঐগী ইবুংঙোদা কৎকে" অস্থুম্না রাশক্তুনা পাইশিল্লক্লে। অস্থুম প্রপ প্রপ চেনশিল্লকপনা ঐরাবৎকী মনাতোম্নদি ফংলবা ময়ানদি ফংদ্রিবা মতম অহুমক্তদা যুবরাজনা খুৎলৈ থুনা ফিরৈদগী থৌরি কোঙ্গায় য়াইওইবা মঙ্গ থেঙ্গ য়াইওইবা লৌরগা "থৌরি নঙনা মখোঙ মরি অসি পুনশিনবীয়ু" হায়হুনা থৌরি অহু লংই। ঐরাবৎকী মখোঙ মরি অহু ক্রক ক্রক লাকশিন্দুনা পুনশিনখ্রে। খুদক অহুদা থেঙ্গ অহুবু থৌগল চঙউ হায়হুনা হুনলে। খুদক অহুদা থেঙ্গ য়াইওইবা অহুনা ফূবদা শামুহু শিগদৌরে হায়বসি উবদা থেঙ্গ য়াইওইবা অহুদা তোকও হায়হুনা তোকহল্লে। যুবরাজনা হি শিবা তারে, শামু অসি মতু পোল্লে,

মম্বিং মনা ইকুৎ কুৎলে, ফিভম কায়রে খল্লহুনা মুন্না য়েংহুনা লৈরে। শামুনা খল্লি, "ঐ শিরম্নগনিদা, ঐবুদি লাক্লিবা হুপা অসিনা হেল্লে। মহাক অসি কদাইদগীনো ঐ শিবা তারে, অহুনদি ঐ শিশিন্নহুনা লৈহৌরগে।" শামু অহু ইতে তেথরে। শোমদা ঐরাবৎনা খল্লিবা ৱাখল অহুদি য়ুবরাজনা খঙবা ঙমদে। মমৈথংদা য়ুবরাজনা মকু ইবুংঙোনা ঙাইরম্নগনি খল্লহুনা শামু অহুদা "ঐরাবৎ নয়া অহু নোম্থৌ অহুদা ঐ কাখৎকে" হায়রকপদা শামু অহু কিবনা মম্না নোম্থহুনা কুম্থরে। য়ুবরাজহু মন্নাদা নেৎলহুনা শামু মথক্তা কাখৎখ্রে। থৌরি কোঙ্গোয় য়াইওইবা নঙসু থাদোকও হায়হুনা থাদোকহল্লগা হান্নগুম্না ফিরৈদা য়েপশিনখ্রে। অহুদগী শামু তোংহুনা লাক্লে। মহুদা শামুনা থাঙলকপা খোংথাং অহুদি য়েংবদা মপা লৈতনা ফজে। তপ্পা চৎলে ফুরক্রা কন্না চৎলে কনমল্লি হায়খিগদ্রা হায়বগী ৱাখলনা তপ্পদি চংলি খোংকাপ্তি লাওনা লাওনা থাঙহুনা চৎপা মওংনি। অসুম লাকপনা নিংথৌগী সনথোং য়ৌরে মতমহুদা মচানুপী অতোনবী অহুনা কপলমবদগী ৱারহুনা মমায় নোনখৎলকপদা মবুংঙোনা শামুহু তোংহুনা লাকপহু উরে। হরাওমনখ্রহুনা মবুংঙোনা উথ্রগনি খল্লহুনা ইমুংদা চেনশিনখ্রে। অহুগা মতোমতা হি, ধন্যনি, ধন্যনি মামুক লাইবক ফবসি কনা লৈরম্নগনি হায়না খনজে। মবুংঙো শিরগনি খল্লম্বা অহু শিদ্রবহুদদি ৱারম্নগনি চাক চাননবা থোং-থাকলুরগে হায়না চঙখ্রে।

সোমদনা শামুহু পুশিনখিহুনা মকু ইবুংঙোদা কৎখ্রে। মহুদা শোরারেম্না ঙকপগা লোয়নননা হরাওনা তরাম তরাম কৌশিন্দুনা "চংশিল্লকউ, ইকুনা কোনগে লাউ, ঐনা নঙবু ফংবসি লাইবক ফবনি লাউ, ইকুগী লৈবাক অসি তংখায় অম্না নঙগী ওইরো অহুগা নিংথৌ ওইনা পাল্লে।" হায়না হায়বিরকই। ৱাহু তাবদা য়ুবরাজনা খুমলকই, "ইকু মহারাজ, ঐ ইরৈবাক্তা হনজখিগে।"

মকু মহারাজনা হায়রকই, "ফরে ফরে নঙনা তৌনিংবহু তৌরো, চৎকে চৎলু লৈগে লৈয়ু, ঐনা নঙবু ফংজবসি লাইবক য়াম্না ফরবনি।"

অহুনা ৱারম্নগনি পোংথাক্রো চৎলো চৎলো হায়হুনা তাকপীরক্লে। মকু ইবুংঙো খুরুম্নগা মহাক অতোনবীগী মনাক্তা চংহুনা হরাওনা চাম্মিন-থক-মিন্নহুনা লৈখি।

মতম খরা নুংঙাইনা লৈরগা মরৈবাক্তা অমুক হন্নসি হায়হুনা মনাই নুপী অহুদা হায়রে। মহুদা হেলোয় অতোনবী অহুনা অহু ওইরবদি মপা ইবুংঙোদা খুরম্নগা চৎসি হায়হুনা মপা ইবুংঙোবু খুরুমলগা, "ইকু ঐখোয় ইরৈবাক্তা চৎচরগে হায়ররবদা শোরারেন্না. "ফরে ফরে ঐগী লৈগী দোলাই অসি তোংলগা চৎলু" হায়হুনা দোলাই পীরগা মখোয় অনী দোলাই তোং-হুনা মরৈবাক্তা হল্লকই।

শোমদদি যুবরাজহু শিগ্রে হায়হুনা মখোয়না থুংলুবা নুমিৎ অহুমক্তদা মাগী শোরাৎ নোংঙানবগী উৎসব নুমিৎ থোক্লয়ে। মখোয় অনীনা লাকপা অহু শিললাংলিবা মতৈমা অহল অহুনা উরক্লুনা ময়ামদা হায়রকই, "ঐখোয়ম্নগী ইনাও অতোনবহু লাকহৌরে ঐখোয়নদি মা শিগ্রে হায়হুনা শোরাৎ শোম্দুনা নোংঙানবগী উৎসবকী চাক থোংলিবসে কমদৌনি?" ৱাহু তাবদা ময়াম পূম্নমক থোরক্লুনা য়েংঙি। ময়াম পূম্নমক্না ঙকরহুনা য়েংলম্নদগী মনাওবু কৌশিল্লহুনা হরাওনা তরাম তরাম ওকপিখি অমসুং মাগী ৱারীহু হংখি। ৱারী পূম্নমক খঙলবা মতুংদা অচা-অথক পুশিল্লক্লুনা ময়াম পূম্নমক চাম্মিন্নরে। অসুম্না তৌনা মতম খরা নুংঙাইনা লৈমিন্নরে।

মতম খরা নুংঙাইনা লৈরুরবা মতুংদা মনাও অতোনবগী নুপী অতো-নবী অহুগী গর্ভদা লৈখোন অমা উরক্লে। মহু উবদা মচিন মনাও তরুক অহু পুন্না ময়াম্বা অহলগী ইমুংদা তুমিন্না ৱ তান্নরে। "ইনাওশা ঐখোয় পূম্নমকী লোয়নবীশিং অসিদি গর্ভগী লৈখোল অমত্তা উদে অহুবু ইনাও অতোনবীসিগী গর্ভগী লৈখোল অমা উই অহুনা ইপানা শিরমদাইদা. নখোয় তরেৎকী মনুংদগী নচা নুপা পোকপা হানবা অহুনা নিংথৌ ওইয়ু হায়না তাকপিরম্মি, অহুনা ইনাও অতোনবসিনা করিগুম্বা মচা নুপা পো-ক্লবদি মানা নিংথৌ ওইবা তারে। মাগী নুপী অসি হাৎতোক্লো নত্রগা

বনদা হুনদোকলুরো হায়রসি” হায়না হায়রকই। রাসি হায়দ্রিবৈদা মঙোন্দা হান্নবা রাশকহনসি হায়নরে। ফরে হায়তুনা মনাও অমা কৌবা থারক্লে। মনাও অতু লাকতুনা ময়াম্বা পুন্নমকপু খুরুমজে। অতুগা ময়াম্বশিংনা মাবু কৌবীবা করি তাকপিগদবা লৈবগে হায়না হংলকই। ময়াম্বা পুন্নমক ঙাইহাক তুমিন তুমিন্না রা ঙাওদনা লৈনৈ। অতুদগী ময়াম্বা অহলনা হায়রকই, “ইবুংঙো মুন্না তাও ইয়াম্বা রা হায়গে, ঐনা হায়গদোরিবা রাসি য়াগনি হায়না হান্না রাশকউ।” মতু তাবদা মনাও অতোনবা অতুনা হায়রে, “হে সৈত্য সৈত্যনা সাক্ষি ওইসনু। ইয়াম্বা তরুক্কা হান্নবা রা পুন্নমক য়াজগনি। ইপারোমদগী পুরোন তরেৎ, ইমারোদগী পুরোন তরেৎ পূনা পুরোন তরামরি নোরোক তাবা ওইগে।” অসুম্না রাশকলবা মতুংদা ময়াম্বা অহলনা হায়রকই অতু ওইরবদি ফরে ইপানা শিরমদায়দা, “নখোয় তরেৎ নিংথৌ হাপলমদরে অতুনা নখোয় তরেৎকী মনুংদা মচানুপা পোকপা হানবা নুপা অতুনা নিংথৌ ওইয়ু। রা অসি লৈ, অতুনা নতৈমা তরুক্কী মনুংদা গর্ভগী লৈখোল অমত্তা উদে অতুগা নঙগী নুপী অতুদি গর্ভগী লৈখোল অমা উই। নঙগী নুপী অসি হাৎতোক্কে হায়বরা নত্ত্রগা বনদা হুনদোকলুগে হায়বরা অনীসিগী মনুংদা অমা নঙনা তৌগদবনি।” ময়াম্বা অহলগী রাসি তাবদা মনাও অতোনবসি বজ্র কোক্কা তাবমুক রাই। “হা বিধি, ঐগী লাইবকসি থীনা তমগ্রবোইদবো? রাইদা ঐগী পুন্সি। অমরোমদা ঐখোয় তরেৎকী থরায় কনবীরকপা অসিবু হৌজিক ঐনা করম্না হাৎতৌরিবা” হায়না খল্লতুনা ময়াম্বশিং অতু তাকলমদনা ফুক হৌগৎতুনা চৎথ্রে। ময়ুম স্নৌরবদা হেলোয় অতোনবী অতুদি মাবু ঙাইবদা রারতুনা চাকখুমদা ফি থাতুনা হিপতুনা লৈরম্বা অতু থেংনরে। মতু উবদা মশাতু বজ্র কোতি তাবগুম্না থক থক নিকতুনা রাবনা মমিত্তগী মপি তাহনা চপ লেপতুনা লৈখি। মহাক্কা মবুক্তা মওল মওল খল্লি। অসুম্না তৌফম খঙদনা মহাক লৈরে। অসুম্না খনবমখৈ খল্লগা অতুদগীদি, “ফান্দেং নঙনা তপ্পা হিপ্লিবী নুপী অসিগী মখাদা চঙতুনা নঙগী নথক্তা হাপ্লগা বন অমদা

ঐগী মুপী অসি হুনদোকলুসে। অদুগা অমুক লাকউ থুনা চৎলু মিংকপ থোরকপনা হাল্লগনি" হায়দুনা হায়বদগী মাগী য়াইওইবা ফাল অদুনা অথাপ্পা বন অমদা হুনদোকলুরে। অদুগা থুনা হল্লক্লে। মানা ৱারৌনা খল্লকই, "পুকচেল ফত্তেদকো ঐগী ইয়াম্বা তরুক অসে। অা ঐখোয় তরেৎপুম্ থরায় কনবিরকপা অদুগা পাঙ্গল শোনবী মুপীমচা অসিবুদি বনদা হেক্তা হুন্দোকউ হায়বা মসিমক্তি।" ফান্দেংনা অতোনবীবু হুন্দোকলুরে। অতোনবীদু বনগী লৈম্মায়দা ৱাম্থদুনা তুখি। ঙাইহাক লৈরগা গ্যান তারক্তুনা হৌগৎলে। মহাক্না ৱাশক্তুনা হায়রকই, "হে সৈত্য সৈত্যনা সাক্ষি ওইসম্মু, নঙগী নরা-নপাউ তাদ্রিবা মথৈ ঐগী ইমিং অসি পাঙলরোই, ৱা ঙাঙথরোই, অদুগা তিংথৌ মতোন্দা পকপা লিক্লা ফাওবা থকথরোই।" যুবরাজদু অসুম্না মহাক্কী য়াইফনবা লাই নিংদুনা লৈখ্রে। শোমদনা শোরারেনগী মচা অতোনবীদু মিকপ থোক্লে। অদুগা কিবনা মহাক পাখৎতুনা করিনো তৌরিবসিবু হায়না খংলাউ লাউদুনা কপখি। ঙাইহাক কপ্পরগা তোক্তুন ৱাখল তৌই "করিনো ইতৈ তরুক্লা মাবু কৌখিবা অদুগা ঐনা ঙাইবা ঙম্মদদুনা তূমদুনা চাকখুমদা লৈহৌবা অদুগা ঐনা মফম্মসিদা কম্দোনা লৈরম্বা অসিবু মঙলা-হারা" হায়রম্লগা অমুক কপখি। মানা কপ্পগী মখেল অদুনা অসুম চংখিদুনা লমহুই অমগা কৈ অমগনা তাখিদুনা হি তাইবং মীগী খোনজেল অমা তাই হায়দুনা মখোয় অনী লাক্লে। অদুগা হংলকই, "হে তাইবং মীওইবা নঙ মফম অসিদা কপতুনা লৈরিবা করিগীনো?" মতৌ অসুম্না কৈগা লমহুইগনা হংলকপা অদুদা অতোনবীনা খুম্মি, "ঐ হায়ফম খঙদে, তমফম খঙদে, ঐ অঙকপা ওইরে।" অতোনবীগী ৱা অদুদা লমহুইগা কৈগনা হায়রকই, "ফরে নঙ কপ্পা তোক্লো ৱাররিগনি, ঐখোয় ৱা হায়গে; হৌজিকমক নঙগী গর্ভগী অঙাং অদু পোক্লসি অদুগা নঙগী থরায় হিংননবা লম্বী তাক্কে।" মাগী গর্ভগী অঙাং অসি লমহুই অমোম অদুনা মাইবী ওইরে কৈ অদুনা মায়য়োক্নবী ওইরদুনা পোক্লে। অঙাং পোক্লবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা লমহুইনা ফরে হৌজিক

চৎলসি লম্বী তাক্কে অঙাং অহু পোরো হায়হুনা অঙাং অহু পোরগা লমহুইনা ম্যাঙথারে কৈনা তুংদা ইন্দুনা লাক্লে।

অস্তুম লাকপনা লমহাং লমজাও অমা তারে। লমহুইনা মাঙদা উরিবা খুঙ্গং অহুদা মহাক চৎলো, মফম অহুদা মহাক চঙজফম থিরুরো হায়রে। মানা খুঙ্গং তান্না চৎলে। অহুগা খুঙ্গং অহু য়োরগা অতোনবীনা লৈবাক অহু নিংথৌ পানদবা কনাগুম্বী খোমনোবী চাজেনবী মুপী অমা লাক্লগা নিংথৌ ওইনা পাল্লগনি হায়হুনা মীয়াম্না ঙাঙনরম্বা অহু তারুরে। খুঙ্গং অহুদা কিনরবা হিংচাবী অমা লৈ, হিংচাবী অহুনা মায়া তৌহুনা খুলগী চিদায় অমদা য়ুম মচা অমা শাহুনা মতোম্মতা লৈরম্মী। অহুগুম্লবা য়ুম অহুদা থুংঙুরে মহাক। অঙাং অমা পোরগা চঙশিল্লক্লুনা মহাক্না কনা কনা লৈবগে হায়না হংলনই। অহুদা হিংচাবী অহুনা থোরক্লুনা "করিনো? ইবেম্মা ঐ লৈ" হায়না খুম্মি। অহুদি মানা ঙসি অসিদদি পনজগে হায়না হায়জে। মতৌহু উবদা হিংচাবীনা অঙাংহু উবদা করিনো তৌরিবা অসিবু, হৌজিক্তা পোকপা অঙাংলনে হায়না হংই। হৌজিক্তা পোকপা অঙাংনি হায়না খুম্মি। ৱাহু তাবদা য়াম্না হরাওই। "ফরে ইবেম্মা অঙাং অহু থারো অহুগা নঙ তুরেন্দা ইরুজহুনা নশা শেংদোকলুরো" হায়রকই। ফরে হায়হুনা থনম্লগা তুরেন্দা চৎখি; মানা চৎখ্রিদ্রৈদা মায়া তৌহুনা লৈরিবী হিংচাবী অহুনা অঙাং অহু পুহুনা চৎখ্রে। শোমদা ইরুজবা লোইরগা কাখংলকপদা অঙা অহু লৈরমদ্রে য়ুমসু লৈরমদ্রে। মহু উবদা ঙকপনা থেঙখ্রে অহুগা কননা কপলকই. "ও, ওম্মোকইদা ঐগী লাইবকসে। ও, করি মতৌনো?" ৱানা ৱানা কপ্পনা ম্যাগী মখৌ ওইরে। মহু নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈত্রে। শোমদনা হিংচাবীহুনা অঙাংহু দেশ অহুগী কোন্নুংদা পুথ্রুনা অঙম অথৌ মন্ত্রীনচিংবা পুন্নমক্না খন্দুনা নিংথৌ হাপতুনা মানা নিংথৌ পোকপী মম। ওইহুনা মুংঙাইনা পান্দুনা লৈরে। শোমদনা মচা কায়নবগী ৱাবনা ঙাওহুনা কোয়চেল কোয়চেল চেন্দুনা অতোনবীহু লাকপনা কৈথেল য়োরক্লে। মতম কুইনা চারক্কবনা

অরাম খৌরাংবনা মশা অমু অমুক্কী মতিক ময়াং কংশিনখ্রে। কৈথেল য়োরক্লবদা কৈথেল অমুদা অতাবা পোৎ কবোক অথুম-অহাও খুন্দুনা চারে। অস্নুম্না মতম খরা লৈরবা মতুংদা মচাগী পাউসি মীয়াম্না ঙাঙনবদগী তারে। "হন্দক্কী নিংথৌ ওইরিবা অঙাং অসে ঐখোয় দেশতা লৈরিবা হিংচাবী অসিনা কদায়দগীনো খঙদে ফাহুনা পুরক্লগা মানা নিংথৌ পোকপি মমা শাহুনা কয়দা মুংঙাইনা পান্দুনা লৈরিবনে।" হায়না কৈথেল কারক্লিবী নুপী ময়াম ঙাঙনরকপা অমু মহাক তাই। চিংনৈদা হন্দক্কী রাফম অসি হায়হুনা ঙাঙনরিবা রাহু তুমিন্না তাই। মচানি খঙলবা মতুংদা কৈথেল কাবিশিং অমুদা হংবদদি রা পুম্নমক তাক্লুনা হিংচাবীগী ময়া অমু খঙবা ঙমলে। অমুনা করি উপায় তৌদুনা ফাগদগে হায়না খন্দুনা লৈখ্রে। মমৈথংদা উপায় অমা লাক্লে। ফরে লাইবক য়েংলগে খল্লহুনা ঙায়োন-ফমদা চঙহনা ঙা অপুম্বগী মহি মনাই অমু নিজকরে অমুগা শনথি অকংবা খরা খুন্দুনা পুরক্লে। পুম্নমক অমু পৈহুনা থমলে ঙাইহাক রাখল তৌই। শনথিমু মৈ থাদুনা উৎ লোরে, উং অত্নুনা মশা পুম্বা তৈশিল্লে অমুগা চুহিনা মশাদা তপ তপ নপশিন্দুনা মশা পুম্বা শিনবা থুনা তৈশিল্লে। অমুগা মতুংদা ঙা অপুম্বা মহি অমু অমুক মশাদা তৈরে। মহম তৌরবা অমুদদি মশামু নমথিনা মনাক্তা মী চংবা য়াদ্রে, অমুগা মরাং মরাং লাংহনা অকিবা অমা ওইরে। মথনতা য়েংবা ফাওবা তুক্কচবা হঙ্গাইবা ফাওবা পোকলে। অমুদগীদি য়ারে লাইবক য়েংলগে খল্লহুনা সনা কোন্নুংদা চঙলক্লুনা সনখোং য়োরে। সনখোং য়োরবদা থোঙ ঙাকপশিংদা লাউরকই, "থোঙ ঙাকপা কনা কনা লৈবগে থোঙ লাওনা হাংদোক্লগা থৈদোক্লুনা লৈয়ু। করিগুম্বা থোরক্লুনা ঐবু য়েংবা থেক্লবদি মমুদা খংহুনা কিবা নত্রগা নেক্লবা থোক্লবদি ঐগী ইশাদা থুংলিবা লাইথুং অমুগুম্না নখোয়স্থু লোইনা লায়থুং পানগনি অমুনা ঐবু য়েংগনু।"

মহাক্না মফম অসিদা চঙলকপগী মরম্না কোন্নুং অসিদা পাললিবা নিংথৌ অসিদা লাইথুং কোকচগে হায়দুনা বর নিরগা কোকপী হায়বদগী

বর নিগে হায়না লাক্লিবনি। অহুনা মখোয় থোঙ হাংলগা লোং লোংতুনা লৈয়ু হায়হুনা লাউরকই। ৱাহু তাবদা থোঙশংবশিং অহুনা থোঙ লাওনা হাংদোক্লগা তুমিন্না লোংতুনা লৈখ্রে। খুদক্তা থুনা নিংথৌগী মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা নিংথৌদা হায়রকই, "ইমাগী ইবুংঙো, নঙদি মুংঙাইনা নিংথৌ ওইহুনা লৈরমলে, ইমাদি নঙবু থিরকপদা য়াম্না ৱারে ইমানা ৱারক্লিবসি কুইরবনি।" নুপী অসিগী ৱাহু তাবদা লৈবাক মীয়াম্না "করিনো? অঙাওবী অমা চঙলক্লে তানথোকখো' হাইনা লাউরকই। মতমহুদা নিংথৌগী মমা ওইহুনা লৈরিবী হিংচাবী অহুনা চঙলক্তুনা মশম পায়হুনা লাকতুনা চিংবা হৌরকই। মহুদা শোল্লবী মমা অহুনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "ইমাগী ইবুংঙো ইমাদি ইচা মশক খঙদনা শিবা তারেদো।" নুপীসিগী ৱাফমহু তারগা নিংথৌহু থম্মোই কায়রহুনা মশা অহু থক থক নিক্লগা মতু চুংই, মতৌ অহু উবদা নুংশিবগী ঈহৌ অমা খংহৌদনা পোক্লকতুনা খুদক্তা কপ্লিবা অহু খামহুনা হংলকই, "লাক্লিবা ইমাগুম্বী নঙ কনানো? করি দেশদগীনো? মুন্না তাকউ।" ৱাহু তাবদা শোল্লবী মমা অহুনা খুম্মি, "ইবুংঙো, নঙ অসে এনা পোকচবনি অহুদা অসুম তৌবনি ইমা ৱারী লীগে মুন্না তাও" হায়হুনা শোল্লবী মমা অহুনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "ইমানা নঙবু পোহুনা লাকপনি অহুদা রামন্দুনা য়ুম অমদা চঙহুনা ঙসি নোংমতা পনজগে হায়না হায়রুবদা য়ারহুনা এবু তরাম তরাম তৌবিরে। অহুগা ৱারিগনি অঙাং অহু থাহুনা থনম্লে তুরেন্দা কুমহুনা ইরুজহুনা নশা শেংদোকলুরো হায়না তাবপিবদগী এনা অঙাং অহু থারম্লগা তুরেন্দা ইরুজবা চংলি। হল্লকপদদি এগী অঙাং অহু পুহুনা চংখ্রে অহুগা য়ুম অহুসু অমতা লৈরমদ্রে। ইচা কায়নরবদা ইমানা লৈফম খঙদনা অঙাওবীগুম্না কোয়থি থিরকপদা মফম অসিদা ইচা নঙবু উরিবসিনি।" নুপীসিগী ৱাসি তাবদা হান্না লৈরম্লিবা মমা অসিনা য়াম্না শাথিনা ফুবিরে, চংথোকখ্রো কদায়দগী অঙাওবীনো তৌবা ঙম্বী হায়হুনা থিনা তৌবিরে। মহু উবদা নিংথৌনা মন্ত্রী য়েংলগা হায়রকই, "ইপু বিচার তৌবিয়ু ৱাফমসি।" ৱাহু তাবদা

মন্ত্রীনা, "ফরে, মহারাজ শগাই অরাংবা অমা শারসি অদগা মগী মথক্তা লৈহল্লগ খোমলাং শুমথহনসি। মহুদা অশেংবা মমা ওইবা অহুনা খোম্লাং থোকপা ওইসনু। অহুগা মমাপোক্তবা শাশিন্নবা অহুনা খোম্লাং থোক্তবা ওইসনু" হায়না মন্ত্রীনা নিংথৌদা হংগৎলে বিচার অসি কমদৌই হায়রকপদা নিংথৌহু য়াম্না হরাওরে। খুদক্তা শগাই অমা শারে অহুগা শাশিন্নবা মমা অহুনা হান্ন শগাই কাখৎতুনা হায়রকই, "ইমাগী ইবুংঙো ইমা খোম্লাং শুমথরক্কে নয়া কাখৎলু।" অহুবু খোম্লাং শুমবদা খোম্লাং অহু থোকতরে। মহুদা মন্ত্রীনা খঙলে কুমথরক্লো হায়না কুমথহল্লে। শোল্লবী অঙাওবী মাল্লবী মুপী অহুবু অমুক শগাইদা কাখৎহন্দুনা খোম্লাং শুমহন্নবা হায়রকই। মহুদা মাদি শোনবনা শগাই অসি কাবা ঙমলরোই অহুনা মাবু খরা থাঙ্গৎপিয়ু হায়তুনা থাঙ্গৎপিরে। অহুদগীদি "ইমাগী ইবুংঙো খোম্লাং শুমথরক্লগে নয়া কাখৎলু" হায়রগা মমানা অমৃত ধারা শুমথরগে হায়না খোম্লাং শুমথবদা মখাদা খল্লিব ফিজং অহু ফাওনা চোৎলহুনা মচাগী ময়াদা তাখি। অহুগা অমৃত মবুক থন্না থকচখি। মতৌ অসি উবদা মীয়াম্না ঙক্তুনা হায়রকই। শোয়ররোই ময়াং অমুক কংলবী অসিনা খোম্লাং থোক্লিবা অসিনদি মমা অশেংবনি হায়না রা রা লাউনরকই।

মরক অসিদা মন্ত্রীনা হায়রকই, "ইনিংথৌ হান্নগী ইমা অসিদি করম তৌজো হায়বগে?" মরকসিদা প্রজা ময়াম্না মাদি মায়াগী হিংচাবীনি হাৎলো হাৎলো হায়না রা রা লাউনরকই। রাসি তাবদা নিংথৌনা য়াম্না মুন্না খল্লি অহুগা প্রজা মীয়ামদা হায়রকই, "প্রজা পুম্নমক নিংথৌ এবু অমুক্তা মুংশিবীয়ু।" রাহু তাবদা মীয়াম্না তুমিন তুমিন লৈনখি। মীয়াম প্রজানা হিংচাবীসি নিংথৌনা করম তৌবিগে হায়রিবনো হায়না রা রা নিন্নরকই। অঙাং ওইরবস্তু নিংথৌ ওইবা হায়বসে বিষ্ণু মূর্তি ওইবনা প্রজাগীদি মপুনি অঙাংনি হায়না খনফদে।

নিংথৌনা চিংলেম্না, "ফরে মাস্থু ইমা ওইনা মতম খরা লৈরম্লে অহুনা মাবু হৎপা হায়বদো প্রজা মীয়ামদগী নিজগে" হায়না হন্না হন্না হায়জরে।

মহুদা মীয়ায়া ইনিংথৌ অহুদি করম তৌবিগদৌরিবনো হায়রকপদা মুন্না ৱাখল তৌৱগা মথৱায়মক্তি লৌৱনুসি মরু কোক্লগা শুমু য়াইঙং তৈরগা. মতুংদা য়াংকোক অমা য়ল্লগা কৈথেল কৈথেল খুদিংদা পুহনা খোঙ্গোয়নরো হায়না নিংথৌনা তাকপিরক্লে। খুদক্তা মনাই ময়ায়া মরু কোকতুনা নিংথৌনা হায়বা পুন্নমক তৌৱগা থুনা মীহাৎপা চন্দানশিংনা পুহনা চৎখ্রে। অমুম তৌনা মুংঙাইনা মতম্ খরা পাল্লে।

নোংমগী মুমিত্তা মমা অপোকপী অহুনা "ইবুংঙো ঙসিদি ইমা রা অমা হায়গে নঙ মুন্না খল্লু, ঙমগনি ঙমলোয় হায়না খল্লু" হায়রগা তুমিন্না লৈখ্রে। "কৈদৌরে ইমা ?" হায়রো হায়ব রাহু তাবদা মমানা হায়রকই. "ইবুংঙো নঙ ঙমগদরা ?" নিংথৌনা. 'ইমানা হায়বা পুন্নমক ঙমজগনি" হয়রে। অহুদা মমানা হায়রকই. "ইবুংঙো দেশ দেশ খুদিংগী নিংথৌ মচা হায়বা পুন্নমকসি সদা ব্রত চাক খাঙবা হায়বসি নঙ ঙমগদরা ?" মহু তাবদা মচানা খুম্মি. "ইমা করিগী ঙমদগনি. ইমানা হায়বদো ঙমজগনি ?" অপোকপী মমানা ' অহুদি ইমা রা হায়গে মুন্না তারো, সনাগী পুখম অহুগা লুপাগী তেঙ্গেৎ অমমম চাক তেক্লবা মতুংদা দক্ষিনা ওইনা পিখিগদবনি " অসিগুম্ব মমাগী রাহু তারবদা পুন্নমক তৌজগে হায়দুনা মচানা য়ারে।

চাক খাঙবগীদমক্তা বার্তোন তৌবা হৌখ্রে। বার্তোন মরোন্দা তরেং লৈরে তরেৎ লাকপিয়ু, তরা লৈরে তরা লাকপিদবা য়াদে হায়না মরোল শুগাইনা ইরে। অমুম্না বার্তোন তৌখিবশিং অহু লাকপা হৌনরক্লে অহুগা চাক পিজবা চৌখি। নিংথৌ মচাশিং অহু লাকপগা চাবগা চৎখিবগা অমুম তৌহুনা লোইবা নাইদ্রে। অহুবু মতৈ তরেৎ অহু লাকলরোইদ্রা হায়না ৱাজকুবহু মমৈথংদা লাক্লবা অহুদা হরাওরে। অহুবু মতৈ তরুক অহুদি লাক্লে মবুংঙোদি লাক্তরে. অহুদা মানা মতৈ তরুক অহুদা "লাকপিরিবশিং করিগুম্বা ইচিল ইনাও লৈহৌবা য়াওরবদি শেংনা তাকপীয়ু ঐনা করিগুম্বা অমদগী সদা ব্রত তৌজবনি" হায়না শেংনা হায়জে। ৱাসি তাবদা মতৈ তরুক অহুনা খুমলকই "শেংনা হায়জগে ঐখোয় ইচিল ইনাও তরেৎ পোকই

অমদি করিগুম্বা অমদগী চাবা থকপা তৌখ্রে অহুনা বার্তোনগী মরোল ভারদগী পুবদি পুজরকই অহুবু দোলাই শংহুনা লৈয়ু হায়হুনা থনশ্মী ।" রাসি তাবদা নিংথৌ পোকপী মমানা হরাওরে অহুগা "অহু ওইরবদি অমুক্তা কৌবিরু" হায়রকই । রাহু তাবদগী য়াম্না থুনা কৌরুরে মাগী মপুরোইবা অহু উবদা য়াম্না হরাওরে । মখা তানা হংলকই, "ইবুংঙো করি মরমগীনো নহারু মীংস্থু পাংদা, চাবস্থু চাদ, রাস্থু ভাঙদবা অসিবু ?" মরমহু অমুক্তা তাকপিয়ু হায়না হন্না হন্না হায়জরকই । অহু ফাওবদা রা ভাঙদরে । "অসি ফাওবদা রা ভাঙদবা অসিবু করি নিংবা থুংদহুনা তৌবনো ইবুংঙো, ঐ করিগুম্বা রারী অমতা লীজগে তাবিয়ু" হায়রগা রারী হৌরকই, "মমাংঙৈদা ইতৈ তরুক্তা কৌহুনা ইবুংঙোনা চংখিভৈদা ঐনা চাক থোংহুনা লৈহৌই, অহুদগী চাক লোইহুনা ইবুংঙোবু ঐনা ভাইজৈ । য়াম্না কুইনা ভাইজবদ রারহুনা ঐনা চাকখুমদা অসুম ফম্বদগী খঙহৌদনা তুমথরুই; মীকপ থোরকপদদি ঐ বন্দা লৈরম্লে মসিবু করম তৌরিবনো করি মতৌনো ।" রাহু তাবদা মমিং পাংলে অহুগা মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "ইবেম্মা নঙ ঐবু রারৌগন্নুকো, ঐগী ইরাল ভাকপিগনি ।" মপুরোইবগী রাহু তাবদা ঙকখি অহুগা হায়রকই, "করি মরমদগীনো অমুক্তা শেংনা তাকপীয়ু ।" মাগী রা অহু তাবদা মতৈ তরুক অহু কিবনা মশা অহু থক থক নিকখ্রে । মতৌ অসি উবদা যুবরাজনা "করিবুনো ভাকপিয়ু হায়রিবসিস্থু" হায়হুনা মখা তারকই, "ইবেম্মা য়াম্বং তরুক অসি চংহনখ্রো, অহুগা কোন্না রারী শারসি ।" মতৈ তরুক অহু হনবিখ্রো লোইরে হায়রে । চংলমদাইদা ময়াম্বা তরুক অহুনা "ইনাও ইবুংঙো নঙোন্দা ঐখোয়না য়াম্না লানখ্রে ভাকপিয়ু" হায়রম্লগা য়াম্না ইকাইনা তপ্না হৌগংহুনা চংখ্রে ।

মখোয় পুন্নমক চংগ্রবা মতুংদা রারী পুন্নমক লিহুনা মরম পুন্নমক খঙনরবদা হরাওনরে । মখা তানা অঙাং অহুনা মপাবুংদা পাবুংনা নিংথৌ ওইবিরো হায়হুনা ওইহনখি । মপাবুংনা হায়রকই, "ইবুংঙো সনাবু মাঙলসন্নু হায়হুনা মৈমুংদা লংশিনবদা সনাগী মচু হেন্না লংবগুম ইচাবু মাঙলসন্নু

হায়তুনা ইপানা নম্বাবু বন্দা হুনদোকপদা ম্যাঙলকত্রবা অসিদদি ইচাগী মিংদি সনামনি খোম্বা হায়না থোল্লগে হায়না মপানা থোম্মুনা অঙাং অসিবু মচুদগীদি সনামনি খোম্বা হায়না মপানা থোনজবা মিং অসিদগী অতুম খঙনখ্রে। □

# ৪ঃ অশিংবা মরুপ মরি

থায়না মমাংঙৈদা হিয়াংথাংদা খুরাই নানবা কৌবা নুপা অমগা ৱাংখৈ নানবা কৌবা নুপা অমগা অনীখক লৈরম্মী। মখোয় অনী মতাউ শান্নৈ। লৌশিং শিংবদা মখোয় অনী চপ মান্নৈ অমনা অমবু লৌশিংগী লম্বীদদি হেনজিনব য়ানদে, অয়াম্বা মতমদসু লৌশিং শিংবগী মরমদদা হেনবা তান্নৈ। লম অচুদা লৌশিংগী মরমদা মখোয়গা লম্বা পাবিনবা মী কনা অমত্তা লৈতে। মতৌ অসুম তৌদুনা মোংশাংগৈদসু খোই পানবা অমদি খোইবী পানবা কৌবা লৌশিং য়াম্না শিংলবা নুপা অনীখকসু লৈরম্মী। মখোয় অনীসু মতাউ শান্নৈ। লমদম অচুর ইদসু লৌশিংগী লম্বীদদি মখোয় অনীগা লাম্বা পাবিনবা লৈতে। মখোয়নদা হেল্লি।

নোংমদি খোই পানবগা খোইবী পানবগা মখোয় অনী ৱারী-ৱাতাই অসুম শানৈ। অচুদগীদি মখোয় অনী হিয়াংথাংদা চংলগা খুরাই নানবা অমদি ৱাংখৈ নানবা অনীগা মখোয় অনীগা লৌশিং শিংবা তান্নরুসি হায়-তুনা খোই পানবগা খোইবী পানবগা হিয়াংথাংলোমদা মখোংনা লাক্লে। শোমদসু খুরাই নানবগা ৱাংখৈ নানবগা মোংশাংগৈগী খোই পানবা অমদি খোইবী পানবা অনীগা লৌশিং তান্নরুসি হায়তুনা মোংশাংগৈরোমদা অসুম লাকই। অসুম লাকপদা ফুরামখোঙ মথক লংথবালগীনা মখা চৈরক অচুদা মখোয় মরি থেঙনরে। অসুম্না উনবসিদা মখোয় মরি ইঙক ঙকনখি। মখোয় মরি উনরবদা “মোংশাংগৈগী মরুপ নখোয় অনী কদাইদা চংকে

লাকপনো ?" খুরাইনানবনা হংই। "মরুপ ঐখোয় অনী হিয়াংথাংদা নখোয় অনীগা লৌশিং তান্নগে হায়দুনা লাকপনি" খুম্মী খোইপানবনা। খুরাইনানবনা "অদুদি ঐখোয় অনীসু মোংশাংগৈদা নখোয় অনীগা লৌশিং তান্নগে হায়না লাকপনি" হায়। ৱারী পূম্নমক শান্নরবা তুংদা মখোয় মরিমক মতাঙ শান্নরে। মখোয়গী মরক্তগী অমনা অদু ওইরবদি মখোয় মরি লংফেদা চংলুসি হায়দুনা মমায় মখা পাংনা অসুম লাকপনা খুমন লৈবাক য়েৌশিল্লক্লে। মখোয়না অসুম লাকপদা শগোল অমা চংখিবগী লম্বীদা তাবা খোঙ্গুলদু উবদা ৱাংখৈনানবনা হায়রকই, "ইতাও চংখিবা শগোলসে অমোমনি।" খুরাইনানবনা হায় "মচা লাবা পোক্কনি।" খোইপানবনা "শগোল অসি য়েংথংবা মমিং তাংঙি।" অসুম্না ঙাঙনদুনা মখোয় মরিনা লম্বীদা চংলি।

মখোয় মরিনা শগোলগী ৱারী শাদুনা চংলিঙৈদা খুমন নিংথৌগী মনাইশিংনা শগোল মাঙখিবগী থিবা লাকপদা মখোয়না শান্নবা ৱারীদগী শগোল হুরানবনি হায়দুনা ফাদুনা দোলাই পাবশিংনা নিংথৌগী মনাক্তা পুশিল্লক্লে। নিংথৌনা মখোয় মরিদা হংলে, "নুপা নখোয় মরিনা হুরানবা শগোল অদু কদায়দা থমখ্রে ?" মদুদা নুপা মরি অদুনা খুম্মি। "ইনিংথৌ ঐখোয় শগোল হুরানবা নত্তে।" নিংথৌনা হংই, "অদু ওইরবদি নখোয়বু শগোল হুরানবনি হায়দুনা করিগী পুরক্লিবনো ?" নুপা অমনা খুম্মি, "ঐখোয়না অসুম লাকপদা শগোল চংখিবগী খোঙ্গুল অমা থেংনবদা ইতাওনা হায় শগোল অসি অমোমনি, অমনা হায় মচা লাবা পোক্কনি, অমনা হায় মমিং য়েং তাংঙি, হায়দুনা ঐখোয় মরি লম্বীদা অসুম ঙাঙনদুনা লাকপদা ঐখোয়বু শগোল হুরানবনি হায়দুনা ফাদুনা পুরকলিবনি।"

নিংথৌনা, 'অদু ওইরবদি শগোল মমিং তাংঙি, মচা লাবা পোক্কনি, শগোলদু অমোমনি হায়বদি কমদৌনা খঙবা ঙম্বগে" হংলকপদা নুপা অমনা খুম্মি, "ইনিংথৌ শগোল অসিনা চংখিবদা লম্বীগী ওইথংনা নাকল অদুদা হৌবা শজিক্লমক চাখি। য়েংথংবা লম্বীগী শজিক্তি অমত্তা চাখিদে অদুনা

য়েৎথংবা মৃমিৎ তাঙবনি হায়জবনি।” অমনা অমুক হায়রকই, “ই নিংথৌ মচা লাবা পোক্কনি হায়বদি শগোলনা চৎপদা ওইথংবা খুম্বাং অদু ওইথংবা খুদুংনা লাম্বা ফংদে। য়েৎথংবা খুম্বাং অদুবুদি য়েৎথংবা খুদুংনা ৱাংমা লাম্বা থাংঙি অদুনা মচা লাবা পোক্কনি হায়জবনি।” মুপা অমনা শগোলদু অমোমনি হায়বসি শগোল অদুনা চৎখিবদা খুদুং য়েৎ ওই অনীগী থাংলিবা খোংথাঙ অদু ওইথংবনা তেনবা য়েৎথংবনা শাংবা অদু উবদগী শগোলদু গর্ভ পুবী অমোমনি হায়বনি হায়দুনা ঙাঙনরবা তুংদা নিংথৌনা শগোল মমিৎ তাংঙি, অমোমনি হায়বদু ফাওবদ ঐগী মঙখিবা শগোল অদুগা মান্নরে অদুনা চৎখিবা শগোল অদুগা মখোয়না হায়রিবসিগা চুম্নবরা য়েংলুবসি হায়দুনা মায়গৈ পুম্নমক শিনবা থুংনা মনাই থাদুনা য়েংবদা শগোলদু পাং অমগী ময়াদা মচা লাবা অমা পোক্তুনা লৈরম্বা থেংনরে। অসুম্না মুপা মরিক্তুনা হায়বদু চুমলে। মখোয় অসি অচম্বা মী অমত্তা নত্তে য়াম্না শিংলবা খঙলবা মীওই ঙাক্তনি হায়দুনা নিংথৌনা মখোয় খুমন লৈবাক্কী পণ্ডিৎ ওইনা থমলে।

মতৌ অসুম তৌনা পণ্ডিৎ মরি অসিনা নিংথৌবু ঙাকশেন্দুনা থমলে। নোংমনা ৱাংখৈনানবগা খুরাইনানবগা অনীনা থাঙ অমমম পায়দুনা অথেংবা অহিংদা নিংথৌবু ঙাক শেল্লি। নোংমা অমনা খোইপানবগা খোইবী-পানবগা অনীনা ঙাকই। অসুম তৌনা মখোয় অনী অনী নুমিৎ নুমিৎ খুদিংগী পালি তাদুনা ঙাকই। নোংমদি খুরাইনানবগা ৱাংখৈনানবগা অনীনা থাঙ পায়দুনা ঙাক্লিঙৈদা অথেংবা অহিংদা কৈথেল লাইরেম্বীনা তেংথাদুনা কপ্পি, খুমনগী নিংথৌ অদু মথং নুমিৎকী নুমিদাংদা কাল কোবা লিন অদুনা চিক্তুনা শিরনি. অদুবু খুদক্তা থাঙনা লিন অসিবু মতুপ তরেৎ থোক্লা ককথৎতুনা হাৎলগা তুরেন্দা লংথখ্রবদি নিংথৌ মথরায় কনবা ঙমগনি। অদুগা ৱারী অসি কনাগুম্বা অমগী মফমদা হেক লিরুবদা ঙসাইগী থাঙনা ককথ্রবা লিন অদু হিংগৎলক্তুনা শোয়দনা নিংথৌবু চিক্তুনা শিরগদবনি। নুমিৎ অদু পালিদি খোইপানবগা খোইবীপানবগা অনীগী

তাই। অদুবু মখোয়না নিংথৌ কন্নবগীদমক্তা নুমিৎ অদুসু খুরাই নানবগা রাংখৈ নানবগা অনীনা থাঙশাং অমমম পায়দুনা নিংথৌবু ঙাক্লুনা লৈরে।

অসুম্না ঙাক্লুনা লৈরবদা, অহিংগী থেঙলবা মতমদা কাল কৌবা লিন অদু লাকপদা খুরাই নানবা অমদি রাংখৈ নানবা অনীনা লিন অদুবু থাঙনা মতুপ তরেৎ থোক্না ককতুনা হাৎলগা তুরেন্দা হুনথক্লরে। মতমদুদা লিন ককপদা লিনগী ঈনা মহারাণীগী মশাদা খরা চোংবদগী মদু খুরাই নানবনা লেকথোকলুরে। মদু উহৌবা য়াওরদুনা নিংথৌদা তম্বদগী মথংগী নুমিত্তা নিংথৌনা বিচার তৌরে।

নিংথৌনা, "খুরাই নানবা নহাক্না মহারাণীগী মশাদা লেকপা করি-গীনো? নঙ ফত্তবা লমচং চংলে করিগীনো? শেংনা হায়য়ু নত্রবদি নঙ অরাবা দণ্ডি তাহনগনি" হায়রবদা অহানবদা রারী অদু নিংথৌ শিগনি খললুবদা তাকচ্রমদবদু মমৈদা তাকতবা য়াদ্রদুনা কৈথেল লাইরেম্বীনা কপ্পা অমদি কাল কৌবা লিন অদু ককপদা রাণীদা ঈ চেংবদা লেকথোকপনি হায়দুনা রারী তমলে অদুগা করিগুম্বা রারীসি মী অমদা হেক তমলুবদা নিংথৌ অমুক হন্না কাল কৌবা লিনদু হিংগৎলতুনা চিক্লুনা শিগনি হায়দুনা তমজদবনি হায়না রারীদু লিরে। নুমিৎ অদুগী অহিং নোংম্বাইমক্তদা কাল কৌবা লিন অদুনা চিক্লুনা নিংথৌ অদু শিখি। ☐

# ৫ঃ কৈরোয়লাকপগী মচা ঙাংবীতোন

মমাংঙৈদা কৈরোয়লাকপা কৌবা য়াম্না ইনাক খুনবা নুপা অমা লৈরম্মী। মবুং তরেৎকী মমুংদা অমখক্তা য়াওজবী মচানুপী ঙাংবীতোন কৌবী অমথকসু লৈরম্মী। কৈরোয়লাকপা অসি মচা ময়াম পোকপগী হৌনবা নোংমা নোংমগী নংবা অসুম অসুম হেল্লক্লে। কৈরোয় লাকপা

অসি য়াম্না ৱারে। অদুবু মচানুপী ঙাংবীতোন অসি মশক মতৌ য়াম্না ফজবী নুপীমচানি। মঙোন্দা কোয়বা লাকপা নুপা খুদিংমক মাগী নুপা ঙাক্তনি, হায়বদি ঙাংবীতোনবু লৌরম্লগা ময়ুমদা হেক্তা চৎখিবা ঙাক্তনি। অসুম্না ঙাংবীতোন কোয়বা নুপাসি তরেৎ শুরে। মখোয় অসি নোংমতা অনী শুনা পূন্না কোয়রকপা থেংনদে। অসুম তৌদুনা মতম খরা হৌখ্রে।

নোংমদি নুপা তরেৎ অসি হৌনদুনা লংফৈ চৎপগী ৱা ঙাঙনবা লোইরদুনা নুমিৎ লেপ্পরে। নুপাশিং অদু লংফৈ চৎকনি হায়বা তারবদা ঙাংবীতোন কৈথেলদা কাদুনা অচৌবা মাইরেল অমা লৈরুরে। মাইরেল অদু মশুং তরেৎ থোক্লে। চপ মান্নবা খায়দুনা থমলে। নুপা অমা লাকই, লংফৈদা মতম খরা পৈশা তালনুগে হায়বদুদা ঙাংবীতোন্না চেং খরগা মাইরেন মশুং অমগা য়োমবদু পুরগা চংখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা নুপা অমসু লাক্লগা চেং খরা মাইরেন মশুং অমগা য়োমদুনা পুদুনা চংখ্রে। মতৌ অসুম্না মাবু কোয়বা নুপা তরেৎ অদু মথং মথং ময়োম অমমম য়োমদুনা লংফৈদা থবক শুবা পূন্না লাক্লে। থবক শুফম য়োঁরবদা মানা মানা পুরকপা ময়োমশিং অদু হাংদোক্তুনা মাগীনা করি করি য়াওরকপা মাগীনা করি য়াওরকপা হায়দুনা চাক থোঙননবা য়েংনরকপদদি মখোয় তরেৎমক্কী মাইরেন মশুং অমমম য়াওরম্বা অদুদা চিংনরদুনা খরা অহল ওইবা নুপা অমনা "ইন্নাওশা, ঐখোয় তরেৎকী মাইরেল মশুংশিং অসি অমুক্তা পূন্না হাপচিন্দুনা য়েংশি" হায়দুনা য়েংলে। মদুদা মখোয়না মশুংশিং অদু মাইরেল মপুম্ন অমগীনি হায়বা খঙলে। অদুনদি ঙাংবীতোন মতোমতনা মখোয় তরেৎমকপু লাকনবসিদি চুমদে অদুনা মখোয় চৎলগা ঙাংবীতোন অসি হাংতোকলুরসি হায়দুনা মখোয় তরেৎ লাক্লে।

ঙাংবীতোন মাগী নুপা তরেৎমক পূন্না লাকপা অদুদা ৱাখল তৌই, "করি তৌরবনো? ঙসিদি মখোয় তরেৎ পূন্না মফম অসিদা লাক্লে, ঐ করম তৌগনি?" অসুম্না ৱাখল তৌনা তৌনা মখোয় তরেৎমকপু তরাম তরাম্না ওকচরে। নুপাশিং অদুনা শাউনা হায়রকই, "ঙাংবীতোন নঙ

ঙসিদি হাৎলগে হায়ডুনা লাক্লবনি, নঙ নতোমতনা ঐখোয় তরেৎমকপু লাকনবসিদি ঐখোয় য়াম্না মুংঙাইত্রে, অদুনা হৌজিক হাৎলনি নঙবু।" য়াসি তাবদা ঙাংবীতোন্না রাখল তৌরগা হায়রকই, "ইবুংঙোখোয় নখোয় তরেৎনা ঐগুম্বী মুপীমচা অমা হাৎপদি করিগী ঙমলোই? অদুবু ঐদি শোয়দনা নখোয়না হাৎতুনা শিথ্রগনি, অদুনা ঐনা শিদ্রিঙৈদা নখোয়গা পুন্না চাক চরা অমত্তদি চামিন্নখিসি অদুগা ঐ শিজথ্রগে।" অসুম্না ঙাংবী-তোননা হায়জবদুদা মুপা তরেৎ অদুনা হায়রকই, "চুম্মী, ঙাংবীতোননা হায়রিবসি অচুম্বনি।" হায়রিবদু মুপা তরেৎ অদুনা য়ারদুনা ঙাংবীতোন্দু হরাও হরাওনা চাক থোংনবগী শেম শাবা লেইখ্রে।

শোমদা ঙাংবীতোন্না মুপা তরেৎ অদুনা চাননবা থোংবা চাক অদুদা হু হাপচিন্দুনা চাক পুথম তরেৎ থিদোক্নুনা চাক চাননবা হায়জরে, "ইবুং-ঙোখোয় চাক থিদুনা লোইরে চাক চাবিররো, ঐদি অরাৎ-অপা হাপ-চখিগে। ইবুংঙোখোয় লোইরগা তপ্না চাজগে।" মুপা তরেৎতু হু য়াওবা চাক্তু চারে। চাক চারবদগী শিরবা অমা লময়াইদা থমলে তানজা অদুদা পাঙল তিলহৌ য়েঙনবা মুপা অমা শুমাংদা লেপ্লম্বা উরদুনা ঙাংবী-তোন্না পাঙল অদুগী তিলহৌ লৌগে ঙাওনরে। লুপা ২০ গী তিলহৌ লৌনরবা মতুংদুদা পাঙল অদু ইমুংদা অমুক্তা চঙবিরকউ তাদা হায়না কৌশিল্লে। ঙাংবিতোন্না "তাদা নঙগী তিলহৌগী লুপা ২০ অদুগা মসিদা শিরিবা অসিগা আ মখারোমদা লমহাংদা থরা হুন্দোকপিরম্মু, মদুগী লুপা ২০ অমগা পুন্না লুপা ৪০ পিজগে" হায়রবদা পাঙল অদুনা য়ারদুনা অশিবা মুপা অদু পুদুনা লংথোকলুরে। পাঙল অদু হরাওনা লাক্লে। শোমদদি ঙাংবীতোননা কাংখদগী অশিবা মুপা অমা অমুক চিংথোক্নুনা লময়াইদা থম্লে। পাঙল অদু ইমুংদা হেক চংলকপদা ঙাংবীতোন্না, "তাদা, তাদনা পুথিবা অশিবা মুপা অদু অমুক লাক্নুনা সিদা লৈরে। হন্দক্তি মসি মনিংগী তুরেল অদুদা থরা থাদবীরম্মু" হায়দুনা পাঙল অদুনা অশিবা অদু পুদুনা তুরেন্দা লঙথরম্লে। অমুকসু ঙাংবীতোন্না অশিবা অম্না লময়াইদা

চিংথোক্তুনা থমলে মহুস্থ "তাদা, অমুক লাক্লে" হায়দুনা খুলগী অৱাং থংবা লমহাংদা হুনদোকহল্লুরে। অস্থুম তৌনা ঙাংবীতোম্না অশিবা মুপা তরুক অদু মায়গৈ ওন্ন ওন্ননা তাক্তুনা পাঙল অদুদা হুন্দোকহল্লবা মতুংদা তরেৎ-শুবা অশিবা মুপা অদুদংদি পাঙল অদুদা "তাদ মসি কান্নররোই, তাদনা হুন্দোকলুই হায়বদু মঙাই, তাদনা য়ৌরকত্রিঙৈদা হেক্তা মরাকই অদুনদি হন্দকমুক্তি লমজাওদা মৈ খরা থাদোকপিরম্মো লুপা ৬০ অমগা হাপচরগে পুন্না লুপা ১০০ পুরগা চৎপিগ্রে।" হায়দুনা পাঙল অদু য়াম্না ৱারবস্থু ৱারদুনা অশিবা অদু মৈ থারে। পাঙল মুপা অদুনা য়াম্না ৱারদুনা মনঙ্গল মৈদা ওন্‌শিন্দুনা মৈ য়াইদুনা মৈ চাকপা ঙাইদুনা লৈরে।

অস্থুম্না মৈ থারিঙৈ তানজা অসিদা সনা শাবা মুপা অমস্থু সনা শাবগী মৈতাল ৱাৎতুনা লমজাওদা থোরকই। অৱাম্নদগী সনা শাবা মুপা অদুনা অশিবা পেৎলোইবগী মৈতাল ইঙাং ঙাংনা চাকলিবদু উরে। মৈ থারিবা পাঙল অদুদি মুংঙাইনা উইদুনা ঙাইদুনা লৈখ্রে।

মতমদুদা সনা শাবা অদুনা অচাকপা মৈতাল অদু চৈনা তিন্দা গোর্রো গোরো খোৎচিনবদা পাঙল অদুনা তারদুনা মীকপ থোক্তুনা য়েংলকপদা অশিবা মুপা অদু হৌগৎলক্লবনি হায়দুনা সনা শাবা মুপা অদুবু মখ্বাংদা কোন্দুনা মৈনুংদা ইন্‌শিনবদা সনা শাবা অদুস্থু পাখৎতুনা পাঙল অদুগা কন্না ইনথোক-ইনশিন তৌনদুনা য়াম্না কন্না নমনরে। পাঙল অদুদি অশিবা ময়ামদু হোন্দোকপদা য়াম্না ৱামনবদগী মৃমৈদা ও আলাহ শিরে হায়দুনা কন্না লাউরম্লগা চেনখ্রে। পাঙল অদুনা লাউবদু তারবদা ঙাংবীতোম্না "তাদা, নঙগী তিলহৌগী পৈশা লুপা ১০০ অসি খরা পুবিখো" হায়রবদা পাঙল অদু হন্না য়েংলমদনা অদুম কিদুনা চেনখ্রে।

মতৌ অস্থুম তৌনা ঙাংবীতোনগী হৈশিংবদগী মশাগী মথ্বাই কঞ্জখি। □

# ৬ঃ ক্বাক অনীগী ব্রারী

উরিপোক্তা ক্বাক অঙৌবা অমা লৈরম্মী। মহাক অসি মচা য়াম্না পোক্লুনা নোংমা নোংমগী অসুম অসুম নংবা হেনগৎলক্লে। নোংমদি ক্বাক অঙৌবসিনা ব্রাখল অসুম তৌই, মমৈথংদা মহাক্না খল্লকই, "কান্নদে, মফম অসিদা অসুম লৈহুনা, ঐ হিংবা হায়বহু য়াম্না ব্রারনি, অদুনদি অা মখা-রোমদা চৎলগা লমজাউদা লৌ নিনহুনা লৈরুরগে। অদু ওইরবদি ঐ চাবা থকপা য়াম্না মরাং কাইনা ফংবা ঙমগনি।" মসি খল্লদুনা মখা মায়গৈদা অসুম পাইথরক্লুনা গৌরশিং খোংনাংদা ঙাইহাক পোৎথাহুনা তোংহুনা লৈরে। মতম অসিমক্তদা মখা কুম্বীরোমদগী ক্বাক অমুবা অমসু পৈশা য়াম্না পায়রহুনা ঐ ইনাক খুনবনি অদুনা অা ইক্ষালদা য়ুম শাহুনা নুংঙাইনা লৈরুরগে হায়দুনা অরাং পাংনা অসুম পাইখৎলকপদা ব্রারহুনা গৌরশিং খোংনাং মখোংদা ঙাইহাক্তুং তোংহুনা পোৎথাগে তৌবদা ক্বাক অঙৌবা অদুগা থেংনরে। মখোয় অনী ব্রারী-ব্রাতাই শামিন্নদুনা হংবদা উরিপোক্নী ক্বাক অঙৌবদুনা ইক্ষালদা লৈবদা চাবা থকপা ফংদ্রে, য়াম্না ব্রারে হায়দুনা মখারোমদা লমজাউদা লৌ নিন্দুনা লৈরুরগে হায়দুনা লাকলিবনি হায়রে অদুগা ক্বাক অমুবদুসু কুম্বীদা পৈশা-নুংশা য়াম্না পায়রে, ইনাক খুল্লে হায়দুনা ইক্ষালদা য়ুম শাহুনা লৈরুরগে হায়দুনা লাকপনি হায়বা তারবদা ক্বাক অঙৌবদুনা হায়রকই, "ইতাও, কান্নদে ইক্ষালদা লৈগদবগী শরুক অা মখা লমজাউদা নুংঙাইনা লৌ উহুনা লৈরুসি মদুনা হেন্না ফগনি।" অসুম্না মখোয় অনী ব্রারী শামিন্নৈ।

তানজা অদুদা হনুবী অমসু পুখ্রিদা ইরুজবা হেক উরে। ক্বাক অঙৌবা অদুনা হায়রকই, "ইতাও, ক্বাক অমুবা নঙ চৎলো আদগী হনুবী অসিগী চাক মপান্দা থাঙদোরকপহু ঙাইহুনা লৈরগা চাক খরা লাকলুচো, অদুগা ঐখোয় অনী খরা খরা চামিন্নসি।" অদুদগী ক্বাক অমুবা অদু চৎত্রে।

ক্বাক পাইরকপা উবদা হনুবী অচুনা মশু-মচাশিংদা হায়রকই, "হায়. ইশুশা ক্বাক লাকই, চৈশু পায়চুনা ঙাকউ।" হনুবীগী চাকতু মশুশিংনা চৈ পায়চুনা ঙাকতুনা লৈবদগী ক্বাক অমুবচু চাক লাকপা ঙমদচুনা লাক্লে। মচু উবদা ক্বাক অঙৌবচুনা হংই, "ইতাও. চাকতি কদায় ?" ক্বাক অমুবচুনা হায়রকই, "ইতাও, চাকতি চৈ পায়চুনা শঙচুনা লৈবদগী ঐ চাক লাকপা ঙমদ্রে।" ৱাচু তারবদা ক্বাক অঙৌবচুনা হায়রকই, "ইতাও ঐ চৎলগা লাকলুপে চৈ অমখক পায়বচুবু করিগী কিরিবনো ? ঐ লাকলুগে নঙ লৈরমমু।" ক্বাক অঙৌবচু হনুবীগী চাক লাকপা চৎখ্রে। মশুশিংনা চৈশু পায়চুনা শংলিবচু উরে ; মচুদা ক্বাক অঙৌবনা. মহাক চাক লাকপা ঙমদ্রবদি ইকাইবনা শিবা তারে হায়চুনা হনুবী অচুনা তুলশিবেংদা চন্দন থিন্দুনা লাই খুরমলিঙৈদা হনুবীগী লিক মালা পরেং অচু লাক্লগা মচিন্দা চেল্লগা খরা নেমতক্লা অসুম পাইখ্রগা শোরোক ময়াইদা হেক থাদৈ। মচু উবদা হনুবী অচুনা মশুশিংদা, হা, ইশুশা ক্বাক্লা ঐগী মালা পল্লেং চেন্‌-খিচুনা লমজাওদা থাদখরে। খরা তান্নরগা খুল্লকউ" হায়চুনা মশু চৈ পায়চুনা হৌগৎতুনা প্রপ প্রপ চেনখ্রিঙৈদা ক্বাক অঙৌবচুনা পাইশিল্লতুনা হনুবীগী চাক অচু খরা লাতুনা পুরক্লগা ক্বাক অমুবা অচুগা খরা খরা চামিন্নরে। মচু উবদা ক্বাক অমুবচুনা হংলকই. "ইতাও, করমতৌনা চৈ মরক্তগী চাক লাকপা ঙমবগে ?" ক্বাক অঙৌবচুনা খুম্মী, "চৈ অমখক পায়বচুদবু করিগী কিরিবনো ? ঐখায়দি পোৎলক্তা চৈ লিশিং লিশিং পায়বগী মরক্তা লাকতুনা চাবা ঙমলবসি ফাওবদা চরা হেনজিল্লতুনা লমজাউদা লৌ নিনলুরগে হায়চুনা মখারোমদা লাক্লিবসিনি অচুনা নঙসু ঐগা লোয়ননা চৎমিন্নরসি, নঙনা মহাজন ওইচুনা শেল য়াম্না থাদচুনা লমজাও য়াম্না কোক্লগা, লৌ য়াম্না উচুনা নুংঙাইনা ফৌ য়াম্না লোক্ননবা হোৎনরুরসি।" মখা পাংনা ক্বাক অনীচু অসুম লমজাউ তান্না পাইচুন লাক্নমিন্নরে। অসুম পাইরকপনা মখোয় অনী লমজাউ য়ৌরে। ক্বাক অঙৌবগা ক্বাক অমুবগা মখোয় অনী চংদনা লম য়াম্না কোক্লগা লৌকোল

চাউনা শেমদুনা লৌ নিনবদগী ক্বাক অঙৌবদু য়াম্না মুংঙাইনা পাল্লে, ক্বাক অমুবদুসু ক্বাক অঙৌবগী পাউতাকতগী ময়ুম লমদম কুম্বীদা লাকতুনা অমুক মুংঙাইনা হান্নগুম্না লৈখি।

অদুনা পঙবু পঙলবদি কান্নবা লৈতে, শিংবা তমমু। □

# ৭ঃ তেমবা লাইথক

মতম অমদা বমদিয়ারদা তেম্বা লাইথক কৌবা য়াম্না লায়রবা মুপা অমা লৈরম্মি। মহাক অসি লুখ্রাবী মচানি। তন্নবদা তেম্বা লাইথক অসি লাম্বা লৈতনা তল্লি। মহাকসি কয়ামুক য়াম্না তনবগে হায়ববু হৌগৎতুনা ইরুজরগা চাক চাবা ফাওবা তনবা মীতানি। মশকসু থিবদা হায়নিংঙায় লৈতনা থি, কুচুসু মুশুক মুই, মনাতোনসু ইতুম তুমমি, মশমসু তোরো-দৌনা ইখোই খোইজিল্লি, মশাদা হৌবা তুহাউসু কাপ কাপমুক শাংঙি, মকোয় মরাং ইচোম চোম্মি, থিবদা মামুক থিবা লৈত্রে। ইমুং অদু খুৎসু য়াম্না কনদে। য়ুমসু চরুনা কুপ্পা খাঙপোক মচা অমদা লৈ।

খুঙ্গং অদুদা য়াম্না ইনাক খুনবা উরুংবুরেল ময়ুমগী মুপা অমগী মচানুপী ঙাংবীতোন কৌবী য়াম্না মশক ফজবী লৈশাবী অমা লৈরম্মী। ঙাংবীতোন অসি মবুং তরেৎকী মনুংদা মতোমতা য়াওজবী অতাঙবনি। ঙাংবীতোন অসিবু পামজবদগী নোংমদি তেম্বা লাইথক্না লুখ্রাবী মমাদ হায়রকই, "ইমা উরুংবুরেল ময়ুমগী মচ ঙাংবীতোন অসি থরা হায়বিরুচো।" মদুদা মমানা হায়রকই, "ইবুংঙো মীগী মচা অতাঙবী নিংথৌ মচাগুম্না থমলিবা অদুবু ইমৌ ওইগে হায়বসি কদায়দগী য়াগদগে য়ারক্লোই কন্নরোই।" মমানা মচাগী ৱাদু ফনা কন্না য়ারোই কান্নরোই হায়জরম্মী। য়ামন্দ্রদুনা লুখ্রাবী মচানা, "ইমা হায়দা হায়রুচো য়াদ্রগসু তোকসি" হায়বদগী লুখ্রাবী মমানা ঙাংবীতোন হায়বা চৎখ্রে।

উরুংবুরেন ময়ুম য়ৌরবদা করি নিবা লাকপনো চেংলা, ফৌরা খরা হাপ্লিখো হায়তুনা হংবদা চেং ফৌ নিবা লাকপা নৎচদে হায়রে। অতুদি করি নিবা লাকপনো হংবদা লুখ্রাবীনা খুমলকই, "ঐনা লাকচবা অসিগী মরমদি অতৈ করিগী নত্তে; নখোয়গী নচানুপী ঙাংবীতোন অসি ঐগী ইমৌ ওইগে হায়তুনা হায়জবা লাকচবনি।" ঙাংবীতোন মপানা শাউমনখিতুনা হায়রকই, "লাইরবী নঙগী নচা শকথিবা অদুদা ঐগী ইচানুপী অতাওবী অসি পিয়ু হায়বা। চৎলো নচিল থিগনু নওগুম্বনা ঐগী ইচাবু নমৌ ওইগে হায়বসিদি খরা উশিংমন্দে।" অস্তুম্না মঙকশম পায়তুনা লাক্তুনা ইম্থোক্লক্লে। লুখ্রাবী মমা অতু ইকাইমনখিবনা মখোঙ লৈবাক তাদবা মখৈ কন্না কপতুনা মথরায় নুংঙাইতনা চেল্লকতুনা ময়ুম য়ৌরে। ময়ুম য়ৌরবদা মচানুপা তেম্বা লাইথক্লা হংলকই, "ইমা করি হায়রকই? য়ারকপ্রা? য়ারকতবরা?" মচানা হংলকপতুদা মমানা খুম্লকই, "ইবুংঙো য়ারকপদি হায়রুনু ইঙকশম পায়তুনা ইল্লকপদা ইকাইমনখিতুনা ইখোঙ লৈবাক তাদবমখৈ কন্না চেল্লক্তুনা লাক্লবনি, ওনথোক্লা ইকাইখ্রেদা ইবুংঙো।"

তেম্বা লাইথক্লা অতুদগীদি "ফরে ইমা চৎলুরনু" হায়দুনা মমাবু থেমজিল্লি। তেম্বা লাইথক্লা মথরায় নুংঙাইত্রতুনা লৈকায়গী মমান্নবা ময়াম পাখঙ মচাশিংদা, "হয়েংদগীদি উরুংবুরেল ময়ুমগী ঙাংবীতোন অসি ঐখোয়দা লাকপা তারে" হায়না লাউথোক্লে। পাখঙ মচা ময়াম অদুনা "হয়েংদগীদি উরুংবুরেন ময়ুমগী ঙাংবীতোন অতু তেম্বা লাইথক্কী নুপী ওইনা লাক্লগনি" হায়দুনা লৈকায় অতু ৱা ৱা লাউনা ঙাংনতুনা হরাওনরে। থরনা ঙাওনৈ, "কদায়দগী লাকচরগননো ওইরোইদৌবা ৱানিদা।" অস্তুম্না ঙাঙনতুনা তেম্বা লাইথক্কী ইমুং অতু ৱাইরম তৈতুনা খাঙপোক অতু শেমজিন শাজিনজরে।

তেম্বা লাইথক্লা চেংপাক থরা নোংমা নিনিগী চান্নবা য়োম্লগা চংখ্রে। অস্তুম চৎলগা ঙাংবীতোনখোয়গী মনিংগী ৱাপন্দা মরুম অমদা থুপতুনা লৈরে। শেমদস্তু ঙাংবীতোন অতু তেম্বা লাইথকপু কিবদগী মনাই মশন

থরগা লোয়নহুনা ইরুজবা-মায়থজবা শেন্নহুনা লৈখ্রে। মুমিৎ হুমনি শুজিল্লক্লে তেম্বা লাইথক অহু ফাওবা লুমহুনা লৈরি। মথংগী মুমিৎতা ঙাংবীতোন অহু মখোঙ মথূৎ হামদোক্নবা পুখ্রিদা মতোমতা লাকই। তান চারে হায়হুনা প্রপ প্রপ চংলক্নুনা ঙাংবীতোনগী খুদাংদা পায়হুনা চিংলরে। ঙাংবীতোন পাখৎতুনা লাউগে তৌই। খুদক অহুদা তেম্বা লাইথকনা থাঙ পায়হুন', "ঙাংবীতোন, নঙ ঐখোয়দা লৈরুরসি মারে হায়রু নত্রবদি থাঙ অসিনা ককতুনা হাংকনি" হায়বদগী কিরহুনা ঙাংবী-তোন অহু য়ারে হায়রে। অহু ওইরবদি হোরেন্ মুমিদাং নখোয় লোইনা তূমথ্রবা মতমদা মমাঙথাঙহু হাংদোকসন্মু, ঐ লাক্কে" হায়রম্নগা মখোয় অনী কায়নরে। ঙাংবীতোন ময়ুমদা চঙখ্রে, তেম্বা লাইথকসু ময়ুমদা লাকলে।

মুমিৎ তাখিহুনা মুমিদাংগী চাক চানবা মতম লোইখিহুনা তূম্ন-হিপ্নবা মতম ওইরক্লে হায়বা মতম অহুদা তেম্বা লাইথক লাক্লে। ঙাংবীতোনসু কিবদগী থোঙ অহু হাংদোক্নুনা থমলম্মি। তেম্বা লাইথক প্রপ প্রপ চং-লক্নুনা থোঙ হাংব্রা য়েংঙি। থোঙ হাংলমহুনা তেম্বা লাইথক ইমুংদা চঙলক্লগা ঙাংবীতোনগা পুন্না মবানী ফমুংদা হিপমিন্নখ্রে। মহুদা তেম্বা লাইথকী জো জো লাওবা তুহাউশিং অহুনা থেংবদা পাখৎতুনা লাউবদা ইমুংগী মী মবুং তরেৎ মমা মপা লোইনা হৌগৎলক্নুনা য়েংবদা তেম্বা লাইথক ঙাংবীতোনগী ফমুংদা লৈরম্বা থেংনরে। মবুং তরেৎনা হংবদা তেম্বা লাইথক্না খুম্মি, "নখোয়গী ঙাংবীতোন্না লাকউ হায়হুনা লাকপনি।" অহুদগীদি ঙাংবীতোনহু মবুং তরেৎনা শাউহুনা মপান্দা ইন্থোকখ্রে। তেম্বা লাইথক্না ঙাংবীতোন অহু পুহুনা চংখ্রে।

নোং ঙাল্লবদা ঙাংবীতোন অহু তেম্বা লাইথকখোয়দা লৈরম্বা অহু মীয়াম্না উরে। হারউনরহুনা তেম্বা লাইথকখোয়গী লৈননবা য়ুম অমা লৈকায় ময়াম্না উ-রানচিংবা পুশিল্লক্নুনা ফজনা শাবীরে। ঙাংবীতোন অহু লৌখৎপীরো হায়রুবদা য়াবীদরে। মহুদা শাউরহুনা তেম্বা লাইথক্না

উরুংবুৱেলখোয়গী ময়ুম অহু শগুন তৌহুনা মৌ তরেৎকী অচৌবা পুখম তরেৎ, সনাবুন তরেৎ, কোফু’ তরেৎ অমদি য়াইওইবা য়ুবী খুজায় অমস্থু যাত্রা মখোঙদা পুজা তৌহুনা থমলম্বা অহু ফাওবা য়াওনা পুথোরক্লগা পুখ্রিদা কোফু’ তরেৎ, সনাবুন তরেৎ অহুগা পুখম তরেৎতু থাদগ্রে য়ুবী খুজাই অনী অহুনা শগোল শংগী মরুমদা থমলে, ফিরোল, সনা লুপা খরা অমস্থু লৌথোকলুরগা শগোল শংগী মরুমদা থমজিল্লুরে হায়রগা ময়ম্দা হল্লক্লে।

নোং হেক ঙানবগা তেম্বা লাইথক্লা উরুংবুৱেল মমগী ইমুংদা শগুন তৌহুনা পোৎ-চৈ পুগ্রে হায়বসি তাই অহুবু মহাক চংলুদে। নুমিৎ অহুদা তেম্বা লাইথক্লা নম্বোল কৈথেলদা চৎতুনা ঙক্রা ১০০ দং লৈরুরে। মহু মানা অস্থুম লাকপদা লম্বীগী নাকলদা লৈবা খোংবান অশাংবা অমা থেং-নহুনা মতেক মতেক ওইনা পল ৭/৮ থোক্লা থিংজিল্লে হায়রগা ঙশাইগী ঙাক্রা অহু অহানবদা ১০ মথংগীদা ২০ মুক, মথংদা ঙাক্রা ৫ অস্থুম তৌনা খোংবান্দুদা লোইনা মশিং খঙনা থাদরম্লে। নেং ঙাল্লবদা লৈকায়গী মমান্নবশিংদা, “মরুপশা ঈশিংলুসি ঙা ফারুসি” হায়হুনা হোৌহুনা ঈশিংপা লাক্লে। মহাক্লা হায় কোম অসিমদি ঙাক্রা ১০ শোয়দনা লৈরমগনি, মসিমদি ঙাক্রা ২০ লৈরমগনি, মসিদদি ঙাক্রা ৫ লৈরমগনি হায়হুনা মথং মথং শিংপদা মহাক্লা হায়বা ঙাক্রা মশিংশিং অহু অমৎতা কায়দনা লৈরম-হুনা ঙক্রা ১০০ ফারে। মহুদা লম্বী চৎপা মীয়াম্না তেম্বা লাইথক অসি মানা হায়বা লোইনা চুমলে হায়হুনা মীয়াম্না ঙাঙনরে। মখোয়না ফাবা ঙক্রা ১০০ হুনা লৈকায় চাক চানৱসি হায়নরে। লৈকায় অহুদা লৈবা ঙাঙবা শকপা য়াম্না হৈবী মচিন কনবী মৌনহা অমতংদি তোঙন্না বার্তৌন তৌহুনা চাকচানবা অহুদা য়াওহল্লে। ময়াম চাক চান্নবহুদা তেম্বা লাইথক্কী থৌদৌ, উদবা পোৎ, খঙদবা পোৎ পুম্নমক মহাক্লা হেৎপদা খঙদবা লৈত্রে য়াম্না চুম্মি লেইনা খঙবা ঙম্নবনি হায়নরে।

চাক চানবা অহু লোইরহুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে। ঙসাইগী ম্নৌনহা ঙাঙবা শকপা য়াম্না হৈবী অহুনা লৈকায়দা ৱারী শারে, মখোয়গী উরুং-বুরেল ময়ুমগী শগুন তৌহুনা সনা, লুপা, পোৎচৈ, মাল-চাং পুখি হায়বহু ঙাংবীতোনগী মুপাদা য়েংলবদি শোয়দনা খঙবা ঙমগনিসে, য়েংবা য়াদ্রবা জাৎলনে, মখোয়বু পোৎ অহু ফংনিংদ্রবা জাৎলা। অসুম্না তেম্বা লাইথক্কী ৱারী অসি লীবদা উরুংবুরেল ময়ুমগী মীশিংনা তারহুনা খন্নরে মমা, মপা, মবুং তরুক অহুদি মশক ফাওবা য়েংনিংদে হায়হুনা মচামুপা অতোনবদা খরা য়েংলুচো হায়হুনা মচামুপা অতোনবহু থারক্লে।

মচা অতোনবহু মবাই তেম্বা লাইথক্কী ময়ুমদা য়েংবা লাক্লে। ময়ুম য়ৌরবদা তেম্বা লাইথক্তা ইবাইবু হায়হুনা খুরুমলে। তেম্বা লাইথকনা "করিনো, ইশেন লাকপবু?" হায়না হংশিন্নরে। মশেন্না, "ইবাই, ঐখোয়গী ইমুংদা শগুন তৌখিহুনা পোৎ-চৈ খরা পুথ্রে মহুগী য়েংবা লাকপনি" হায়রে। ফরে অমুক্তা য়েংখিগে হায়হুনা প্লেট কাংগ্র পায়হুনা হোৎশিন্নরে অহুগা, "ইশেন, শগুন তৌখিবসি মুম্বিং মঙানি রোম শুরেনা পোৎ চৈ য়াম্না য়াওখিনা, অচৌবা পুখম তরেৎ অমনে, সনাবুল তরেৎ অমনে, কোফূ তরেৎনে, ফিরোল সনা লুপা খরগা পুথ্রে, য়ুবী খুজাই অমসু য়াওখিনা য়াওখিব্রা?" হংবদা ইবাইবু লোইনা চুম্মি লোইনমক পুথ্রবনি হায়রে। "অহু ওইরবদি ঐ হয়েং লাক্কে লাই খুরুমদবা য়াদরে, চেংপাক, কবোক, চুহি শঙ্গোম, লফোই লাংলমগদবনি শোয়বা য়াদে" হায়হুনা মশেন মুপা অহু ময়ুমদা হনখ্রে।

ময়ুম ম্নৌরবদা মচামুপা অতোনবা অহুনা মপা মমাদা ঙসাই মবাই তেম্বনা হায়রকপা অহু অমত্তা চিৎথদনা তমলে অহুগা লাই খুরম্বগী পোৎলম-চৈরমসু মানা লোইনা লাঙগদবনি মখোয়দি মশক য়েংনিংদে হায়হুনা মপা, মমা, মবুং তরুক অহুদি অমৎতা য়াওরোই হায়হুনা য়াওদ্রে। লাই খুরম্বগী পোৎ চৈ লোইনা লাঙহুনা থমলে। নোংঙানহুনা তেম্বা লাইথক লাই খুরম্বা লাক্লে। মশেন মুপা অতোনবহু নত্তনা অতৈদি খোঙ

লোন্দুনা ইমুংদা লোইনা লৈংখ্রে। চেংপাক-কবোক চুহি শঙ্গোম লফোই-নচিংবা শেম্ শাবা লোইরদুনা তেম্বা লাইথক্কা মাগী শাংলবা জো জো লাউরবা তুহাউ চোমলবা মখুং অদুনা ফোর্মোন তোংপা লোইখ্রে।

ফোরমোন তোংপা লোইরবা মতুংদা লাইদা কংতুনা মহুবু প্রসাদি ফংবিনবা ইমুংদা লৈরিবা ইমুংগী মী অমত্তা চিংথদনা থোরক্লো হায়দুনা কৌথোকপদা থোরক্করে। মতমদুদা তেম্বা লাইথক্কা মী অমত্তা ৱাংপা য়াদে লোইনা থোরক্কুনা চামিন্নগদবনি অম্বা ৱাংপদা লাইদা কংপগী কান্নবা করিসু লৈররোই হায়দুনা কৌথোকপদগী থোরক্কবা য়াদদুনা লোইনা থোরক্কুনা চাগদবগী তৌরে। তানজা অদুদা মকু মনেম ময়ামদা "ইকু ইবুংঙো, ফোরমোন অসি নচা মুপী ঙাংবীতোনসু চাগদবনি অদুনা হৌজিক-মক ফোরমোন অসি চাবা য়াওননবা কৌহল্লুবগা হান্না লাইতিন থাদুনা লৌখংপিগদবনি ; হান্না লৌখংত্রবদি ঙাংবীতোন চঙবা য়ারোই" হায়দুনা ঙাংবীতোনবু কৌরুরগা মাগী অওং-অউন তমদুনা খুদক অদুদা লৌখংপিরগা ফোরমোন চাবা য়াওরে।

লাই খুরুম্বা লোইরবা মতুংদা তেম্বা লাইথক্কা শ্রেট কাংগ্রক পায়দুনা হোৎতুনা ঙাইহাক য়েংলগা, শগুন তৌথিবসি মুমিং মঙানিরোম শুরে, কোরফু তরেৎ সনাবুল তরেৎ অদুগদি পুথ্রি মনুংদা লৈরে হায়দুনা ঈশিং কুমদুনা য়েংলুবদা লোইনা লৈরমলে। চুমলে, মথংদা য়েংথবদা হায়রে পুখম তরেৎকা ফিরোল দনা লিক্কোল মখৈদি অৱাং থংবা শগোল শংগী মথাদা লোইনা লৈরেনা অমুক্তা য়েংবীরু হায়দুনা য়েংবদা মদুসু লৈরমলে। মথংদা নুবী খুজাই অদুসু শগোল শংগী মথাদা লৈরেনা হায়দুনা য়েংলুরে মদুসু লৈরম্লে। পোৎ-চৈ লোইনা ফংলে। তেম্বা লাইথক অসি য়াম্না চুমলে হায়দুনা মীপুম খুদিংমক্না তেম্বা লাইথক অসি য়াম্না চুমলে মানা হায়বা শোয়দরে য়াম্না ফরে হায়কসি মৈতৈ লৈবাকসি শিন থুংনা ঙাওনরে।

মতম অসিদা মোইরাং লৈবাক্তা মোইরাং নিংথৌগী সনা শামু মকোকমুক চাউবা অদু মাঙখ্রে, হুন্নামখ্রে হায়দুনা মদু য়েংনবগীদমক্তা

মোইরাং নিংথৌনা সনা দোলাই পাবা থারক্লুনা তেম্বা লাইথকপু কৌবা লাক্লে। দোলাইদা ফৈনা তোংহন্দুনা পুরক্লে। অস্থুম লাকপনা ফুবালা য়ৌশিল্লকুনা মোইরাং নিংথৌগী লম্মখৈ য়ৌশিল্লকদৌরে। মতম অদুদা তেম্বা লাইথক্না খল্লি, "ঙসি ঐ শিবা তারেদো। করম তৌগনি, হোয় শিরবসু চঙলবসু অদু মঙাই" হায়রগা মখোল থোক্লা হায়রকই, "চেংবা কারগা কা চেংবা কুমলগা কুম।" ব্রাসি হেক হায়রকপদা দোলাই পুরিবা মুপা অনী অদু দোলাই থারম্লগা হৌদুনা চেনখ্রে। মদুদা তেম্বা লাইথক্না তাম্নদুনা ফারে অদুগা হায়রকই, "চেনগনু নখোয়না হান্না সনা হুরানবদু ঐখোয়নি হায়রম্লবদি ফরোইদ্রা? অদুবু নখোয়না হুরানবনি হায়বসি তাকথোকলরোই" হায়দুনা অমুক হন্না দোলাই অদু তোংলদুনা লাক্লে।

তশেংবসু দোলাই পুবা অনিদুগী মমিংসু চেংবা কৌবা ওইরম্লে। নিংথৌগী সনাসু মখোয় অনীনা হুরাল্লম্বা মরম্না তেম্বা লাইথকী ব্রাতা "চেংবা কারগা কা চেংবা কুমলগা কুম" হায়বা অদুদা হুরানবদু মখোয় অনীনি হায়বদু খঙগ্রবনি হায়দুনা দোলাই থারম্লগা চেনবনি। তেম্বা লাইথক্না সনাদু মফম কৈদা থম্মি হংবদা চেংবনা তু আদগী সনা খোংনাং মখোং অসিদা কোম তৌরগা ফমদুনা থম্মি হায়না তাক্লুনা তেম্বা লাইথক্তা খংহনবদগী তেম্বা লাইথক য়াম্না নুংঙাইরে।

অস্থুম লাকপনা মোইরাং নিংথৌগী কোন্নুংদা য়ৌরে। মাবু উবদা নিংথৌনা ওঝা মাইব লেংশিনবীরকউ হায়দুনা য়াম্না ব্যভার তৌনা কৌশিনবীরে। তেম্বা লাইথক্না "ইনিংথৌবু করি মরমগী ননাইবু কৌবীবনে।" হংবদ নিংথৌনা, "ওঝা মাইবা ঐগী শামু মকোকমুক চাউবা সনা মাঙখ্রে অদুগী ওঝাবু কৌজবনি মদু করিগুম্বা খঙবা ঙম্লবদি দক্ষিনা য়াম্না কংচগনি করিগুম্বা খঙবা ঙমদ্রবদি অরাবা দন্দি তাহনগনি" হায়না হায়রবদা তেম্বা লাইথক্না শ্লেট কাংগ্রা পায়দুনা হোৎপা মখৈ হোৎলগা হায়রকই, "ইনিংথৌ সন্দা অসিদি সনা খোংনাং অমগী মখোঙদা ফুমদুনা লৈরেনে।" নিংথৌনা য়েংহল্লুবদা সনাদু লৈরমলে। য়াম্না চুমলে হায়দুনা

মনা-মথুম দক্ষিনা য়াম্না কৎতুনা নিংথৌনা তেম্বা লাইথকপু থাগৎপিখি। অস্থুম তৌনা মোইরাং লৈবাক্কী মীয়াম্না তেম্বা লাইথক অচুম্বা খঙবা অফাওবা পন্দিৎনি হায়দুনা ৱা ৱা ঙাঙনরে। মতম অদুদা খুমন লৈবাক্কী নিংথৌনা খল্লি, "বমদিয়ারগী তেম্বা লাইথক হায়বা নিপা অদুবু য়াম্না খঙবা ঙম্বা জাৎনোনে চাং অমুক্তা য়েংনিংঙ্গেদা। ঐগী খুমন লৈবাক্তা পানবা খোংজ্রুম অমখক্তি শুপ্নগী খোংজ্রুম মরু অনীদমক পাল্লি মসিগী মরমবু খঙবা ঙমগদ্রনে।" মসিদুম য়েংসি হায়দুনা তেম্বা লাইথকপু কৌরুরে। মদুদসু তেম্বা অসি দোলাই ফৈনা তোংহন্দুনা পুৰকই। অস্থুম লাকপনা খোরদাক তুরেলগী থোং লাল্লকদৌরে. মতমদুদা হিংদিংগা চৎপা নুপা অনীখক্না হায়রিবা খোংজ্রুম অদু পুরক্তুনা হিনুংদা অস্থুম ঙাঙনৈ, "মাগী তেম্বা লাইথক অদুনবু ঐখোয়গী খোংজ্রুম মরু অনীখক পানবা অসিবু খঙবা ঙমগদ্রনে, ঙমলোইদা।" অসি হায়না ৱারী শারকপদা তেম্বা লাইথক্না দোলাই মথক্তা তারকই; খুদক্তা মদুগী মরম খঙবা ঙমখি। অহানবদদি তেম্বা লাইথক অদু য়াম্না ৱারস্মী, ঙসিদি শিবা তারেদো খুমন লৈবাক্তা হায়দুনা ৱারম্বদু মশাদা অরাবা অমৎতা লৈত্রে। অস্থুম লাকপনা খুমন কোমুং য়ৌরক্লে।

খুমন নিংথৌনা য়াম্না ব্যবাহার তৌনা তেম্ববু ওঝা মাইবা হায়না ওকপিরে। তেম্বনা করিগী ননাইবু কৌবিবনো হংবদা খুমন নিংথৌনা হায়রকই, "তেম্বা লাইথক হায়বা ওঝা নঙ অসি য়াম্না খঙবা ঙম্বা অফাওবা পন্দিৎ অমনি হায়না মীয়াম্না ঙাঙনরিবসি চুমত্রা চুমদত্রা হায়বসি য়েংগে হায়দুনা কৌজবনি। ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা খোংজ্রুম অমৎক পল্লি। হায়রিবা খোংজ্রুম অসিগী মরু কয়া পানবগে অমুক্তা য়েংবিয়ু। ৱাসি তাবদগী তেম্বা লাইথক্না গ্রেট কাংগ্রু পায়দুনা ঙাইহাক হোৎলবা মতুংদা হায়রকই. "ইনিংথৌ খোংজ্রুম অসিগী মরুসি অনীখকতমক পাল্লি।" খোংজ্রুমদু খায়দোক্তুনা য়েংবদা শুপ্নতগী খোংজ্রুম মরু অনীদমক পাল্লম্লে। মদুদদি তেম্বা লাইথক অসি অফাওবা মাইচৌ পন্দিৎনি হায়দুনা খুমন

লৈবাক্কী মীশিংনা ঙাঙনরে। খুমন নিংথৌনা হরাওহুনা মঙোন্দা মচা ইবেম্মা রাজকৈন্যা অহু পীরে লৈবাক তংখায় অমসু পীহুনা খুমন লৈবাক্কী পন্দিৎ ওইনা লৈহল্লে। তেম্বা লাইথক্কী ব্রারী অসি মণিপুরদা নত্তনা তখেল লৈবাক্তা ফাওবা তানরক্কুনা তখেলগী নিংথৌনা মণিপুরদা তেম্বা লাইথক হায়বা অফাওবা পন্দিৎ অমা লৈ হায়বা তাই মাবু কৌরগা ঐখোয়গী লৈবাক্তা নোং তারকত্রিবসি চহি অহুম শুরক্লে নোং তাদ্রিবসি মাবু য়েংহনসি হায়হুনা নিংথৌগী দরবারদা অঙম-অথৌ কৌখৎহুনা খন্নরে। ফরে হায়হুনা নিংথৌনা মনাই-মশন থারক্কুনা মণিপুরগী পন্দিৎ তেম্বা লাইথকপু কৌররে। মহুদসু অফাওবা পন্দিৎনি হায়হুনা দোলাই ফৈনা তোংহন্দুনা অসুম পুরকপনা তখেল লৈবাক য়ৌরক্লে। তখেল য়ৌরবদা তেম্বা লাইথক্না তখেল নিংথৌদা খুরুমজরে, "ইনিংথৌ ইবুংঙো, নুনাইবু কৌবিববু করি মরমগীনো ?" হংজৈ। নিংথৌনা হায়রকই· "ওঝা পন্দিৎ, নিংথৌ ঐনা ওঝাবু কৌজবদি অতৈ মরমগী নৎতে, নিংথৌ ঐগী লৈবাক অসিদা নোং তারকত্রিবসি চহি অহুম শুরক্লে অহুনা নোং তাদ্রিবসি করিগীনো করম্বা ইরাৎ পুজা তৌরগা তাগদগে নোং তাগদবসি কয়া য়াম্না ব্রাংলিবগে হায়বহু ওঝাবু অমুক্তা য়েংবিয়ু হায়হুনা কৌজবনি।" মহু তাবদা তেম্বা লাইথক অহু কিবনা মবুক্কিংদা মতোমতা খনজৈ, "করিসু খঙদবা ঐনা অখঙবা শারুবগী ঙসিদি শিবা তারেদো।" খন্না খন্না ঙাইহাক তুমিন্ন লৈরুরগা মমায় নোংথক্তা য়েংখৎলক্লগা তাল কৌবা লাইবু খুরুমজরগা নিংথৌদা মথংগী সুমিত্তা য়েংজরগে হায়রে। সুমিৎ অহু পোৎথারে। সুমিৎ অহুগী সুমিদাং ব্রাইরমদা তেম্বা লাইথক্না লৈচিলগী কাংলোন য়েংগে হায়হুনা নোংচুপ থংবা চীংয়াদা য়েংজরকই। অসুম ঙাইহাক য়েংলম্বদগী খোঙ হামনিংবগী মতৌ অমা ফাওরক্কুনা তুরেনগী নোংচুপ থংবা তোর্ব্বানদা প্রপ প্রপ লাক্লে। মতম অহুদা হঙোই মতৈ মনাও অনীথকসু তোর্ব্বানদা কন্না খৎনরম্মী। খৎনবহুদা হঙোই অমোম অহুনা হায়, "ইবুংঙো, লৈবাক অসে নোং তাদ্রে, ঐখোয় চংলসি মফম

অসিদা অস্নুম লৈরবদি ঐখোয় লোইনা শিবা তারে। অহূনা ঈশিং মরাং কায়না ফংবা লৈবাক অমদা ঐখোয় চৎলসি।” মহূদা হঙোই লাবা অহূনা হায়রকই, “ইবেম্মা, করিগী চৎকদৌরিবনো ? অস্নুম লৈসি লৈবাক অসিদা অহৈবা পন্দিৎ অসিনদি নোং তানবগী মরম শোয়দনা খঙগনি অহূনা ঐখোয় চৎপা য়াদে।” অহূদা হঙোই অমোমনা অমুক “ইবুংঙো করি তৌরগা নোং তাগদৌরিবনো” হায়রকপদা হঙোই লাবা অহূনা হায়রকই, “হঙোই ঐখোয়গী ইউন্ অসি খোক্লগা পুঙ তিংলগা য়ৈরবদি নোং শোয়দনা তাগনি।” হঙোইগী ৱা অসি হেক তাবদা তেম্বা লাইথক অহূ হরাওবদা খম থেংলে। মহাক্না তাল কৌবা লাইবু হন্না হন্না থুরুমজরকই। অস্নুম্না নুমিৎ অহূ পোৎথারে।

নোং ঙাল্লবদা তেম্বা লাইথক্না নিংথৌগী মনাক চঙলক্নুনা থুরুমজরে। শ্লেট কাংগ্রা পায়হূনা মতৌ য়াম্না মান্না হোৎনুনা য়েংলকই। ঙাইহাক য়েংলুরগা তেম্বনা হায়রকই, “ইনিংথৌবু লৈবাক অসিদা নোং তাদ্রিবসি অতৈনা নৎতে, লৈবাক অসিদা নোং তাগদবা মরম খঙবা পন্দিৎ লৈতবননি।” অহূদগী নিংথৌনা হংলকই, “ওঝা করি তৌহূনা নোং তাদ্রিবনো ? করম তৌরগা তাগদগে হায়বিয়ু।” চিংলেম্না তেম্বা লাইথক্না হায়রকই, “ইনিংথৌ অচৌবা হঙোই অমা ফারগা মহূগী মউন অহূ খোক্লগা পুঙ তিংলগা য়ৈরবদি খুদক্তা নোং মঙলক্নুনা নোং তাগনি।” অহূদি ফরে য়েংলসি করিগুম্বা মহূ তৌরগা নোং তারবদি মনা মথুম চাউনা পিগনি। করিগুম্বা তাদ্রবদি মশা অঙাং ওলহনগনি, হায়হূনা নিংথৌনা মনাই ময়াম থাহূনা অচৌবা হঙোই থিহন্দুনা মউন খোক্লগা পুঙ তিংহূনা য়ৈবদদি খঙহৌদনা নোং মংলক্নুনা নোং কন্না তারকলে। মহূদা নিংথৌনা পেল্লহূনা তেম্বা লাইথক্তা লৈবাক তংখায় অমা পিহূনা মহাক্কী লৈবাক্তা লৈহল্লে অমসুং নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা হাম্নিরে অহূগা মচা মুপীবুসু পিহূনা তেখাওদা মুংঙাইনা লৈহল্লে।

শক্না মতোইনা থিমল্লবসু হিরম অমদদি ফাওগল্লি। □

# ৮ঃ লমহুই নিংথৌ

মতম অমদা য়াম্না শিংলবা লমহুই অমখক লৈরম্মী। মপাঙ্গলদি য়াম্না শোনবা মরম্না শা ফাহনা চাবা ফাওবা ঙমদরে। অদুবু নোংশা কৈনা শজি শঙাই ফাহনা চাবা উরগা মহাক য়াম্না নুংঙাইত্রে। নোংমদি লমহুই অসিনা রাখল তৌরকই, "ঐনা শাশিংগী নিংথৌ ওইরবদি শা চাবা ফংগনিসে।" রাখল অসি খল্লহনা মহাক্না শাগী নিংথৌ ওইননবা উপায় য়েংলকই। মহাক্না মশক ওন্থোক্লবা মহাক্কী শুনু কোম অমা লৈরিবা অহুদা চোংথরে। মশা পুন্নমক শুনুনা পুমজৌ জৌরে। খুদক্তা কাখৎলক্তুনা মশাবু শাগী নিংথৌ ওইবা য়াগত্রা য়েংবদা য়ারগনি খল্লহনা নোংশা, কৈ ময়াম লৈরিবা মরক্তা চংশিল্লক্লগা হায়রকই, "ঐসে মহাদেবনা শাশিংগী নিংথৌ ওইয়ু হায়হনা থারকপনি।" হায়রক্লিবা রাহু তাবদা শাশিংদু ঙক্লহনা তুমিন তুমিন য়েংনরগা মখোয় মশেন ঙাঙনরে, "লাক্লিবা শা অসি মহাদেবনা থারকপা শোয়দনা ওইরিগনি, অদুনা মহাকপু শা পুন্নমকী নিংথৌ হাপ্লসি।" অসুম্না ময়াম্না য়ানরহনা লমহুইদুবু নিংথৌ হাপত্রে।

লমহুই অদু নিংথৌ ওইরবনিনা শা ময়ামদা থৌদারক্লে, "ইনাইশা, শজি শঙাইগী শদোং চানিংঙি পুরকউ।" শশিংনা শজি শঙাইগী শদোং হেক্তা পুরক্তুনা পিজে। অসুম তৌনা লমহুই অদুনা চানিং চানিংবা শা মখৈ চাহনা নুংঙাইনা লৈরে। অসুম্না চহি ১/২ রোম লৈরক্লবদা নোংমদি লমহুই ময়াম্না মনাক্তা হেক হেক খোংলরবদা খোংনিংমনখিহনা ময়া কাথোক্তুনা থজিকতমক উ রা লাউনা খোংলুবদগী থৌগল তৌরিবা শা ময়াম অদুনা ফারগা মমৈগা মতুগা ফোয়দৎলগা থাদোকখ্রে।

অসুম তৌনা লমহুইগী নমথাক অদু খঙখিবদগী মতুংদদি মহাক শা চাবা ফংখিদ্রে। জাৎকী হৈনবী হায়বসে থাদোকপা ঙম্বা নত্তে। □

# ৯ঃ শীঙজনবা নুপা অমা

থায়না মমাংঙৈদা য়াম্না লায়রবা নুপা অমা লৈরম্মা। মহাক অসি মচা অমত্তা পোক্কে। নুমিৎ খুদিংগী মহাক্না চীংদা কাহ্নুনা শীঙ য়াল্লুরগা মাগী নুপী অহুনা কৈথেলদা য়োল্লি। নোংমদা শীঙহু লুপা ২/২ শিংত্নুনা য়োনবহু লুপা ২ না মখোয় অনীগী নোংমগী চরা কোন্নে অরেম্বা লুপা ১ অহুনা নুমিৎ খুদিংগী উপুদা হেক হেক হাপচিল্লি। অসুম তৌনা লৈরকপনা চহি ৩০/৪০ রোম লৈরবা ফাওবদা নোংমত্তা ঙা অহাওবা অমা লৈহুনা চাবা, শেৎনিংবা ফিরোল ফজবা পোৎ-চৈ অমতং লৈবা হায়বসি লায়রবা নুপা অহুনা শুকয়া য়াদে। মাগী নুপীনদি চাক ইনশাং অহাওবা চানবা, ফজবা ফিরোল শেৎননবা ফনা য়াম্না হায়জৈ অহুবু শুকয়া য়াদে। অহল ওইশিল্লক্লবা মতমদা নোংমদি মাগী নুপীনা খল্লকই, "ঐগী নুপানা নুমিৎ খুদিংগী শীঙ চনবা চৎপদা থক্লবা ঈশিং উতোং ১/১ হেক হেক পুহুনা মহু থক্লগা য়ুমদা হেক হেক হল্লকই। অহুবু ঙসিদি ঐগী নুপানা থক্লনবা ঈশিং উতোং অসি শঙ্গোম ওইনা হাপ্লগে। শঙ্গোম থক্লবদি মশাসু শোয়দনা কনখৎকনি।" মসি খল্লহুনা নুমিৎ অহুদি ঈশিংগী মহুৎতা শঙ্গোম ওইনা হানজিন্দুনা পীখ্রে। লায়রবা নুপা অহুনা শীঙ চনবা লোইরবদা ঈশিং থক্কে হায়হুনা উতোংহু মখুম হাংদোক্লুনা থক্কে তৌবদা শঙ্গোমনি হায়ব খঙলে। মহুদা নুপ' অহুনা মাঙলেদনা হায়হুনা শঙ্গোমহু তুংলামদা হৈদোকখ্রে।

নুপা অহুনা হৈদোক্লিবা শঙ্গোম অহুদি মহাদেবগী শয়ং মূর্ত্তি অমগী মথক্তা হৈজিল্লুরে। মহুদা মহাদেবনা পেনবিরহুনা শীঙ চনবা নুপা অহুদা মানা নিনিংবা বর অম্য নিয়ু হায়রে। শীঙজনবা নুপা অহুনা ইনাক খুনজগে হায়না নিজরে। মহুদা মহাদেবনা য়াদ্রে। মহাদেবনা মাগী নুপীদা অমুক নিনিংবা বর নিয়ু হায়বদা মাগী নুপীনা মচা অমতং পীবিয়ু হায়না নিরে। মহু তাবদা শীঙচনবা নুপা অহুনা য়াম্না তন্না হৌজিকপু

শিরমদাইদা অঙাং পোক্তুনা করি কান্নগনি হায়দুনা য়াদ্রে। ইনাক খুনবা হায়বা অদুদা পীনবিয়ু হায়জরবদা মহাদেবনা হায়রকই, "ফরে মতুদি ঐনা পীবা ঙম্বা পোং নত্তে. অদুনা কুবেরদা হায়রুরো।" কুবেরনা মুপা অদুনা হায়জরবদা "হে নিপা. নখোয় অনীগী পৈশা কয়া য়াম্না লৈ? অরৈবা পৈশা খরা অদু লময়ায়দা চাইখ.ইরো. অদুগা পৈশাদু অনী থোক্লা য়েনথোকলো। অয়াম্বা শরুক অদু ফি অমনা কুপশিল্লগা মপান্দা থোকউ অদুগা য়েংউ" হায়রবদা মুপা মুপী অনীদুনা মতুমক তৌরে। ঙাইহাক লৈরগা ইমুংদা চঙদুনা য়েংবদদি ফিনা কুপতুনা থমলম্বা অয়াম্বা শেনফম অদু অমতা লৈরমদ্রে। মতুদা লায়রবা মুপা অদু য়াম্না শাউরে অদুগা কুবেরদা হংলুরগে হায়দুনা লময়াইদা তারিবা শেল খরা অদু হোনজিললমখিগে হায়দুনা মতৈ মনাওনা হোনজিনবদদি শেলদু হোনজিনবা লোইবা ঙমদরে। মতৌ অসুম তৌনা মুপাদু য়াম্না ইনাক খুনবা অমা ওইরে।

শেল য়াম্না পায়রব. অদুদদি মুপা অদুনা মাগী মুপী পুরদুনা কৈথেলদগী ফজবা ফিরোল অহাওব. ঙা চাক লৈদুনা শেং চাদুনা মুংঙাইনা লৈরে। মসিগী মরম পুন্নমক কুবেরদা হংলুবদা কুবেরনা নোক্লদুনা মদু কুবেরগী মরল শংবদুনি হায়না তাকপিরকই।

লায়রবা মুপা অদুনা চাদথক্তা মখৈ উপুদা চেংনা থমজবা শেলফম অদুগী অয়াম্বা শরুক অদুদি কুবেরনা লৌথ্রবনি মরমদি মুপা অদু মশাগী অমদি লাই তিন্দা কংতুনা পৈশা অরেম্বদা মাঙহন্দবগী কুবেরনা লৌবনি। □

# ১০ ঃ লুখ্রাবী মচানা মহাদেব থেংনবা

থায়না মমাংঙৈদা য়াম্না লায়রবা লুখ্রাবী মচা মুপা অমা লৈরম্মি। মহাক্না মুমিৎ খুদিংগী হেক হেক পোৎথাবা লৈতনা করি থবক শুরগা মখোয়গী লায়রবসি কোক্কদগে হায়বসি খনবদা মকোক অমু য়াম্না ঙাওরে। লৈতবনা হেনজিল্লক্লবদা নোংমদি মমাদা হায়রে· "ইমা ঐ লংফৈদা চৎতুনা থবক শুরুরগে, অদুনা লমু তরেৎখক্তং তাবিয়ু মমুনা ঐগী চাননবা চেংজেলনি।" মচাগী ৱাদুদা মমা লুখ্রাবীদুনা হায়রকই· "ইবুংঙো থবকপু শুরুগে হায়রবদি তাবিগে শোয়দনা।" লমু তরেৎ অদু লুখ্রাবী মচাদুনা চেকশিন্না পুবদুনা ময়ুমদগী খোংশাল্লক্লে। অসুম লাকপনা জঙ্গল অমগী মনুংদা চঙলক্লে। মহাক্না অসুম চঙশিল্লকপদা মহাদেবনা মশা ঙমদমুনা হুপলা হলা মরক্তা লোংনা তাদুনা লৈরম্বা অমু থেংনরে। লুখ্রাবী মচানা ঙক্না হি, মসিদি মহাদেবনিনা য়াম্না ৱানা মফমসিদা লৈরিবসি করিগীনো খঙনিংদুনা প্রপ প্রপ চঙশিল্লকুনা মথক্তা কুপশিল্লবা হুপলা হলা পুম্নমক শেংদোক্লে হায়রগা মহাদেববু ইন্না ইন্না খুরুমজরকই। অমু ফাওবদা মহাদেবমু করিমতা লেঙদে; অদুবু লুখ্রাবী মচা অদুদি অমুক খুরুম অমুক হৌগৎ লেপতনা তৌরম্মি। মমৈথংদা খুরুম্বা তোয়শিল্লকপদগী লুখ্রাবী মচা অমু মখোঙ খুউ অমু ঈনা পুমঙাং ঙাংনা চেম্বরবা মতম্ অদুতদা মহাদেবনা হংলকই, 'মুপা, নঙ ঐঙোন্দগী করি বর পাম্মি? নঙনা ঐবু করিগীদমক্তা অদুক ৱানা খুরুমলিবনো?" লুখ্রাবী মচানা খুম্লকই· "প্রভূ ননাইদি লায়রবা লুখ্রাবী মচানি, অদুনা অরাবা হায়বসে নপারিদি য়াম্না থেংনজরে। ননাইনা প্রভুগী অরাবা মতৌ অমু উবদা প্রভুগী সেবা তৌজবনি। ঐগী অপাম্বা করিসু লৈজদে। ঐদি ইমুংগী লৈতলায়রা কেক্লবা বর নিজবা লাকপা নত্তে।" মহাদেবনা মখা তারকই, "নঙনা অপাম্বা বর অমদি নিয়ু ঐ পিরগে। ঐ নঙগী অসিগুম্বা সেবাদা

য়াম্না পেল্লে।” হন্না হন্না লায়রবা লুখ্রাবী মচানা মখুৎ লোন্নরদুনা হায়রকই, “প্রভু ননাইবু মুংশিবিরবদি লায়রবা হায়বসি কোকহন্দুনা মুংঙাইবা হায়বদো পিবিয়ু।” রাসি হায়রকপদা মহাদেবনা খল্লকই, “উম চুম্মি, মুপা অসি মুংঙাইহন্দবা য়াদ্রে। অছুদি মুপা নঙ আদগী উরক্তা লৈরিবা পুখ্রি অসিদা মুপীশিং ইরোইদুনা শান্নরিবসি উব্রা? মসি শোরারেনগী মচানুপী জগোয় শাবী হেলোয় তরেৎনি। অদুনা মখোয়না থমলিবা মখোয়গী ফি ময়ামদু লোইনা খোমদুনা পুরকউ। অদুদা মফি পুখিবগী মখোয় ময়াম্না খুবাক খুদুনা নঙবু তান্নরক্কনি; অদুবু নঙগী নমায় নতুং হন্দুনা য়েংলোইদবনি। করিগুম্বা নঙনা নতুং হন্দুনা য়েংলুরবদি নঙ খুদক্তা মখোয়গী শাপ্তা উৎ ওইনা তুমদুনা মাঙগনি। অদুনা নঙ ফিশিং অসি পুদুনা হন্না য়েংলমদনা চেল্লকপা ঙমগদ্রা?” হায়রিবদু লুখ্রাবী মচানা ঙমগনি হায়দুনা চংখ্রে। লুখ্রাবী মচানা ফি ময়ামদু লোইনা খোমদুনা পুদুনা চেল্লক্লে। ফি পুখিবা উবদা হেলোয় তরেৎ অদুনা অকিবগী খোনজেল্দা খুবাক খুদুনা তান্নরকখি। অসুম তান্নরকপদগী মখোয়গী অকিবা শব্দ অদু য়েংনিংমনখিদুনা মতুং হন্না য়েংথোকলুরে খুদক্তা শাপ ফংদুনা মুপা অদু উৎ ওইনা তুমলে।

শোমদদি মহাদেব অদু য়াম্না কুইনা ঙাইরবা ফাওবদা লুখ্রাবী মচাদু লাকমল্লে করি তৌরবনো হায়দুনা ধ্যান তৌদুনা য়েংলকপদা উৎ ওইনা তুমদুনা লৈরে হায়বসি খঙলে। খুদক্তা মহাদেবনা খল্লি, “হুম নিপা অসিদি মাঙহনবা চুমদে। ঐনা মাবু কান্নব খরা পীবিগে তৌবদগী মহাক শিরেদো।” মহাক শিহনবা য়াদ্র হায়দুনা ঙমদ ঙমদনা মহাদেবদু তপ্না তপ্না লাকুনা উৎ ওন্দুনা লৈরিবা মপৈ অদুদা শিদ-য়াই নাদয়াই মন হি য়াই কামবিবদগী লুখ্রাবী মচা অদু হিংগৎলক্লে। মতমদুদা মহাদেবনা হায়রকই, “নঙ নতুং হন্না য়েংলুনু হায়রগা করিগী য়েংলুরিবনো? ইন্দকমুক্তা অমুক ফিশিং অসি লৌরুবা ঙমগদ্রা?” ঙমগনি খুম্মি। ইন্দকমুক্তি তুং হন্না য়েংলুনুকো হায়রবদা য়েংলোই হায়দুনা ফি লৌবা

চৎখ্রে। হন্দক্তি ফি ময়াম পুন্থনা তুং হন্না য়েংলম্মদনা মহাদেবগী মনাক্তা থুংলরে। হেলোয় তরেৎ অদু প্রপ প্রপ তান্নরক্তুনা মহাদেবদু মখোয় তরেৎনা কোয়শিল্লগা মখোয়গী মফিশিং অদু পীরো পীরো হায়রক্লে। মদুদা মহাদেবনা হায়রকই, "নখোয় তরেৎকী মনুংদগী অমদি মুপা অসিদা লৈহৌরো অদু ওইরবদি নখোয়গী ফিশিং অসি পিরগে।" মতাংসিদা হেলোয় তরেৎনা হায়রকই, "মদুদি হায়বিগনু. ঐখোয়দি ইপাগী জগোয় শাবীনি, ইপাগী থৌগল থেংখ্রগনি। মদুগী মহুৎতা ইপাগী য়াইওইবা খাউ অসে লৌহৌরো।" মদু তাবদা মহাদেবনা হংলকই, "নঙগী নপাগী খাউ অসিদি করি কান্নগনি? কান্নবদু তাকপা ঙমগদ্রা? হেলোয় তরেৎনা হায়রকই, "ইপাগী খাউ অসিদি থোকউ হায়বদা থোকহনবা য়াবা, অনিংবা অপাম্বা পূম্নমক নিংথুনা খাউদা হেক হূমলুবদা হেক্তা য়াওরম্বা অদুগুম্বা খাউনি।" হায়রিবসি থাজদে চাং য়েংগে হায়রথুনা লুপা, সনা ফংগে নিংথুনা খাউদুদা হূমলুবদা সন৷ লুপা ঙাক্তনা খাউদু ৱাক থন্না য়াওরম্বা থেংনবদগী থাজরথুনা হেলোয়গী মফিশিং অদু পীথোক-খিথুনা থাদোকখ্রে। লুখ্রাবী মচা অদুসু য়াইওইবা খাউ অদু পুরথুনা মচুমদা হল্লক্লে।

অসুম্ লাকপদা নুমিং তাশিল্লক্তুনা মাগী মরুপকী ইমুংদা অহিংদুমা লেকখ্রগে নিংলথুনা চংশিন্দুনা লৈরে। মাগী মতাউদু ইনাক খুনবা ইমুং ওইৱনা চাক য়েনশাং থেংদুনা পীজরে, মুংঙাইনা পোৎথানবা হোৎনথুনা তূমননবা মতাওনা হায়রকই। লুখ্রাবী মচা অদুদি তূম্বা য়াদরে, মানা খল্লি, "ঐগী খাউসি করিগুম্বা ইতাওনা করি য়াওরিবগে হায়দুনা হেক হূমখিবা থেক্লবদি ঐ মাঙলেদো।" অদুনা খাউসি মতাওনা হূমদনবা হান্না হায়হৌবনা ফরে খল্লদুনা মানা হায়রকই, "ইতাও ঐগী মোন ময়াদা থমলিবা খাউসি হূমবিরু লাকপিরুনুকো. হূমবা য়াদেকো ইতাও।" মহুদা মতাউনা, "এঃ ইতাও, করিগী হূমলুগদগে ইতাওগী খাউবো হূমলোই হূমলোই" হায়রে। মতম অদুদদা লুখ্রাবী মচা অদুনা নাখেক্তুনা

ইশি শিবনথৈ তূমখ্রে। অদুবু ঙসাইগী মতাও য়ুমবু অদুদি তূম্বা শুকয়া য়াদরে। মাগী মুপীদা হায়রকই, "মুপী, ইতাওনা মাগী খাউ শোকলুনু হায়রিবসি করিগী ওইরমগনি? অদুনা সনা, লুপা য়াওবরা য়েংসি ইবানি হূমদুনা।" খাউদু হেক হূমলুবদা সনা, লুপা ঙাক্তনা গ্যাও গ্যাও লাউনা বীক থন্না য়াওরম্বা থেংনবদগী য়ুম্ব মতৈ মনাওনা মখোয়না হোনবা য়াবা মথৈ হোন্‌জিল্লে হায়রগা মমৈদা নোং ঙানবনা হানখ্রগনি হায়দুনা খাউ অদুগা চপ মান্নবা অতোপ্পা খাউ অমা খুদক্তা শেমদুনা খাউ অদুগা ওম্থো-ক্লরে। অশেংবা খাউ অদু য়ুমবু মরুপ অদুনা লৌশিনহৌরে। অশাবা খাউ অদুনা মতাওগী মোন ময়াদা থমজিনবিরে।

নোং ঙাল্লবদা লুখ্রাবী মচা অদু খাউদু পায়দুনা ময়ুমদা প্রপ প্রপ লাক্লে হায়রগা মমাদা হায়, "ইমা নচা হল্লক্লে হৌজিক্তি করিমত্তা ৱাররোই। অদুনা ইমা ইরুজথোকপিরো অদুগা তুলশি বীনা মখোঙদা ৱাই খরা তৈথোক্লগা লা লাতোন অমা থাবিরো।" মমানা থারিবা লাতোন্দুদা লুখ্রাবী মচানা য়াইওইবা খাউ অদু থমদুনা হায়রকই, "ইমা, ইমানা অপাম্বা সনারা লুপারা ফংজগে হায়না নিংলগা খাউসি অমুক্তা হূমবিয়ু অদুদা ইমাগী অপাম্বা পোৎ সনা লুপা শোয়দনা ফংগনি, অমুক্তা হূমবিয়ু।" মচানুপা অদুনা হায়রিবসিবু অচুম্বরা য়েংগে হায়দুনা খাউদু সনা, লুপা নিংদুনা হূমলুবদদি করিমতা য়াওরমদ্রে, মদুদা, "ইবুংঙো য়াওদেন।" হায়রকপদা "ইমা ঐ হূমগে" হায়না হূমলুবদসু করিগুম্বা অমত্তা য়াও-রমদরে। মদুদা লুখ্রাবী মচা শাউবনা ঙমথৈ লৈত্রে।

অমুক মহাদেবনা লৈহৌবা মফম অদুদা প্রপ প্রপ লাক্তুনা মহাদেবদা হায়ররে "প্রভু ঙরাংগী খাউ অদু য়ুম য়োৗরগদি করিমতা থোকউ হায়বা য়াদ্রে, মতাং তৌবা অশাবা খাউনি।" অদুদগী মহাদেবনা হায়রে, অদু ওইরবদি মখোয়গী ফিশিং অসি অমুক লৌরুরো হায়দুনা হেলোয় তরেৎকী থমলিবা মফি অদু পুদুনা লাক্লে। মদুদসু হেলোয় তরেৎ অদুনা ফি পিয়ু ফি পিয়ু হায়রকপদা মহাদেবনা হায়রে, "ঙরাং নখোয়না পীবা

খাউ অহু ময়ুম য়োরগদি করিসু থোকউ য়াদ্রে শাজিনবা খাউনি হায়রে ফুগা অসিনা, অহুন ওসিদি নখোয় অমা লৈহোরো। ফুগা অসিগী তাংলোই ওইরগদবনি। অহু ওইরগদি নখোয়গী করি পিরগে নত্রবদি কি পিরোই।" হেলোয়শিংনা মখোয় অমত্তা লৈহোবা য়ারোই, মহুগী মচুংতা মপাগী হামেং অঙোবা মাইওইবা অসি লোইহোরো হায়রে। হামেং অসিনা করি তৌগনি হংবদা ইপাগী হামেং অসিদি চৈনা হেক্ক কুবা খুদিংগী অপাম্বা সনা, লুপা মথৈ থোকহনবা য়াবা হামেংনি হায়রে। চুমত্রা য়েংগে হায়হনা লুপ্রাবী মচা অহুনা চৈনা শেং শেং কুবদা হামেংনা চোংবা খুদিংগী সনা, লুপা ভাক্তা গ্যাও গ্যাও লাউনা তাল্লক্লে। মহু উবদা লুপ্রাবীমচা অহু য়ারহুনা হেলোই তরেংকী মফিশিং অহু পীথোকখ্রে। লুপ্রাবী মচা অহুনা হামেং অহু চিংহুনা পুরক্লে। অসুম লাকপদা মুমিং থেঙখিহুনা মতাওগী ইমুং অহুদা চঙহুনা অহিং অহু লেকখিগে হায়রে। ওসাইগী মতাওগা মাগী মুপী অহুগদি মতাও লুপ্রাবী মচাহু লাকপহুদা মখোয়না হেন্না হরাওরবনি। মুমিং অহুসু চাক য়েনশাং অহাওবা থোং-লহুনা পীজ-পীথক তৌহুনা মতাওহু তুম্নবা সেবা নিংথিনা তৌরে। লুপ্রাবী মচা অহুদি তুম্বা য়াদ্রে; শোয়হুনা করিগুম্বা মানা তুমপ্রগা মানা পুরকইবা হামেং অহু ফুরু নাল্লুরবদি মতাওনা সনা লুপা শোয়দনা ফংগ্রগনি খল্লি। রাখল অসিমক্তনা মা তুম্বা য়াদ্রবনি। অহুনদি মসি ইতাওনা ফু চৈদনবা হান্না হেক্তা হায়হৌরগে মহু ওইরবদি ফুরোই নানলোই খল্লহুনা মতাওদা, "ইতাও ঐনা পুরকইবা হামেং অসি ফু-চৈবীরুনুকো। মসি ফু-চৈবা য়াবা হামেং নত্তেকো" হায়রে। মতাও য়ুম্ব অহুনা এঃ করি রানোনে ইতাও করিগী ফুরুনি, ফুরোই ফুরোই হায়বদগী লুপ্রাবী মচাহু ফুরোইদৌবা মান্দুনা খুদক্তা ইশি শিবা মথৈ গোরো গোরো নাখোক্তুনা তুমখ্রে।

মতম অহু ফাওবা য়ুমবু মত্তাও অহুদি তুমত্রি। মাগী মুপীদা হায়রকই, "মুপী ইতাওনা পুরক্লিবা হামেং অসি ফুরু চৈরুহু হায়রিব-

লিনদি অচম্বা হায়েংদি ওইরম্লোই।” অমুক্তদি ফজুনা য়েংসি হায়িহুনা চৈ অমত্রা হায়েং অহুদা ফজুবদদি হায়েংনা চোংবা খুদিংগী সনা লুপা য়াম্না তাররে। মহু উবদা কররকহুনা হায়রকই, ‘ মুপী, মসিগী হায়েং অসি পীথিবা য়াদ্রে, মসিনা ঐখোয়না লোৎতুনা থমহৌরসি. অহুগা ঐখোয়গী লৈরিবা হায়েং অঙৌবা অহু পীথোকখ্রসি।” অম্মুম্না হায়েং অহু তুম্লিবা মভাওগী মনাক্তা হান্নগুম অমুক থমখ্রে। নোং ঙাল্লবদা লুখ্রাবী মচাহু মাগী হায়েং অঙৌবা য়াইওইবা অহু মযুমদা পুহুনা হল্লক্লে। মযুম য়ৌরবদা মমাদা হায়বকই, ‘ ইমা ইরুশেংনা লুজবিরুরো অহুগা তুলশিবোংদা ম্লাই থন্না তৈথোক্লে হায়রগা লা লাতোন অম থারো অহুগা চৈ অমা পায়রগা হায়েংহুদা ফজুরো, মহুদা সনা, লুপা য়াম্না তারকনি।” মমানা ইরু লুরুরবা মতুংদা ম্লাই তৈরে. লা থারে হায়রগা হায়েংহু ফজুবদি সনা, লুপা অমত্তা তারকত্রে। ফজুনবদা মথি চিংলে। মমানা মচাম্নুপাদা ইবুংঙো সনা থোকতেনে হায়রবদা মচাম্নুপা অহুনা. “ইমা ঐ ফজুগে য়েংঙু” হায়হুনা ফজুবদদি মহুদম্মু সনা লুপা অমতা থোকতরে। মহুদম্মু শাউরে. পাপীগী মচা হেলোয় তরেৎ মখোয়না মতাং তৌবনি হায়হুনা মহাদেবনা লৈহৌবা উমং অহুদা অমুক চংখ্রে।

অম্মুম লাকপনা মহাদেবনা লৈরিবহুদা চঙশিল্লক্তুনা মহাদেববু হন্না হন্না খুরুমলক্লে। মমৈথংদা মহাদেবহু হৌগৎলক্তুনা হংলকই, “মুপা করি তৌরে. অমুক তন্না লাক্লিবদি ?” নিংবা কায়না লুখ্রাবী মচানা “প্রভু ঙরাংগী হায়েংহুম্মু য়ুম য়ৌরগদি করিমত্তা থোকতরে মখোয়না মতাং তৌবনি” হায়রবদা মহাদেবনা শাউনা অহু ওইরবদি হান্নগুম্না মখোয়না ইরোইরিভৈদা মখোয়না থমলম্বা ফিশিং অহু লোইনা খোমহুনা অমুক লৌরুরো হায়হুনা থাখ্রে। লুখ্রাবী মচানা ফিশিং অহু অমুক খোমহুনা পুরক্লে। মহাদেবগী মনাক্তা থমলে। হেলোই তরেৎ অহুনা মখোয়গী খি পিরো মপাগী জগোয় শাবা থেঙখ্রগনি হায়রকপদা লুখ্রাবী মচানা শাউনা মখোয়গী থাউ. হায়েং করিমতা কান্নদে হায়রে। মহাদেবনা

অহুদি হন্দক্তি মখোয় অমা লৈহৌদবা য়াম্রে, মখোয়না পিবা পোৎ পামম্রে হায়রে। হেলোয় তরেৎনা মখোয়না পিখিবা মপাবুংগী য়াইওইবা থাউ অমদি হামেংবু করিমক্তা থোকউ য়াদে হায়রিবসিনদি লম্বীদা করিগুম্বা অমদি তৌরম্বা তারে খন্নরে। হন্দক্তি কান্নবা অফবা পোৎ পিবা য়াম্রে অহুনদি মাঙননবা পোৎ পিরগে হায়হুনা মপা শোরারেনগী খুৎনিংশেক হায়বা খুৎলাই অসি পিরসি হায়নরে। লুখ্রাবী মচানা মহুনা করি কান্নগনি হায়রবদা হেলোয় তরেৎনা খুৎলাই অসি হেক শোকলুবদা খুৎনিংশেক অহুনা পংথিন্দা থিন্দুনা অহুম শিজগদবনি নত্রগা খুৎনিংশেক থিললো হায়হুনা হেক লংবদা লৈরম্বা পোৎ অহু হেক্তা লোইবা জাৎনি হায়রে। মহু অমুক চাং য়েংগে হায়হুনা খোংনাং অমদা খুৎনিংশেক অকনবা খোংনাং অসি অমুক্তা লোইশিল্লু হায়না হুনজিনবদা খোংনাংহু কুইবা য়াদে, খুদক্তা ফৈগাক ফৈন্না তুহুনা লৈরে। মহু উবদা লুখ্রাবী মচানা য়ারহুনা মাঙহন-তাংহননবা পোৎ অহু পুহুনা ময়ুমদা হল্লক্লে। হন্দকমুকসু হান্নগুম্না মুম্বিৎ তাশিহুনা মতাও অহুগী ময়ুমদা অহিং অহুমসু লেকখিগে হায়রে। মতাও মতৈ মনাওদি লুখ্রাবী মচা মতাও অহুবু উবদা য়াম্না হরাওরবনি। মখোয়দি কান্নবা পীবা লাক্লে হায়হুনা হান্নগুম হাওনা পিজ-পিথক তৌহুনা তুম্নবা সেবা তৌরে। মুম্বিৎ অহুদসু হায়রে, "ইতাও ইতাও ঐগী মোন ময়াদা লৈরিবা খুৎনিংশেক অসি পায়বী-লাকপীরুন্নুকো।" মসি হায়রগা ইশি শিনা নাখোক্তুনা তুমখ্রে। মহুদসু য়ুমবু মতৈ মনাওদি হন্দক্তি করি থোকপগে অমুক্কা য়েংসি হায়হুনা পায়হুনা য়েংলুবদদি খুৎ-নিংশেক অহুনা মমিং মমায় খণ্ডদনা পংথিন্দা থিন্দৎতুনা মতাও অহু শিদোরে। মমৈথংদা উপায় লৈত্রহুনা হায়রকই, "ইতাও, ঐ শিদোরে নঙগী খুৎনিংশেক অসি অমুক্তা খামজিল্লু।" মহুদা লুখ্রাবী মচানা হায়রকই, "ইতাও পায়বিরুন্নু হায়রগা, ওম্থোকপনি ইতাও। ঐনা খাম্বা ঙম্বা পোৎ নত্তে ইতাওনা লাল্লুবা খোৎলুবগা লৈরম্বা তারে করি লানখিবা লৈ ইতাও।" মসি হংলবা ফাওবদা খুৎনিংশেক অহুদি থিনবা লেপখ্রে।

শিবা তারে হায়দুনা, "ইতাও ঐনা লানবা হায়ববু ইতাওনা পুক্কপা খাউ অমদি হামেং অদু ঐনা মহুৎ ওস্থোকলুই" হেক হায়রকপদা "অদু ওই-রবদি ইতাও মদু পুথোরক্কুনা ঐঙোন্দা পীরো" হায়রে। অদুগীদি মাগী মুপীনা পুথোরক্কুনা পীবদগীদি খুৎনিংশেক অদু থিনবা তোকহল্লে। মতম অদুদা লুখ্রাবী মচাগী অশেংবা খউ য়াইওইবা অমদি হামেং য়াইওইবা অনীগা খুৎনিংশেক অদুগা অহুম অদু পুক্কুনা ময়ুম য়ৌরবদা লুখ্রাবী মমা মচাদু য়াম্না নুংঙাইরদুনা চানিংবা চা, শেৎনিংবা শেৎ তৌদুনা নুংঙাইনা পানখি। □

# ১১ঃ লুখ্রাবী মচা বিশ্বকর্ম্ম নিংবা

লুখ্রাবী মচা অমা লৈরম্মী। মহাক্না জ্ঞান তারক্লবদা লাইনিং লম্বী থিদুনা বিশ্বকর্ম্ম পুজা তৌদুনা মমাঙদা শিংজং অমা পাইজ অমা থমদুনা মুনিৎ খুদিংগী খুরুমজে। অসুম্না মুংতি মুমিৎ খুদিংগী নিংবনা চৎহি অহুম থা অহুম মুমিৎ হুম্নি শুজিল্লক্লবদা নোংমদি লুখ্রাবী মচাগী মমাংদা মূর্তি ওইনা বিশ্বকর্ম্মনা চোংথোরক্তুনা লেপ্লগা হায়রকই, "হে মুপা মচা, নঙনা ঐবু মুংতি মুমিৎ খুদিংগী হেক হেক খুরুমদুনা নিংবা অসিদা ঐ য়াম্না পেল্লে; অদুনা হৌজিক্তি ঐনা নঙগী অপাম্বদু পীরগে হায়দুনা লাক্লবনি। নঙনা অপাম্বা করিনো?" অসিগুম্বা অঙকপা লাইগী শক্তি অদু উবদা লুখ্রাবী মচানা, "ইবুংঙো, নহাক্তনি ঐনা শিংজরিবা" হায়রে। "ফরে অদু ওইরবদি নঙগী খুৎলায় শিংজং অমদি পাইজ অসিনা নঙনা হৈনিংবা পুম্নমক হৈবা ওইরসনু" হায়দুনা বর পীরম্লগা মাগী মমাঙদগী বিশ্বকর্ম্ম খুদক্তা মাঙখ্রে।

অসুম তৌনা বিশ্বকর্ম্মগী বর ফংলবদা লুখ্রাবী মচানা শিংজংগা পাইজগা খুৎলায় অনী অদু পায়দুনা লংফৈদা মমুম থাদোক্লমদুনা লাক্লে। অসুম

লাকপনা দেশ অমা য়োরে। চাদ-থক্তুনা লমশাং লাকপদা য়াম্না রারহুনা য়ুম থুংফম অমা থিরে। য়ুম-কৈ খরা মওং তাবা অমদা চঙহুনা মুমিং অহু চাক চাহুনা লৈথোক্লগে হায়না খল্লে। য়ুম অমদা চংশিনখিবদা লৈশাবী অমা লৈরম্বা থেংনরহুনা "হো ইবেম্মা, য়ুম অসিবু কনা কনা লৈবগে? করিগুম্বা অমত্তা হংজগে" হায়রবদা লৈশাবী অহুনা খুম্লকই, "করিগী ওই-রবনো তাদ? ঐখোয়গী বাজিদি নিংথৌগী দরবারদা কাখি, অহুগা ইমানা বাজারদা চংখি।" মহাক মথনতা লৈ হায়বা খঙলবদা লুখ্রাবী মচাহু মমায় লৈথোক্তুনা চংখিগদৌরে। মতৌ অহু উবদা লৈশাবী অহুনা মরম করিগীনো মঙোন্দা হায়বিরম্মু হায়রবদা, "ইবেম্মা অতৈগী নত্তে, লম্বী লমশাং লাকপদা য়াম্না ররে অহুদা চাক চরা অমত্তা চজগে তৌবনি। ঐ বিদেশ মচানি। অহুনা বাজিখোয় ইম্মাখোয় লৈত্রবদি চংলগে তৌবনি" হায়রকই। "এঃ! অহুগী ওইরবদি লেঙশিনবীরক্লো পাবুংসু ইমাসু হল্ল-ক্লগনি পোংথাবিয়ু ইঙনা" হায়বদগী লুখ্রাবী মচাহু চঙলক্তুনা পোংথারে। চাক্তি তাদনা অহুম্ হৌবিরো হায়হুনা লৈশাবীহুনা হায়বদগী লুখ্রাবী মচাহুনা, "ইবেম্মনা অহুম হৌবীরে: বেরা লৈজদে" হায়রে। লৈশাবী মচাহুনা প্রপ প্রপ হোৎনহুনা মৈ থাগৎতুনা চাক থোংবা হৌখ্রে। করিদা শোয়খিগদগে হায়বগী পাখৎখিবনা মশাহু হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলে, অহুগা চক্ষুহুসু পাক শোন্দ্রে। মহু লুখ্রাবী মচানা হিপ্পা হিপ্পা উরকই হৌগৎলক্তুনা "ইবেম্মা, শীং ওইনবা উ মতেক-মতাগা লৈত্রা?" হংবদা লৈশাবী অহুনা "তাদা ঐখোয়গী বাজিগী উশঙ অরাংথংবসিদা লৈবনি য়েংবিয়ু বাজিদি মিষ্ট্রি পুম্নমক্কী মকোক উরুং পুরেল মিষ্ট্রিনি অহুনা উগী অরাংপা লৈতে" হায়ববদা লুখ্রাবী মচাহু উশংদা প্রপ প্রপ চঙখিহুনা ফজরবা, নিংথিরবা হুমাই মখোক পানবা অমা শারে। মহু পুক্লগা চাক থোংলিবী মুপীমচা অহুদা পিহুনা হুমহনবদা মুপীমচাহু হুমাইহু উবদা পুমঙক ঙকখ্রে। মহুনা হুম্বদা হুমাং শৌবসু ফখ্রে। হুমাইহু অচম্বা হুমাই নত্তে হায়বসি খঙলে মরমদি হুমাই অহু খুৎনা অমুক হুমলুদ্রবসু মশা মতোমতা অহুম হুমহুনা

লৈবা জাৎলি। চাক ঈশিং লোইশিন্দুনা চাননবা তৌরিঙৈদা মমা হল্লকুনা পাউ তমলে, "ইমা, বিদেশ মচানি হায়দুনা মুপা অমা লাকই, পাবুংখোয় ইমাখোয় লৈরবা হংডি। করিগীনো হংবদা য়াম্না ররে চাক চরা অমতা চাজগে তৌবনি হায়। পাবুং, ইমা লৈতে হায়রবদা মমায় লৈদ্রনা হনখিগদবগী তৌই। অদুদা পাবুংসু, ইমাসু হল্লক্লগনি পোৎথাবিরো হায়দুনা খামদুনা লৈরিবসিনি। এনা চাক্তি তাদা হৌবিরো হায়বদা এবু হৌরো হায়দুনা হৌদুনা হোংনবদা এনা হুমাং শৌবদু উবদা পাবুংগী উশংদা চণ্ডদুনা হুমাই অসি শারগা পিদুনা হুম্বদা হুমাইসি অণ্ডকপা ওই।" য়াম্নসু ফজে হায়দুনা মমাদা য়েংহল্লে। তানজা অদুদা মপা উরুংপুরেনসু য়েৌরকুনা মুপা অসি কনানো হংবদা বিদেশ মচানি হায়দুনা মাগী ররী পুম্নমক তমদুনা হুমাই অদু য়েংহল্লে। হুমাইদু উবদা উরুংপুরেল অদু য়াম্না ঙকখ্রে মরমদি মানা নিংথৌগী মিষ্ট্রি পুম্নমক্কী মকোক ওইদুনা লৈরিবনি অদুবু ঙসি ফাওবা অসিগুম্বা ফজবা মতিক মগুন লৈবা হুমাই অমত্তা শাবা ঙমদ্রি। অদুনা মুপা অসি অচম্বা মুপাদি ওইরোই, মহাক অসি থাদোকখিবা চুমদ্রে মচানুপী পীরবদি মিষ্ট্রী অনী শুরে মাসু চাউরিবনি মমাক মুপা অদুনা অমুক হেন্না চাউরগনি হায়না খল্লে। মুংঙাইরদুনা চাক ঈশিং চামিন্নদুনা পোৎথানবা তৌরিঙৈদা উরুংপুরেন্না বিদেশ মুপা অদুদা হায়রকই, "ইবুংঙো এ মঙোন্দা দান অমা কৎচগে।" দান অদু লুখ্রাবী মচানা ফিগাও শানা য়াজগে হায়রবদা উরুংপুরেন্না মচানুপী অদু মঙোন্দা মুমিত্তুদগী দান ওইনা কৎলবনি হায়দুনা মচানুপী পীদুনা মমাক ওইনা লৈমিন্নরে।

অসুম তৌন লুখ্রাবী মচাদু মতম শাংনা ময়ুম পান্দুনা লৈরকলে। মতুম অমা শাননবা তৌরে, অদুবু অদুক কুইনা লৈরকপদু নোংমত্তা থবক অমতা শুদে। নোংমদি মকু উরুং পুরেন্না থবক খরা শুননবা হায়রুবদা মকুনবু থবক শূ হায়রবদি শূগে, নহান মখৈ থবক শূ হায়দবদুদা শূদবনি হায়রে। নোং ঙাল্লবদা লুখ্রাবী মচানা মখাই য়াওনা হায় মুপী, ঙসিদি

চাকওন চাহুনা উমংদা চৎলুগে, চাক ওম্না থোংউ হায়দুনা চাকওন থোংহুনা চারগা শিংজং পাইজা অনী পুহুনা চৎখ্রে। অস্থুম লাকপনা উমং মস্থুংদা চঙশিল্লক্লে। উমং য়োরবদা মহাক্না হো উ, উ হায়না লাউনা কৌরকপদা উ কনা অমত্তা খুম্লক্করে। অমুক্না কৌবদা উনিংথৌ অমনা খুম্লক্তুনা উনরে। উনরবদা হায়রে, "ইতাও নওবুনি ঐনা থিরক্লিবসি, ঙসিদি নঙ য়ানবা তারে অহুগা কাংথোন ওইনা শাইয়োল্লসি।" অস্থুম্না ম্মারহুনা উ অহু য়াল্লে। লুখ্রাবী মচানা ফজনা শাদোক থোংত্তোক্তুনা উহুনা কাংথোন ফজব্রবা অমা চল্লে। কাংথোনসি মরোল থোকই, কাংথোন্দুদা য়েক্লিবা শা উচেক পুম্নমক অহুস্থু লোইনা মরোল থোকই। কাংথোনহু মখোঙনা মীগুম্না চৎমিন্নৈ ৱা ঙাঙনবস্থু য়াই। অস্থুম লাকপনা য়ুম য়োরে। ময়ুম য়োরবদা মাংগোন্দা কাথৎনবা হায়রে। মপান্দা ঙাঙনরিবহুদি মী অনী লোয়নরকপা মাল্লি। অহুবু থোঙ হাংদোক্তুনা চৎলকপদি মথনতা চঙলকই। অতোপ্পা অমহুদি কদায় হায়না মাগী মুপীনা হংবদা মাঙ্গোল কাচিন্দা লৈহৌবনি হায়না খুমলে। চৎমিন্নরকপা য়াদ্রা হায়বদা মাগা লাকমিন্নবহু মী নত্তে কাংথোন্নি হায়রে। খুদক্তা মপান থোক্তুনা য়েংবদা ফজরবা কাংথোল অমা ওইরম্লে। কাংথোন্দুগী মতিক মগুন উবদা ঙক্তুনা মপাবুংদা তম্লে, "পাবুং, কাংথোন অমা চল্লকই, মহু মরোল থোকই।" মপাবুংহু হরাওরহুনা অহল-লমন খোমলে য়েংহন্নবা। কাংথোন্দু মীয়াম খঙহনগে হায়দুনা মকুবোক্তুনা পুরক্তবা য়াদে লৈকায়দা য়েংহনগে হায়বদা য়ারহুনা চাক খরা চারগা কাংথোনহু পুহুনা লাক্লে। কাংথোন্দু মখোঙনা অহুম চৎলি। অস্থুম লাকতুনা মীয়াম্না লৈরিবা থাউমৈ মৈঙান্দা লৈয়ু হায়দুনা লৈহল্লে।

মীয়াম পুম্নমক কাংথোন্দু য়েংবদা ঙকপদি লায়রহুনা অকিবা অমহুম য়াওরে। মীয়াম্না ঙাঙনরকই মরোলস্থু থোকপা। মসিদা য়েক্লিবা শা উচেক ফাওবা মরোল থোকপ। অসিনদি অচম্বা কাংথোল ওইররোই। অহুনা অচম্বা মীনদি মসিদা হিপ্পা ঙম্বা নত্তেদা হায়না মীয়াম্না খন্নৈ।

মীয়াম্না কন্না মসিগী কাংথোন্নসি বাজারদা য়েনথোকলুরো হায়বদগী মকু উরুংপুরেন্নসু বাজারদা য়োল্লুনবা ম্নাথং তৌরে।

মকুগী য়াথং ফংলবদা কাংথোন্দু য়োনবা লাক্লে। বাজার য়ৌরবদা মহাজন অমনা লৈরগে হায়রে ; মমল্ল কয়ানো হংবদা মমল নাইদে হায়-বদগী লৈবা ঙমদহুনা লৈরে। অসুম তৌনা মহাজন ইনাকখুন্নবা শেনজাও পায়বা কয়ানা লৈগে হায়রবদা মমল নাইদে হায়বদগী লৈবা ঙমহনা কাংথোনসি লৈবীদনা য়াক্লুনা বাজারদা লৈরে। বজার অহুদা মীয়াম্না ওমশিন্দুনা কাংথোন্দু য়েংনরিঙৈদা মুরালী অমা লাক্লুনা য়েংলগা মসিদি নিংথৌদনা লৈগদবনি হায়রম্লগা কন্না চেনখ্রগা নিংথৌদা সভা মমাঙদা হঙ্গৎলরে। কাংথোনগী মতিক মগুন পুম্নমক তমলবদা থাজদহুনা খন্ন-রিঙৈদা উরুংপুরেন্নসু মমাক অহুগী রারী হুমাই, কাংথোনগী মতিক মগুন্দু হন্না থাগৎলরে। কাংথোন্দুবুসু কোন্নুংদা পুরক্ন্‌বা য়াথং তৌরবদা থাজরহুনা নিংথৌনসু লৈনিংবা পোক্লে। মুরালিনা লাতুনা কাংথোনহু কোন্নুংদা পুরক্নবা পাউ পিররে। নিংথৌগী য়াথং ফংলবদা লুখ্রাবী মচানা কাংথোন্দু পুহুনা লাক্লে। কাংথোন্দু উবদা মীয়াম অঙম-অথৌ নিংথৌ-নচিংবা পুম্নমক্না তুজুং মানজুংনবা পোকই। নিংথৌনা মমল কয়া লৌগনি হায়না হংবদা মসিগী মমল নাইদে চুম্নতা অহিং অমা হিপ্পবদা ফাওবা মমল নাইদে হায়হুনা লুখ্রাবী মচানা হায়রকই। নিংথৌনা অহু ওইরবদি ঙসি অহিং অসিমা কাংথোনগী পরিচয় য়েংলগা হয়েং নোংঙাল্লগা কাংথোনগী মমল পীরগে হায়বদা য়ানহুনা লুখ্রাবী মচাহু ময়ুমদা হল্লক্লে।

মকু ইবুংঙো উরুংপুরেনসু মমাক অহুগা পুন্না লাকমিন্নহুনা লম্বীদা হায়রকই, "মমল্ল শুক লৌনি হায়বা য়াদ্রা ? নিংথৌ হায়বসিদি পীনিংলগা হেক পীবা. পীনিংদ্রগা তোকপসু য়ারিবা পোৎনি।" অহুবু লাইনা তম্বা হায়বহুনি হায়হুনা মুমিদাং অহু চাক ঈশিং চাহুনা হয়েংগীদমক্তা খনহুনা পোৎথানখ্রে।

সোমদদি নিংথৌ অহুনা কাংথোনগী পরিচয় য়েংগনি হায়হুনা কোন্নুংদা লৈরিবা মহারানীনচিংবা মনাই-মশন শস্ত্রীনচিংবা লোইনমক ঙমনা ঙন্না

ঙন্না তূমহনথ্রবা মতুংদা কাংথোন অতুদা তূম্বদি তূমদনা মমিৎ উইশিনহুনা অতূম্বা শানা তুমিন্না কাংথোনগী মতিক মগুন কূপ্না য়েংহনা লৈরে।

মীচিক মীরাউখোন তাদ্রবা অথেংবা অহিংদা কাংথোন মখোঙ মরি অহু ৱারী শানরকই, "ইতাউ, ঐখোয় মরিবু কমদৌসিগে? নিংথৌ অসিবু চেপথ্রবা জাৎলা?" অমনা খুমলকই, "ইতাউ চেপথ্রবা জাৎনি, করিগুম্বা খোনজেন অমতা তাদ্রে।" অমনা, "ইতাউ ঐ নিংথৌ অসি করম্বা নিংথৌনো হি য়াই চেনবা নিংথৌরা য়েংগে।" মসি হায়রগা খুয়াগী য়েৎথংবা কাংথোন মখোঙহু মতাউ অহুমদা শিন্নরম্লগা মপান থোকখ্রে। নোংপোক্তা থোকখিবদা লংলবা মনি অহুমখক লৈরম্বা থেংনরে; মহু মহু ফাগে তৌবদা ঈশিংনা চোন্না লৈবা থাঙ্গপাৎ অহুদা ফন ফন চোংথখ্রে। প্রপ প্রপ চঙলক্তুনা অতৈশিংহুদা "ইতাউ নিংথৌ অসি অচম্বা নিংথৌদি নত্তে হি য়াই চেনবা নিংথৌনি; ঐনা মমাঙলোম্নদা থোক্তুনা য়েংবদা লংলবা মনি অহুম ঙানহুনা লৈরম্মী। মহু ফাগে তৌবদা থাঙ্গপাৎ অমা লৈরিবহুদা ফন ফন চোংথখ্রে মসি শিংতোক্লবদি শোয়দনা মন অহুম ফংগনি" হায়রে। ৱারী অহু তাবদা নিংথৌহু শ্বায় লাওই।

মথংদা অমুক খুয়াগী ওয় থংবা মখোঙ অহুনা মতাউ অহুমদা শিন্ন-রম্লগা নোংচুপলোমদা অমুম থোকতুনা য়েংবদা চাউরবা খেংনাং অনী হৌবা উরে। উহুগী মতেন্দা কাক মতৈ মনাও ৱারী শানৈ। কাক লাবহুনা হায়, "হায় নুপী, হয়েংদি ঐখোয়গী নিংথৌ অসি শিরনি।" অহুদগী মখোঙহু মনিংথংবা বাজারদা অমুক থোকতুনা য়েংবদা কৈথেল মচি অমদা লাইরেম্বী অমনা কপ্পা তাবদগী প্রপ প্রপ চঙশিনহুনা তান্নহুনা ফারে, করিগী কপ্লিবনো হংবদা লাইরেম্বীনা নিংথৌ শিরগনি নিংথৌ পানজ্রবদি লৈবাক প্রজা ৱারগনি কৈথেলম্বু মুৎলগনি মহুগীদমক্তা রাহুনা কপ্পনি হায়রে। করম তৌরগা কনগনি হংবদা লাইরেম্বীনা হয়েং নোং হেক ঙানবগা নিংথৌগী শুমাংদা ফিজং তরেৎ খল্লগা মহুগী অকোয়বদা শন্ত্রী ময়ামনা কোয়না লেপলগা অথৌবা খুংলায় অম্মম পায়রগা ঙাক্কদবনি

অদুগা মতমদুদা নিংথৌগী খুদোন খুরুম অদুদগী থোরকপা কাল কৌবা লিললা থোরকতুনা নিংথৌগী খেঙদা চিক্লগা শিগদৌরিবনি। অদুনা হান্না পুথোক্লুনা ফিজং তরেৎ খল্লিবা শন্ত্রীনা কোয়না ঙক্লিবা অদুগী মনুংদা খুরুমদু থমগদবনি। মদুদগী কাল কৌবা লিনদু চেনথোরকপদা ময়াম্না হাংহৌগদবনি, অদুম তৌরবদি নিংথৌ অদু যুগ অদুম পুনশিগনি হায়রে। হায়রিবা রাসি লোইবগা কাংথেন মখেঙদু চঙলক্লুনা মতাউ অদুমদা রারীশিং অদু শারে। মদুসু নিংথৌনা অমত্তা চিৎথদনা লোইনা তাহৌরে।

মথংদা অমুক লুখুম থংবা কাংথোন মখেঙ অমনা মপাল থোক্লে। অসুম চৎখিবনা দেশ অমদা থুংলুরে। দেশ অদু লোক্লা হায়বা হিংচাবা অমনা চাশিললকপদা দেশ অদুগী মী ভাকশিলল ক্ল। মমৈথংদা হিংচাবদুগী চাকথাক নেংমা নেংমগী পালি পুনরে। চাকথাক্তি ইরোই শনবী অমা চাক কাংপোৎ অমা, মী অমা মসি নুমিং খুদিংগী চাথ্রবনি। নুমিৎ অদুদদি ব্রাহ্মন অমগী পালিনি। মচা অমগা ব্রাহ্মন মতৈ মনাওগদা লৈ। অদুদা মখোয় অদুম অদুগী মনুংদগী মচানা হায় মহাক চৎলুগে, মপানা হায় মা চৎকে অসুম্না ঙাংনবদা ইমুংদু ঙুং ঙুং ঙংনা নিল্লম্মী। মতমদুদা কাংথোন মখোঙ অদুনা চঙশিনখিদুনা থেঙদু হাংদোকলুরে। থোঙ হাংদোক্লকপা অদুদা পাখৎলে। মদু উবদা "পাখৎকনু ঐ নখোয়না ঙাঙনরিবা অদু মেন তাদ্রদুনা চঙলকপান" হায়বদা ইংথনরদুনা হিংচাবগী পালিগী রারী অসি লিরে। মা চৎলুগে হায়দুনা হিংচাবনা চাগদবা চাক কাংপোৎ অমা ইরোই শনবী অমা অদু পুনবা কাংথোন মখেঙদু মী ওন্দুনা চংথ্রে। হিংচাবগী লৈফম য়োরে। চাউরবা ফুরা অমা লৈ, থোঙদু হাংদোক্লুনা চঙলগা মনুংদুদা চাকতু চাদুনা লৈরে। য়োৎকী পৌরোন্নি। ইরাইদুদি থেঙদুদা চঙবা চন্দ্রদুনা থাদোকথ্রে। মতমদুদা হিংচাবা অদু আকাশতগী ঙুং ঙুং ঙংলদুনা পাইথরক্লে। প্রপ প্রপ চঙলক্লুনা থোঙ নমদুনা য়েংবদা মুপা অমা মনুংদা লৈদুনা মানা চান্নবা চাক অদু চারে হায়বা খঙলদুনা

শাউরদুনা থোঙ হাংদোকউ হায়রে। কাংথোন মখোঙনা হায়রকই, "চাক কাংপোৎ অমা ইরোই শনবী অমগা চাবা ঙম্বা নঙন্না করিগী থোঙ নমখায়দুনা চঙলকপা ঙমদবগে?" অদুদগীদি থোঙদু নমখায়দুনা হিংচাবদু চঙলক্লে। মমুংদা হিংচাবগা মখোয় অনী খৎনরে। খৎনবদা ফুরাদু কায়রে। য়ামা কুইনা ফুনরবদা মখোয় অনী অমনা অমবু হেনজিন্নবা য়ানত্রবদা কাংথোন মখোঙনা লৌশিং তৌদুনা মী ওইরম্বদু কাংথোন মখোঙ ওন্থোক্লুনা কাংথোন মখোঙনা থা থাদুনা হিংচাবদুবু ফুরে। হিংচাবদু উপায় লৈত্রবদা মমৈথংদা অদুম শিরে। থেঙথ্রে নোং ঙানবনা হাল্লগনি খন্দুনা খুদক্কা লাক্লগা ব্রাহ্মনগী ময়ুমদা লাউদুনা হায়রকই, "হো ব্রাহ্মন, হিংচাবদু শিহৌরবনি নোং ঙাল্লগা মৈ থাগেরা, ফম্নগেরা নখোয়না থোকপা তৌহৌরো।" অদুদগীদি হনজিল্লক্লুনা কাংথোন্দা লৈরে। মতাও অদুম অদুদা ৱারী পুম্নমক তম্বদগী নিংথৌদু লোন্না তাহৌরে।

মথংদা কাংথোন মখোঙ লুপুমলোমগীদু অমুক থোকখ্রে। মথারোমদা চংখিদুনা দেশ অমদগী দেশ অমা য়ৌরক্লে। দেশ অদু নোং তাদবদগী মী পুম্নমক রানদুনা অশি-তনা য়াম্না য়াওরে, উপাল-ৱাপাল, নাপী শিংবী লোইনা কংশিল্লক্লে। অদুনা দেশ অদুদা লৈবা মীয়াম পুম্নমক্না মশাদা মফি থোংদনা অহিং অদুদা নোং তারো, নোং তাদবা য়াদে হায়দুনা থিনবা চোংবা তৌদুনা লৈবদু উরুরে। মখোঙদু প্রপ প্রপ হল্লক্লুনা মানা উরুরিবা অদু তমদুনা মখোয় মরি ৱারী শান্নে পুম্নমক নিংথৌনা লোইনা তাহৌরে। নিংথৌনা শোম্নদ্রে কাংথোন অসি অহিং অমা তুম্বদা মমম নাইদে হায়বদো চুম্মি খল্লে।

মতম অদুদা নিংথৌদা ৱারী পুম্নমক অসি করম্না হায়সিগে হায়বদো মখোয় মরিনা খন্নরে। নিংথৌ অসিগী মমঙদা মঙফাওনহল্লসি হায়দুনা নিত্রা কৌবী লাইরেম্বী থাজিল্লক্লুনা নিংথৌদু খুদক্কা তুমথখ্রে। নিংথৌগী মঙদা ঙসাই মথৈ তাখিবা কাংথোন মখোঙগী ৱারীদু লোইনা চিৎথদনা মমঙদা উহন্দুনা খঙহল্লে। নোং ঙাল্লবদা নিংথৌনা মনাই মশন ময়ামদা

হায়ত্তুনা ফিজং তরেৎ খন্দুনা শন্ত্রী ময়াম ঙাক শেল্লবা মতুংদা নিংথৌগী খুদোন খুরুমত্থু পুথোক্তুনা হৈদোকপদগী লিনত্থু চেনথোরকপদা চৈনা কন্দুনা হাৎতোক্লে। যুগ অহুম পুন্সিবা তারে নিংথৌ, থাঙ্গপাৎতু শিৎতুনা মনি অহুমস্থু খুল্লে।

লুখ্রাবী মচা অত্থু কোন্নুংদা কারক্লে। নিংথৌনা হায়রে, "মুপা নঙনা কাংথোলগী মমল নাইদে হায়বত্থু চুম্লে।" দক্ষিনা কৎলগে হায়ত্তুনা মচান্নুপী রাজকন্যা অত্থু পুথাত্তুনা পীরে। উরুংপুরেনগী মচান্নুপীগা নুপী অনী লৌত্থুনা মুংঙাইনা লৈখ্রে। মমা লুখ্রাবী অত্থুবুস্থু কৌখংতুনা কোন্নুংদা মুংঙাই য়াইফনা পাল্লে লুখ্রাবী মচা অত্থু। □

# ১২ ঃ মন্ত্রী মচাগা নিংথৌ মচাগা মহৈ তম্বা

নিংথৌ মচা অমগা মন্ত্রী মচা অমগা মহৈ তম্বা চৎলি। মখোয়না অস্থুম লাকপদা লম্বী অনী লোঙবা মফম অমদা অচৌবা খোঙনাং পাম্বী অমা হৌরম্মী। মফম অত্থুদা মখোয়না তুলসি পাম্বী অনী থারম্মী অমনা মন্ত্রী মচাগী নি অমনা নিংথৌ মচাগীনি। মখোয় অনীনা তুলসি অনী অত্থু মখোয়গী অরা-অনা চিংবা খঙননবা খুদম ওইনা থারম্মী। তুলসি অসিনা মনা খুইথরবদি খুইথরিবা তুলসি পাম্বী অত্থুগী মপুত্থু মন্ত্রীমচা নত্রগা নিংথৌমচাত্থু খুদোংথীবা, অরা-অনা নংলে খঙনসি হায়রগা মখোয় অনীমক চৎনখ্রে। নোংচুপ থংবা লম্বী অত্থুদা যুবরাজত্থু অস্থুম লাকপনা মুমিৎ তাখিত্থুনা য়ুম অমদা চঙলক্লে। য়ুম অত্থুদা চঙলকপদদি মী অমত্তা থেংনদ্রে। অত্থুগা লৈবাক অত্থুগী কোন্নুং মন্নুংদস্থু মী অমত্তা লৈতে। কোন্নুংগী মনাক্তা ক্যামলৈ পাম্বী অমা হৌরম্মী। ক্যামলৈ পাম্বী অত্থুগী মতোন্দা য়োংনাউ অমা য়োংলিনা পুন্দুনা লৈ। অত্থুগা ক্যামলৈ পাম্বী

অহুগী মখোঙদা পুখ্রি অমীথক লৈরম্মী। পুখ্রি অমনা থম্না থম্বাল হৌরম্মী। পুখ্রি অমনা শঙ্গোম অনৌবগী ঈশিংনা থল্লি। যুবরাজঅদা উ মথক্তগী য়োংনাউ অহু লৌথরকরগ, থম্না থম্বাল হৌবা পুখ্রি অহুদা পুথহুনা মমিং মমায় তাহনবদা মশক মতৌ ফজরবী রাজকন্যা অমা ভুক্লে। মহু উবদা নিংথৌ মচাহুনা ঙক্লহুনা হংলম্মী, "ইবেম্মা ন্তৌরিবা থৌদৌ অসি করিনো ?" রাজকন্যানা হায়রম্মী, "ইবুংঙো লৈবাক অসিগী মী পুম্নমক হিংচাবীনা লোয়নমক চাথ্রবনি। ঐদংদি মাগী চাক খোঙনক্বা থাক্তুনা থম্বীরে। পুখ্রি অসিদা চুপ লুপ্নদা মী হেক্তা ওল্লি, অহুগা শঙ্গোম অনৌবগী পুখ্রি অসিদা হেক লুপ্নদা য়োং হেক্তা ওল্লি। অহুগা উ মত্তোন অসিদা য়োংলিনা পুনহুনা থম্নমলিবসিনি।" অস্থুম্না রারী তৌরে।

নিংথৌ মচানা রারীসি তারগা ফরে' হোরেন হিংচাবী অহু লাক্লগা মী ওলহনবা মতমদা কপ্পহায়না ইনশিল্লে। করিগী কপ্লিবনো হংলগা ইবেন্দি কোয়না চৎপনিনা শিবা-নাবা তম্বা ঙমদে, করিগুম্বা ইবেম্না কোক হেক শিদোক্লো অহু ওইরবদি ঐদি উথক্তা অহুম কংহুনা শিজবা তারে অহুনা ইবেনগী অশেংবা শক্তমহু ঐঙোন্দসু খঙহনবীরো হায়না কম্না তক-শিল্লু হায়না তাকপীরগা শঙ্গোম অনৌবগী পুখ্রিদা অমুক লুপশিনবদা হান্নগী য়োংহু শুনহুনা উত্তোন্দা পুনশিনহুনা থমথ্রগা নিংথৌ মচা অহু লোৎহুনা লৈখ্রে।

ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা হিংচাবী অহু ঙংহুনা পাইক্লগা য়োংহু পুথরক্লগা মী ওনবা পুখ্রিদা লুপশিনহুনা কৈন্থা ওল্লে। হিংচাবী অহুনা মীশা চানিংঙি, মীহু নম্মী হায়রকপদা কৈন্থানা হায়রকই, 'ইবেন মী কনা অমতা লৈতে, ইবেম্না চাগে হায়রগা ঐবুসু চাথোকপীরো ; ইবেন লৈত্রগা ইত্তোমতা লৈহৌবসে য়াম্না মুংঙাইত্রে।" য়াম্না মুংশিনা কচ্চদগী হিংচাবীনা হায়রকই, "ইশুবুদি চারোই চারোই করিগী চাদৌরিবা ? চারোই চারোই নঙবুদি।" অহু ফাওবদা য়াম্না কপলে। মহুদা হিংচাবীনা করিগী অহুক মুংঙাইতনা কপলিবনো হংবদা কৈন্থানা হায়রকই, "ইবেম

নঙদি কোয়না চৎপা মরমনা কন্নিঙম্বা লম্বী লমথাদা শিবা-নারা থোক্নবদি নত্ত ঐদি উভোন্দা অহুম কংশিন্নহনা শিরা তারে। অহুনা ইবেনগী অপেংবা নশক অহু ঐবুস্থু থন্না খণ্ডহন্নবিয়ু।" মহুদা হিংচাবীনা "শিরোই শিরোই ইবেনদি মীনা হাৎপা ওম্বা জাং নত্তে ইবেম্ন। শিগাদব হায়ববু সে সে আদকী যাত্রা মতোন্দা য়াল্লিবা লিরুং অশিনা হেক তেকলবা অহুগা তুম্বা অমা লৈরিবসি হেক কায়রবা অহু ওইব্নবদি ইবেন শিরবনি হায়বসি খণ্ডু। অহুনা ইবেনবু কৈদৌউদস্মু কনানম্ব শিংনবা ওমলোই। "অহুনা মসি কনাদস্মু তাকথোক্লোইদবনি হায়হুনা শিন্নবুগা কৈন্দা অহুবু য়োং অমুক ওলহন্দুনা উতোন্দা থনম্লগা অমুক পাইথ্রে।

হিংচাবী অহুনা চংথ্রবদা নিংথৌ মচা অহু প্রপ প্রপ কাখৎহুনা উহোন্দগী য়োংনাউ অহুবু লৌথকার হায়রগা মী ওনবা পুথ্রিদা চুপ লুপ-শিন্দুনা কৈন্দা অমুক ওলহল্লে। রারী পুম্নমক তম্বহুনা হিংচাবীহুনা শিগাদবা থবক্তু পায়খংলে। খুদক্কা চংতুনা যাত্রা মতোন্দা য়াল্লিবা লীরুং অহু লৌথহুনা থুদেকে তৌরিউদা হিংচাবীহু তুজুং-মানজুং তৌহুনা হেক পাইরকই। লীরুং অহু মখুদা থোঙহুনা নিংথৌ মচানা হেক থুদেকই। হিংচাবী অহু মখ্রাং তেক্তুনা থরো থরো ওনশিল্লকই। তুম্বা অমুক লৌথহুনা লৈমায়দা বোপ লাউনা থাদহুনা থুগায়বদা হিংচাবী অহু শিরে।

হিংচাবী অহু শিরবদা নিংথৌ মচাগা কৈন্যা অহুগা থন্নহুনা পুথ্রি অনী অহুদগী সনাবুন অমগা পুন অমগদা ঈশিং থরা থরা শোক্নকুনা পুনক্নগা ওসাইগী লম্বী অনী লোঙবা থোংনাং মখোঙদা থারম্বা মন্ত্রী মচাগী তুলশি অহু য়েংবদা থন্না খুইথরপ লৈরমহুনা মতাউহু কুরি তৌরবা জাৎনো য়েংগে হায়হুনা থোজনল লীরক্লে।

নিংথৌমচা মতাউনা নোংপোকলোমদা অস্থুম চৎলকপদা হুরানবা অনীনা কামহুহ অমা মুন্নহুনা লৈরম্মী। মহু উথদা থামদোক্তুনা হায়রে। "মরূপ মহাশয় অনী, মহুগী দমক্তা মখোয় অনী থংনবসে য়াম্না রানরনি। অহুনা নখোয় অনীমক মুন্নরিবহু তোক্লো। ঐনা পোং অহু নখোয়দা

হুল্লকপদা মহু অঙম্বা শক্তি পুথোক্তুনা লাকনৌ। অঙম্বনা লাকপা ঙম্দবনা তোক্লসনু।" মসিদা য়ারহনা মন্ত্রী মচানা কামহুহাহু লংগদোৌবগী থৌরাং তৌরে। ঙসাইগী কামহুহাহুগী মৃহুৎতা লৈতুম অমা হুনখিবদা হুরানবা অনীহু মহৈ মহৈ কন্না চেনশিন্নহনা লাকনগদৌবগী কম্মা হোৎনরিঙৈদা মন্ত্রী মচানা কামহুহা হায়বা থোকহন্নিংবদা থোকহনবা য়াবা য়াইওইবা খুজাইহু পুরগা চৎখ্রে।

অসুম লাকপনা দেশ অহুগী রাজকন্যা অমগী লুহোংবগী ৱারী অমা শেংনা তারে। ৱারীদি রাজকন্যা অহুনা অপাম্বা পোৎ পীয়ু হায়বা মখৈ পীবা ঙম্বা মুপা অহুদা কৈন্যা অসি লৈগনি অসিনি। মৃহু তাবদা মন্ত্রী মচা অহুনা মরাইবক য়েংলগে খন্দুনা কোন্নুংদা চঙলক্তুনা রাজকন্যা অহুদা মহাকসু অপাম্বা পোৎ পীবা ঙমবরা য়েংজগে হায়বদা য়ারে। অহানবদা সনাগী লৈহাও অহুম পীয়ু হায়বদা মহু পীরে। অসুম তৌনা মুমিৎ মরিনি শুজিল্লক্লে নোংমৃতা ঙাইরে মন্ত্রীমচাগী চাংয়েংহু লেইগদবা। অহুনা রাজকন্যা অহুনা মহাক হৈশিংবা মন্ত্রীমচা অসিদা শোয়দনা লৈবা তারে খল্লহনা মনাই খরা থারগা মন্ত্রী মচা অহুবু ইরুজম্নিরুসি, চিংহি শম্বাল লাংম্নিরুসি হায়হনা হোৎহল্লুরে। মন্ত্রী মচা অহুসু হরাওরহনা লাক্লে; রাজকন্যা অহুগা ইরুজম্নিরে। শোমদা ইরুজহনা লৈরিঙৈদা মন্ত্রী মৃচাগী থোকউ হায়বদা থোকহনবা য়াবা কামহুহা হুহনা পুরক্লগা রাজকন্যাগী মফমদা শিন্নরে। নোং ঙাল্লবদা রাজকন্যানা সনাগী লৈহাও অহুমদগা পীবীয়ু হায়রকপদদি মন্ত্রী মচাহু কামহুহা থিবা খঙদ্রবদগী সনাগী লৈহাও অহু পীবা ঙমদ্রে। মুমিৎ অহুদগী হৌনা মন্ত্রী মচা অহু মরু কোক্লে; মুমিৎ মরিনিরোম রাজ কন্যানা অপাম্বা পীবা ঙম্লম্মী হায়হনা ইরুজনবা ঈশিংদমক হোনবা মীনাই ওইহনা লৈরে। অতৈ পূম্নমক্তি খোঙ হাম্নবগী ঈশিং হোনব মীনাই ওইনৈ।

মতম অসিদা নিংথৌ মচাহু চঙলক্তুনা কোন্নুংগী থেঙান্দা লেপতুনা অসুম য়েংবদা মন্ত্রী মচা অহু মরু কোক্লগা ঈশিং হোল্লম্বা অহু থেংনরে।

মানা হায়রকই, "মহাশয়, নঙগী ঈশিংগা ঐগী ঈশিংগা লুবা তান্নসি হায়রুবদা মীনাই ময়ামহুনা য়াম্না শাউরে। মখোয়গীনা হেল্লি হেল্লি হায়রে।" অমুক ঈশিং হোনবা লাকপদসু হায়রে, "মহাশয় নখোয়গী ঈশিংগা ঐগী ঈশিংগা লুবা তান্নসি।" ময়ামহু তান্নসি হায়রে। মহুদা নিংথৌ মচা অহুনা চৈ মতেক অমা মাগী য়েং ওনবা ঈশিং অহুদা লুপশিল্লে, চৈহু মীনাইশিংগী পুনদা অমুক লুপশিন্দুনা য়েংলে অহুগা মীনাই অহু চৎখ্রে। য়েং ওনবা ঈশিং অহুগা শমুখ্রবনিনা হোরেন রাজকন্যানা খোঙ হাম্বা, ইরুজবদা শোয়দনা য়েং ওল্লগনি খঙলহুনা হরাওরে।

ঙাইহাক লৈরগা নিংথৌগী মচানুপী রাজকন্যা অহু য়েং ওললে হায়না মীয়াম পূম্নমক পুম্নাং লাংঙি। মী খরনা পেল্লদা শোন্নৈ খরনা ওন্থোকপনি শোন্নৈ। তশেংনমক য়েং ওন্দুনা লৈরে। মহুদা মপা নিংথৌনা মীয়ামদা য়াম্না নুংঙাইতনা "কনাগুম্বা অহৈবনা ঐগী ইচানুপী অসিনা য়েং ওল্লিবসি ফহন্দুনা মী অমুক ওল্লহনবা ঙম্বা মুপা অহুদা ইচা অসি দান কৎকনি" হায়না লাউথোক্লে। মহু তাবদা নিংথৌ মচা অহু কোন্নুংদা চঙলক্লুনা লাইবক য়েংগে হায়রুরে। য়েংহু ময়াম চংহুনা তান্নরগা ফারগা নিংথৌ মচানা পুবকপা মী ওনবা ঈশিং অহু খরা মশাদা মন্ত্র শোন্দুনা চাইশিনবদা মী অমুক ওল্লে। মহুদা মীয়াম্না হরাওনরে, রাজকন্যা অহু হন্দক্তি মী অমুক ওল্লে মী অমুক ওল্লে হায়হুনা হরাওনরে। মী ওলহনবগীদমক্তা নিংথৌ মচা অহুদা রাজকন্যা অহু দান কৎতুনা লুহোংলগে হায়রকপদা নিংথৌ মচানা হায়রে "ইনিংথৌ, ঐ করিগুম্বা অমতা হঙ্গৎচগে য়াবিয়ু।" মহুদা নিংথৌনা করিনো হংলকই। নিংথৌ মচানা, "ইনিংথৌ নচানুপী রাজকন্যা অসি মরু কোকপা ঈশিং হোনবা অসিদা পীবীয়ু" হায়জরে। মন্ত্রী মচা অহুনা মরুপতু নিংথৌ মচানি খঙলহুনা হরাওরে। অহুগা নিংথৌনা "ফরে নঙনবু য়ারবদি" হায়হুনা রাজকন্যাহু মন্ত্রী মচা মরু কোকপা অহুদা লুহোংহুনা পীবীখি। মতৌ অসুম্না মন্ত্রী মচা অমদি নিংথৌ মচা মরুপ অনীহু রাজকন্যা অমমম ফংহুনা মরৈবাক্তা হল্লক্লুনা নুংঙাইনা পানখি। □

## ১৩ ঃ ভেমাংকোর নিংথৌগী মচা মহংকোর

থায়না মমাংঙৈদা ভেমাংকোর কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্কী মচান্নুপা রাজকুমার অমা লৈ মমিং মহংকোর কৌই। মহংকোর অসি মহৈ-মশিং তমদুনা লাইরিক-লাইশু য়াম্না হৈরে। নিংথৌ ভেমাংকোরনা মচান্নুপা অসি ময়ুম্ পানবগী মতম চারে খন্দুনা অফবা নুপী অমা হায়দুনা মহংকোরবু লুহোংবিরে। লুহোংলবা মতুংদা মহংকোর অসি মহৈগী লমদা করিগুম্বা খরা থিন্নবগীদমক্তা মাগী নুপী হুন্দোক্লম্লগা বিদেশতা চৎখ্রে।

ভেমাংকোর অহন ওইবগী হৌনবা নোংমা নোংমগী অস্নুম অস্নুম শোনজিল্লক্লে। মপুরোইবা দেশতা চংখ্রিঙৈদা মহংকোরগী নুপী রাজকন্যা অদুস্থ অতোপ্পা মরা অমা ঙাংনদুনা লৈরে। মকু নিংথৌ ভেমাংকোর অদু শোনবনা চৎপ-খোৎপা ঙমশিল্লক্তরে। মতম অদুদা মমৌনুপীদা কৌশিন্দুনা হায়রকই, "ইচান্নুপা মহংকোর অমুক্তা কৌথোকনবা পাউ থাখো। ঐ শিগদৌরে. অদুনা লন-থুমগী মঃমদা রারী শাদুনা লোইনা শিন্নরমগে।"

অদুবু মমৌ অদুনদি হোয় পাউ থাখিগে হায়নদি মচিন্দা পল্লি. পাউদি খক থাখিদে অদুনা মহংকোর অদু লাক্তরে। মমৈথংদা ভেমাংকোর নিংথৌ শিগদৌরে। মতমদুদা মমৌ রাজকুমারী অদুনা মচান্নুপা মহংকোর শাশিন্নদুনা হায়রকই, "পাবুং নচা লাক্লে পুন্নমক তাকপীরম্লো।" ভেমাংকোরনা হায়রে. "ইবুংঙো ইপাদি শিগদৌরে, অদুনা ইপা রা হায়গে তারো। ইপাগী লিক্লাই য়ুম্বী যাত্রা মখোঙদা কামদুহা অমা ফুমদুনা লৈবনি মদু নঙনা উপায় লৈরকত্রবা মঃমদা ধুপ থাউমৈ, পানা তাঙ্গা কৎতুনা নথ্বাই চঙনা খুরুমজরবদি নঙনা অপাম্বদু ফংগনি।" মতুংদা নিংথৌ ভেমাংকোর শিরে।

ভেমাংকোর নিংথৌনা শিরবা মতুংদা মমৌনুপী রাজকন্যা অদুনা নিংথৌগী সনথোংদা ফুরা অমা শাদুনা অতোপ্পা মরা অদুগা হেক হেক

উনহুনা ৱারী শাই। ফুরা অদুগী মনুংদা চান্নবা অচা অথক পৈহনা মুম্বিৎ খুদিংগী থম্মি। মুংদাং মুংদাংদা ফুরা অদুগী মমুংদা চঙশিন্দুনা মৱা অদুগা চামিন থকমিন্নহুনা হেক হেক তুমিন্নহুনা লৈথোকই। অসুম লৈরকপনা কোমুং অদু নোংম নোংমগী শেমজিন-শাজিনবীবা তৌব্রবহুদদি মচি মচি কিনথবা হৌরক্লে। অসুম্না চহি অনী অহুম হৌখ্রে।

মতম খরা লৈরগা মহংকোর দেশতগী ময়ুমদা হল্লক্লে। অসুম লাকপদা মুমিৎ তাপ্রহুনা ময়ুম কোমুং য়েৌবা মতমদদি য়াম্না মমশিনখ্রে। কোমুংগী সনথোং য়েৌরবদ ফুরা অমা লৈবা থেংনরে। ফুরা অদু করি-গীনো য়েংনবা থোঙ হাংদোক্তুনা চঙশিনখ্রে। মনুংদা অচা অথক লৈরম্বা থেংনহুনা লমশাং লাকপগী ৱারহুনা লোইনা চাথোক্লে হায়রগা মহুগী মরম খঙলগে হায়হুনা মচি অমদা থুপতুনা লৈখ্রে। মতম খরা লৈরগা রাজকন্যা অদুগা অতোপ্পা নুপা মরুম্বী অদুগা মখোয় অনী ফুরা মনুংদা চঙশিল্লকুনা ফম্মিন্নরে। অচাপোং য়েংলকপদা অমত্তা থেংনদ্রে। খরা ঙকলপ্পা কনা কনানা চাথোকখ্রে মী চঙলমলব্রা হায়না চিংনরহুনা লৈরে। মতমহুদা মরুম্বী মুপা অদুনা হোয়দা মীগী খরা ঐখোয়গী খরা হায়বহুনি হায়হুনা নোকমিন্নহুনা ৱারী শারে। রাজকন্যা অদুনা হায়রকই, "ইবুংঙো ঐ নহান মখৈদি নঙোন্দা ৱারী শাদোক্কবনি। ঙসিদি রা অমা হায়গে। ঐগী ইকুহু শিন্নমদাইদা মচানুপাহু অমুক্তা থোরকবা পাউ থাখো হায়জবনি, অদুনা ঐনা হোয়দি হায়রগা পাউদি শুকথা থাখিদে। অদুনা ইকু নিংথৌনা শিন্নমদাইদা ঐনা মচানুপা শাশিন্নহুনা মনাক্তা চঙহুনা পাবুং মহরাজ নচা ঐ লাকচরে, হায়রুবদা ইকু নিংথৌনা ইবুংঙো ইপাদি শিরনি অদুনা ইপাগী লিক্লাই য়ুম্বী যাত্রা মখোঙদা কামহুহা অমা লৈবনি। মহু নঙনা উপায় লৈরকত্রবা মতমদা পূজা তৌহুনা ধুপ থাউমৈ থাহুনা বর নিরবদি নঙনা নিংবা শোয়দনা থুংগনি হায়বীরম্লগা ইকু নিংথৌ অদু শিখ্রে। ঐগী ইপুরোইবা অদুসু লংফৈদা মহৈ থিবা চৎখিবদগী হল্লক্তরে। অদুনা হৌজিক্তি ইথনতা ঙায়রে।" অসুম্না ৱারী শারম্লগা মরুম্বী অদুগা

হিপমিন্নতুনা ফ্বা মসুংতুদা তুমখ্রে। মহংকোর তুমিন্না ৱারী পুন্নমক তাহ্নুনা লৈরুরগা অশাওবগা লোয়ননা হৌগৎলক্তুনা অনীমক হাৎলগে নিংখ্রে। অহুবু অমুক খনথরক্তুনা হাৎপদি ফৎতরে মতুগী মহুৎতা মমিং নাম নাম কোৎথোক্লগে অতু অইরবদি মখোয়গী মরালগী নি হায়বসি খঙবা ঙমলগনি খন্দুনা মহংকোরনা মখুৎ অনী অতুনা তুম্লিবা অনী অতুগী মমিং নামা নামা কোৎথোক্লে। অতুনা মরালগীদমক মখোয় অনীমক তংখায় অমমম মমহন্দুনা অতুম লৈহল্লে। কোন্নুংদা চঙশিন্দুনা য়েংবদা কোন্নুংতু মচি মচি কিন্থবগী অকায়বা অতু থেংনরে। প্রপ প্রপ চঙশিনখিতুনা যাত্রা মখোঙদা অহুন্নক কোয়রগা ধূপ থাউমৈ, হৈরুক পান্না কৎতুনা পুজা তৌবদগী কামহুহা অতু ইরুং লংনা থোরক্তুনা কোন্নুংতু হান্নদগী হেন্না ফজবা অনৌবা কোন্নুং অমগুম ওইরক্লে।

নোংঙাল্লবদা মহংকোরনা তৌরিবা অতু উবদা মীয়াম্না মহংকোর হায়বা নিংথৌসি অফবা নিংথৌনি হায়নরে। অস্নুম্না ঙাঙনরবদা মহংকোরনা হান্নগী মন্ত্রী ফমনাইবা পুন্নমক কৌখৎলহুনা অনৌবা কোন্নুং অমা অমুক শেমগৎলে। অস্নুম্না নিংথৌ পাল্লবদি মহারানী য়াওদবা য়াদে হায়তুনা অঙম-অথৌ ফমনাইবশিংনা তাকপীবদগী নিংথৌগী মহারাণী অমা থিবা হৌরে। নিংথৌ মহংকোরনা মুপী হায়বসি মখল য়াম্মী অতুনা মশামক চৎতুনা চাং য়েংলবা মতুংদা রাণী থিগে খন্দুনা নিংথৌ কোন্নুংদগী চৎখ্রে।

অস্নুম লাকপনা দেশ অমদা থুংলুরে। হায়রিবা দেশ অতুদা পাল্লিবা নিংথৌ অতুগী মচানুপী রাজকুমারী তরেৎথক পোকই। মখোয় তরেৎ অতু চাউবা চপ মান্নরে। মখোয় তরেৎ অতু কোন্নুং অতুগী থবক শুবা-নোমবা অমত্তা য়াওদে। মখোয়গী থবক হায়ববু মহাদেবদা নুমিৎ খুদিং হৈ-লৈ কৎতুনা পুজা তৌবা চৎপতনা মথৌ ওইরম্মী। নুমিৎ খুদিংগী মহাদেব লৈরিবা চীং অতুদা কাতুনা সেবা তৌবা লেপ্তুনা চৎলকপতু নিংথৌ মহংকোরনা উরহুনা সেবা তৌনবা য়াবা রাজকন্যা অমদি য়াওরি মসি লৌরগে হায়না খল্লে। মহাদেব তাবগী লম্বী য়াম্না খুবা মরাক চপ্না মফম

অমা লৈ। মফম অদুদা মহংকোর নিংথৌদু ময়াং য়াম্না কংলবা ফুগ্রি ফুরাং থুংবা যীওই চাদ্রবা শোনজ্ অমগী শকফম লৌদুনা মথনতা লম্বী ময়াই অদুদা ফৈনা থংতুনা তুদুনা লৈরে। শোমদস্থ রাজকন্যা তরেং অদুগী হায়নবা য়ারী মথাগী অসিগুম্বা অমা লৈ। মখোয় তরেং অসি কনাগুম্বা মুপা অমা হেক শোকলুবদা শোকলুবদুনা মুপা অদুগী লোয়নবী মুপী ওইবা হায়না লেপনখি। য়ারীসি লৈবনা মহংকোরনা মফম অদুদা লাইথুং থুংবা অমগী শকফমদা শায়োঁ ল্লবনি।

রাজকন্যা তরেং অদু মহাদেবদা লৈ কৎননবগী দমক্তা অসুম লাকই। অসুম লাকপনা অখুবা লম্বী অদুগী মম্নায়মক্তদা লম্বী থংতুনা লৈরবনিনা মখোয় তরেং চংফম লৈত্রে। অদুনা হায়রকই, "মহাশয় এখোয় খরা চংচগে খরা থৈদোকপীয়ু।" মদুদা মহংকোরনা খুমলকই, "এদি শোনবনা চংথোকপা ঙমদ্রে অদুনা নখোয়না এবু খরা থাংদোকপীদুনা লম্বী অদু চংপীরো।"

মতম অদুদা মখোয় তরেংকী খ্বাইদগী অহন্না হায়রকই, "ইনাও অতোনবী, নঙনা অঙাং হায়বদু থোক্লে, অদুনা ইনাওনা মুপা অসি খরা থাংদোকলুরো। নচেম এখোয় তরুক মহাদেবগী লৈসে কৎতবা য়াদে।" মনাও অতোনবী অদুনা থাংদোক্তবা য়াদ্রদুনা থাংদোকলুবদগী অতোনবী অদু মুপা অদুগী সেবা ফংহৌরো হায়রম্লগা মচেম তরুক চংখ্রে। অতোনবীদি লৈ কৎপস্থ য়াওদ্রে মখোয় অনী চীং অদুদা থাঙপোক মচা অমা শাদুনা লৈহৌরে। মুপা নিংথৌদা পাউ তমদুনা খঙহল্লে। মদু তাবদা নিংথৌনা, অসুম তৌরবদি মচাশিং অসি লেইনা অরাবা তারনি, অদুনা মাগী মাগী ফগদবা পামজবা মুপা অমমম্ খলহল্লগা লৈজনবগীদমক্তা মখোয় তরুকী সয়ম্বর তৌদবা য়াদ্রে খল্লদুনা সয়ম্বরগী মুমিং লেপলে। মুমিং মঙানি শুবদা সয়ম্বর তৌরে অদুনা লৈবাক অদুদা লৈবা পাখং নহা পূম্নমক মাগী মাগী লৈজবা মফি-মরোল শেং-চাদুনা কেনা কেনা লাক্তুনা সয়ম্বর ম্লাওররে। মন্ত্রী মচা, নিংথৌ মচা খন্দুনা কৈন্যা তরুক অদু থাজরে।

নোংমদি নিংথৌনা, "ইমাকশা, ইচামুপী অমদি শোনপ্রবা মুপা অমদা লৈরেদো। "অহুনা মসি করম তৌরগা লৌথোকসিগে হায়হুনা হৌদোক্লকই। অহল ওইবা মমাক অহুনা হায়রে, "ঐখোয় তরেৎ শা অমমম কৎপা ঙম্বা অহুনা রাজকন্যাশিং অসি লৌবা; করিগুম্বা কৎপা ঙমদবা মুপা অহুগীদি রাজকন্যা অসি লৌথোকপা হায়বা রারেপ অাস তৌবীরবদি অশোনবা অহুগীদি শা ফাবা ঙম্‌দবনিনা ইনাউ অতোনবী অহু শোয়দনা লৌথোকপা য়াগনি।" মহুগী তুংদা নিংথৌনা ফরে হায়হুনা মীয়ামদা লাউথোক্লে। মচা অতোনবীগা মুপা অহুদসু চে ইরক্তুনা সমন ল্যাক্লে। সমন অহু পাবদা খঙলে। মহংকোরনা মাগী মুগীদা হায়রে, "ইবেম্মা, ইকু নিংথৌনা পাউ অমা থারক্লে রারমদি অসিনি নখোয় তরেৎপু লৌরিবা মুপা ঐখোয় তরেৎনা শা তরেৎ কৎপা অহুগা শাশিং কৎপা ঙম্‌দবা মুপা অহুগীদি রাজকন্যা অহু লৌথোকপা। রাসি লেপ্নপ্রবনিনা নঙগা ঐগা কায়নৌ হায়বা তম্‌খ্রবোইরে। ঐদি শোনবনিনা শাসু ফাবা ঙমলরোই; অহুনা নঙগা কায়নবা তারে অহুনা নঙগা কায়নরোইশি হায়রবদি ইকুনিংথৌদগী শগোল অমৎং পীবীয়ু হায়য়ু। অহু ওইরবদি ঐ শা ফাবা ঙমগনি।" অহুদগী অতোনবী অহুনা মৃপাবুংদগী শগোল অমা নিহুনা পুরক্লে। শগোল অহুদা থাঙ্গৎপিয়ু হায়রে, তাগনি হায়বদা তারোই হায়হুনা শগোল মথক্তা থাঙ্গৎতুনা চংখ্রে। মহু উবদা কৈন্যা অতোনবী অহু মুংশা থিনা লৈহৌই মতমহুনা মহংকোরনা হন্দক্কী রাজ কন্যা অসি শোয়দনা অফবা মুপী অমদি ওইগনি হায়বা থাজরে।

অসুম্ চৎখিহুনা মহাদেবগী শুরুং ফাওবা চীং অহু য়ৌরে। চঙশিন্দুনা মহাদেবদা খুরুমহুনা হায়জরে, "প্রভু, ননাই ঐনা ঐগী রাণী থিরকপদা অমা ফংলে। মাগী মপুকচেল য়েংবদা লাংওন অমা তৌরুরে অহুদা ইকু মহরাজনা ঐবু পামদ্রে। অহুনা মচামুপী লৌথোরুবগীদমক্তা শাশিং তরেৎ কৎপা হায়না লেপ্নরে। মহুগী মরমদি অসিনি ঐদি শোনবনিনা শা ফাবা চৎপা ঙম্নরোই অহুনা মচা অতোনবী অসি শোয়দনা

ফাদোকপা য়াগনি খন্নুনা তৌরকপা লৌশিংনি" হায়রবা মতুংদা মহং-কোরনা মহাদেবদা মখা তাথনা খুরুমজত্নুনা নোল্লুকপগা লোয়ননা খুরুমজরকই, "মরমশিং অসি লৈবনা প্রভুনা লৈরিবা চীংশাং অসিদা লৈরিবা শা পূম্নমক ঐনা লৈরিবা লাইনিংফম অসিদা লোইনা লৈহনবীয়ু" হায়তুনা নিররে। মতম অদুদা মফম অদুদা থাজদনা মচেম তরুক লোবা মুপাশিং অদুস্তু শগোল অময়ম তোংদুনা শাশিং ফাবা লাক্লে। মখোয় শা অমত্তা থেংনদত্নুনা মহাদেবনা লৈরিবা চীং অদুদা থুংলরে। শা পূম্নমক মফম অদুদা লোইনা লৈরে। প্রপ প্রপ চঙলত্তুনা লাইনিংলিবা মুপা অদুদা হায়ররে, "মহাশয়, ঐখোয় তরুক শাশিং তরুক ফাবা লাকচবনি অদুবু অতৈদা শা অমত্তা ফংদ্রে। য়ারবদি লৈরিবা শাশিং অসিদগী শা তরুকখক্তং পীবীয়ু।" হায়রিবসি তারদুনা মতম অদুদা মহংকোরনা করি তৌননবা শা ওইরবনো হংবদা নিংথৌগী মচানুপী অতোনবী লোবা মুপা অদুদি য়াম্না শোল্লি অদুনা মদু পামদত্নুনা খায়দোক্লনবা তৌবনি, অতৈদি পাঙ্গল কনবনিনা শা কংপা ঙমগনি অদুগা অতোনবীগী মুপা অদুদি শোনবনিনা শা ফাদুনা কংপা ঙমলোই, অদু ওইরবদি শা কংপা ঙমদবগীদমক্তা রাজকন্যা অদু ফাদোক্কে হায়বগীদবক তৌবনি হায়রে। মদু তাবদা মহংকোর অশোনবনা হায়রে, 'ঐগী শা লৌগে হায়রগদি শা অময়মগী মনা অময়ম ককহৌবা তারে অদুগা নখোয় তরুকমক্কী ওয়-থংবা ফৈগন্দা তিকি অচাকপগী মৈনা দাগ অময়ম থমগনি অদু ওইরগদি ঐগী শা অসি নখোয়না পুখিবা য়াগনি নত্রবদি য়ারোই।" মদুদা ময়াম্বা মুপা তরুক অদু উপায় লৈত্রদুনা য়ারে, শাশিংগী মনা অময়ম ককলে। মফৈস্তু মৈ চাকপা তিকীগী দাগ অময়ম নমদুনা থমলে হায়রগা শা তরুক পুদুনা চংখ্রে। মতম অদুদা ময়াম্বা তরুক অদুনা অতোনবীদু শোয়দনা ফাদোকপা তারে মাদি মশা শোনবনিনা শাস্তু ফারমলরোই হায়বসিদা মখোয় মুংঙাইরে। অশোনবা লাইনিংবা অদুদি মনাউমুপানি হায়বা ফাওবা খঙখিদে।

শোল্লবা মহংকোর অদু খাংপোক্তা অমুক শগোল তোংদুনা হল্লক্লে। শাদি অমত্তা ফারক্তরে। মদু উবদা ৱারম্লগনি হায়দুনা মবুংভোবু শগোলদগী থাংথবীদুনা চাক ঈশিং নিংথিনা থোংথাক্তুনা পীজবা লোইরবদা শাদি করম তৌগনি হংলকপদা শাদি ময়াম্বা তরুকতা শিন্নখ্রে। মাদি শোন্‌বনিনা পুবা ঙম্লরোই হায়দুনা পুহনখ্রে। মনা ওয় থংবা অমমম ককখ্রে। ময়াম্বা তরুক অদুসু মশক খঙনবা মফৈগনদা চপ মাননা দাগ অমমম থমখ্রে হায়রে। নোং ঙানবা ঙায়দুনা লৈখ্রে।

নোং ঙাল্লবদা ময়াম্বা তরুক অদু শা অমমম পুরক্তুনা নিংথৌদা কৎখ্রে. মনাও অতোনবা অদুদি লাকত্রি। শাসু ফাবা ঙম্লম্লরোই হায়না খন্নরিঙৈদা অশোনবা মনাউ অদুসু শগোল তোংতুনা লাকপা উরে। শা য়াওরক্তরে হায়না ময়ামদু ঙাংনরে। শোয়দনা ফাদোকপা তারে হায়না থাজনখি। মনাও অতোনবা অদু য়ৌশিল্লক্তুনা মকু নিংথৌ খুরমলে ময়াম্বা তরুক মথং মথং খুরম্বা লোইরদুনা ফমথখ্রে। মতমদুদা নিংথৌনা. "শাদি পুরকত্রবনিনা মাকলৌরেনগীদি ইচানুপী ফাদোকপা তারে" হায়রকপদা অতোনবনা খুম্মি, "ইকু মহারাজ ঐদি শোনবনিনা ইয়াম্বা তরুকতা ঙরাংনা শিন্নখ্রবনি।" মদুদা নিংথৌনা শাউরদুনা "করি নয়াম্বা তরুকনা ৱানা ফাজরক্লগা নঙনা ইকোক কোকপা অসিদা নঙনা ফাবা শক্লিবদি নঙগী করি খঙনবা খুদম লৈদুনা হায়রিবনে।" হংবদা অতোনবা অদুনা হায়রকই, ইকু নিংথৌ, ঐনা শিন্নখিবা শানি হায়বগী খুদম হায়জরগে। শা খুদিংমক মনা ওয় থংবা অমমম ককচখিবনি অদুগা ইয়াম্বা তরুক অদু মশক খঙননবা ফিন্নুং ফৈগলদা অচাকপা তিকীগী দাগ অমমম নমখিবনি। অমুক্তা য়েংবিয়ু।" হায়রিবসি চুমত্রা য়েংঙু হায়দুনা শা তরুক অদু য়েংবদা মনা ওয় থংবা অমমম লোয়না ককলম্লে। অদুগা ময়াম্বা তরুক অদুগী তিকীগী দাগ য়েংবদসু ফৈগন্দা লোইনমক লৈরমলে। মতম অসিদা মশাগী অশেংবা শক্তম নিংথৌ মচানি তাক্লবদা ঙসাইদগী অশোনবা লায়থুং থুংবা মাল্লবা পূম্নমক কোকতুনা মশক মতৌ ফজরবা

অমা ওইনা লেপতুনা হায়রক্লে, "ইকু মহারাজ, ননাই ঐগী মহারাণী থিরকপদা অশেংবা লক্ষ্মী চেনবী রাণী য়েংনবা লাংওন তৌরুবনি। অদুনা ঙসিদি নচা লক্ষ্মী অসি থেংনদুনা ঐগী নিংবা থুংজরে।

ময়াম্না খল্লম্বা অশোনবা অকনবা হায়বগী ভেদি ভেদা নাইবসি চুমদে হায়বসি খঙলদুনা মহংকোর অদুদা মচান্নুপী অতোনবী অদু অওং-অউন য়াম্না তমদুনা লুহোংবীরে। বজায় বেঙ্গন খোংদুনা রাজকন্যা থিল্লক্লে। শোামদদি মমিৎ কোৎথ্রবা মহংকোর নিংথৌগী হান্নগী রাণী অদু মনানা তারবদা মশাগী মরানদু খঙজরে। মতৌ অসুম তৌনা মহংকোর নিংথৌ অদু নুংঙাইনা লৈবাক মরা তপ্পা ইংনা পানখি। ☐

লোইরবা

